# ভারত

# সন্বিধান অমসুং ঐখোয়

কোংজবা

নন্দিনী দেবী

অহানবা কোংবা
নবেম্বর ১৯৬৮
কোপী মশীং ১০০০

মমল লু : ২·৫০

মকব :
বীণা প্রিণ্টিং ৱার্কস
ইম্ফাল, মণিপুর ।

# ৱাহৈ খরদং

মমাংঙৈগী নিংথৌ পাল্লিঙৈ অমসুং লৈবাক ঙাক্লিঙৈগী শুপ্নম শাসন লোয়খিদুনা ভারত্তা গনতন্ত্র শাসন চৎলকপা চহি কুনলোম ফাজিল্লক্লে। গনতন্ত্রগী শাসন অসিদি প্রজানা প্রজাগীদমক ঙাকচবা শাসন্নি। লৈবাক ঙাকপগী থবক্তা ঐখোয় পূম্নমক পূন্না য়াওবদি খুদোং চাদবনা ঐখোয়না পামজবা মীশক খরা ইলেকসন্দা খল্লগা ঐখোয়গী অপাম্বা মতুং ইন্না খনখ্রিবা মীশিং অদুবু থবক তৌহনবতনি।

গনতন্ত্রগী শাসন অসিদি প্রজাশিংনা য়াম্না জ্ঞান তানা, মশা মশাগী অধিকার অমসুং মথৌ মশক খঙনা থবক তৌনরবতদা মওং চুম্না চলাইবা য়াবা শাসন মওংনি। ইলেকসন্দা ঐখোয়না খনখ্রিবা মীশিং অদুনা ঐখোয়গী অপাম্বা মতুং ইন্না থবক তৌরক্তগা মখোয়বু অমুক খন্দনবগী শক্তি প্রজাগী মখুত্তা লৈ। অদুনা গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমদা লৈরিবা প্রজা খুদিংমক্না শাসনগী মরম মুন্না খঙবা তাই। শাসন পাইরিবশিংনা মতৌ করম্না থবক চত্থগনি অমসুং চত্থরি, ঐখোয়না পাম্বা মওংদা থবক তৌরক্লিব্রা, তৌরক্তগা ঐখোয়না করি তৌবা তাই, লৈবাক্তা করম করম্বা রাজনীতি দলশিং লৈ অমসুং মখোয়গী আদর্শ করিনো, ইলেকসনগী মতমদা করম্বা মীশক্তা ভোট পীদুনা খনগদগে হায়বনচিংবসি ভোট থাদবা য়াবগী চহি শুরবা প্রজা খুদিংমক্না তঙাই ফদনা খঙদবা য়াদ্রবা ৱাফম্নি।

লৈবাক ঙাক্লোনগী মরমদা য়াম্না কুপ্না থিজিনবা অমসুং নৈনবদি শিনফম ওইখিবা মীশিংগী মথৌনি। চাওরাকপা মওং অমা খঙবদি প্রজা খুদিংমক্কী তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি। মরম অসিনা ইংরেজী হিন্দীনচিংবা পাদুনা জ্ঞান তানশিনবদা ৱারবা মীওইশিংনা পারগা ভারতকী লৈবাক ঙাক্লোনগী চাওরাকপা মওং অমা খঙবা য়ানবা হায়দুনা আর্টিকল অমসুং ক্লোজ নম্বরনচিংবা অমত্তা য়াওহন্দনা ঐগী লাইরিকসি ইথোকচবনি।

ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল;

জুলাই, ১৯৬৭।

থোকচোম অচৌ সিংহ

# থাগৎচবা

ঐগী লাইরিকসি ফোংননবগীদমক ইদুকেসন দিপার্টমেণ্ট, মণিপুর গবর্ণমেণ্টনা শেলগী মতেং পাংবিরকপগীদমক ইদুকেসন দিপার্টমেণ্টপু হন্না হন্না থাগৎচরি।

লেখক

# হীরম-লমায়

# ভারত সম্বিধান অমসুং এখোয়

ভারতকী শন্নপ্পা ৱারম অমসুং ইতিহাস।

ভারত নত্রগা ইণ্ডিয়া নত্রগা হিন্দুস্তান হায়না খঙনবা এখোয়গী লৈবাক অসি য়াম্না কুইরবা অমসুং লিরবা লৈবাক্নি। লৈবাক অসিগী অৱাংদা হিমালয় চীংজাও, খাদা ভারত মহাসাগর, নোংপোক্তা ব্রহ্মদেশ অমসুং বঙ্গোপসাগর নোংচুপ্তা আরব সাগর লৈ। মসি য়াম্না পাকচাওবা লৈবাক্নি। মসিগী পাকচাওবা স্কার কিলোমিটর ৩, ২৬৭, ৫০০ নি; অৱাংথংবা মতাইদগী খাথংবা মতাই ফাওবদা চাওরাক্না কিলোমিটর ৩, ২০০; অমসুং নোংপোক্তগী নোংচুপ্তা কিঃ মিঃ ২২৪০ নি। পাক-চাওবা অমসুং মীশীং য়েংলুরবদি লৈবাক অসি মহাদেশ মচা অমনি হায়বা য়াই।

লৈবাক ভাকপদা খুদোং চাননবগীদমক লৈবাক অসি সরুক কয়ামরুম গোকনা খাযদোকই। হৌজিক ভারতা স্টেট তরাতরেং অমসুং ইউনিযন টেরিটোরী হায়বদি কেন্দ্রনা ভাকপা লম তরামাথোই লৈ। মীশীং যাম্বদসু মসি পৃথিবীগী অনিশুবা লৈবাকনি। খৃঃ ১৯৬১ গী মাকোক থীবদা লৈবাক অসিদা মী ৪৩৯, ২৩৫, ৭৭১ লৈ। লৈবাক অসিদা কীজেং চাকচা অমসুং ধর্ম্মদা খেন্নরবা জাতি কযামকুম লৈ। মখোযশিং অদুগী লোলসু তোঙান তোঙাল্লি। অপিকপা লোন্নচিংবা থাজিল্লগা লৈবাক অসিদা লোল চানিপাল্লোমদগী হেন্না লৈ।

পাক চাওববা লৈবাক অসিবু অপূনবা লৈবাক ওইনা সাসন অমত্তগী মখাদা গন্না ভন্নসিদি-হৌজিক্কী মতমদা ওইরিবা অসি নত্তুনা মমাংদৈগী মতমদা থক ওইবা ভমখিদ্রি। ইতিহাসনা খংলকপা মতমদগী হৌনা ভারত অসি অপিক অপিকপা লৈবাক মচা কযামকুম গোক্না খাযদোরকই। লৈবাক মচাশিং অদুদা মনিংমখা তম্না নিংথৌশিং পাল্লম্মী। অহানবদদি লৈবাক অসিদা পাল্লম্না নিংথৌশিং অমসুং লৈরম্বা মীশিং অদু হিন্দু ভাক্তা ওইরম্মী নিংথৌশিং অদু অযাম্বা মতমদা অমগা অমগা য়েংথিনরম্মী। অমসুং তাঞ্জা হেক চাবগা অমনা অমবু মাইথীবা পীদুনা লৈবাক জয তৌগদবগী হোৎনরম্মী। নিংথৌ মচাশিং অসি অমগা অমগা যেংথিনদুনা অমসুং খৎনা চৈনদুনা লৈবা মরম্না লৈবাক অসি পাক চাওজরবসু মীরৈবাক্কুগী লান্দারকপা কাঙবু-শিংবু লাযনা থিংবা ভন্নগী শক্তি লৈরমদে। মসিগী খুদোংচাবসি লৌতনা পাঙলগী জয় তৌবা কাঙবুশিং লৈবাক অসিদা লাকখি। হান্না পাল্লম্বা নিংথৌশিংবু মথং মথং মায়থিবা পীদুনা লৈবাক অসিদা

মখোয়না পানবা হৌখি অমসুং মখোয়গী সাসন লিংখৎখি। পাঙল-শিংনা পাল্লিরৈদসু হিন্দুগী নিংথৌমচা পুন্নমকপু নমগবদি ঙম্লমদে।

ভারত্তা পাঙলগী নিংথৌরেল জাহাঙ্গীরনা পাল্লিরৈ মতমদা ইংলণ্ডদা লল্লোন ইতিক তৌবা মী কাংবু খরনা ইস্ট ইণ্ডিয়া কম্পানী কৌবা লল্লোন ইতিক তৌনবগী সংস্থা অমা লিংখৎখি। মতম অদুগী ইংলণ্ডগী নিংথৌ এলিজাবেথতগী নোংপোক্রোমদা লল্লোন ইতিক তৌবা যাংরে হায়বগী পার্মিসন ফংলদুনা কম্পানী অসিগী মী খরা ভারত্তা লাকখি। নিংথৌরেল জহাঙ্গীরদগী লল্লোন ইতিক তৌজগে হায়বগী পার্মিসন ফংলদুনা য়াম্না পীকপা মওংদা লল্লোন ইতিক তৌবা হৌখি। পাঙল নিংথৌশিংনা মরায় চাযথরকপা, লৈবাক্তা অকনবা সাসন অমা চালাইবা ঙমদবা, মতম অদুদা লৈরম্বা অপিক অপিকপা লৈবাক মচাশিংনা অমগা অমগা যেংথিনবা অমসুং অমনা অমবু মাংহন্নবা হোংনবা অসিনচিংবশিং অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা লল্লোঞ্চগে হায়দুনা যাম্না তোন্না লাক্লম্বা. ইংরেজশিং অসিনা বেঙ্গোল, মাদ্রাজ অমসুং বোম্বেনচিংবদগী হৌদুনা ভারতকী অযাম্বা মফম মথং মথং ওইনা লৌশিনখি। মখোয়না লৌশিনখিবা লমশিং অদুদা অকনবা অমসুং সুপ্নম সাসন লিংখৎতুনা মখোযনা মপু ওইনা লৈবাক অসিদা পানবা হৌখি।

খৃঃ ১৮৫৭ ফাওবা লল্লোনবা কাঙবুশিং অসিনা, মখোয়না লৌশিনখিবা ভারতকী লমশিং অদু ঙাক্লম্মী। ঐখোয অযাম্বনা মমিং তানরবা সিফাই লালহৌবা হাযবদু খৃঃ ১৮৫৭ তা থোকখি। লালহৌ অসি মরু ওইনা সিফাইশিংগী মরক্তগী হৌরকপা ইংরেজশিংবু

ভারতগী ভাম্বোকখিনবগী অহানবা লালহৌনি। লালহৌ অসি ইংরেজশিংনা য়ামনা থুনমক নমথখি। লাল অসি ইরায় লায়না নমথখ্রবস্ত মসিগী ফল অমদি লৈরম্মা। ভারত্তা লৈবা ইংরেজনা জয় তৌবা লমশিং অদু ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানীগুম্বা ললোনবা কাঙবু খরনা ঙাকপসি মতিক চাদ্রে হায়না খন্নরক্লম্মী। মরম অসিনা ইংলণ্ডদা মহারাণী ভিক্টোরিয়ানা পাল্লিমেণ্টদা খৃঃ ১৮৫৮ দা ভারতকী লম অসি ঙাকপগী থবকসি ইংলণ্ডগী নিংথৌনা লৌশিনখি।

ইংরেজশিং অসিনা স্নুপনম সাসন্দা মখোই মশাগীতা য়েংদুনা প্রজাশিংবু শা শলগী মতৌগুম্না হোইনিংবা মওংদা হোইদুনা লৈবাক ঙাক্লক্লম্মী। মীরৈবাক মচানা লৈবাক ঙাকপগী অব্রাবা অমসুং নুংঙাই-তবগী চৈথেং অদু, হিন্দু পাঙল খায়দনা ভারত্তা লৈবা প্রজা খুদিংমক্কী থম্মোইদা ফাওবা হৌরক্লম্মী। অব্রাংবা থাক্কী ইংরেজী শিক্ষা ফংলুরবা কাঙবুশিংনা অফাও অক্কাওবা লৈবাক ঙাক্লোন ইবশিংগী ৱাখল অমসুং ফীদম পারুরগা ভারতনা মীনাই ওইদুনা লৈবা অদুদা থম্মোইদা ওমচাক্লনা শাওনিংবা অমসুং নুংঙাইতবা হৌরক্লম্মী। পেন্নদবা কয়ামরুম অসি পুন্না ফোংদোক্লবগী মফম ভারতকী জাতীয় কংগ্রেসতা ফংলম্মী।

ভারতকী জাতীয় কংগ্রেস অসি অলান ওক্টেভিয়ান হ্যুম হায়না কৌবা ইংলিসমেন অমনা হৌদোকখিবনি। মসগী ইহান হানবা মিটিং অসি খৃঃ ১৮৮৬ গী ডিসেম্বর তাং ২৫ দা বোম্বেদা ফমখি। কংগ্রেস অসি অহানবদদি ইংরেজশিংনা মতেংদুম পীরম্মী। মতুংদা জাতীয় কংগ্রেস অসিনা ভারত অসি ঐখোয় ইশানা ঙাকচগদবনি

খায়বগী রাখল অসি ফোংদোক্লবদা ইংরেজশিংনা কংগ্রেসপু মুসলিমবা অমসুং মমথনবগী থবক পায়খৎপা হৌরম্মী। মী কোটি কয়াগী মপু ওইদুনা, মশাগীতা যেংদুনা চৈথিনবা কনা য়াওদনা, মসাগী মুত্তাইনবতা য়েংদুনা সাসন তৌদুনা মুত্তাইনা লৈবাক অসিদা লৈরদ্রু করম্না থাদোক্লিংগনি? মীশিং য়াম্বদা হিন্দুনি হেক মথংদা লৌরিবা পাণ্ডলশিংবু পুক্লিং থোগত্তুনা অমসুং হিন্দু পাণ্ডল অনি অসি মত তিন্নহন্দদুনা কংগ্রেসকী মপাঙ্গল শোম্থহল্লগা মখোয়না মতম কুইনা লৈবাক অসিদা পান্দুনা লৈবা য়াননবা ভম্বা মখৈ হোৎনরম্মী। অদুবু মী কোটি কযাগী শাম্মোযদা মান্নবা অরাবা অমসুং মুত্তাইতবগী চৈথেং ফংলদুনা কনানসু ইন্সিল্লুদনা লিচিং মান্নবা হৌরকপা শক্তিবু করম্বা খুৎলাইনা অমদি করম্বা কুটনীতিনা কয়া কুইনবু নমথুদুনা থম্বা ভমগদগে?

মহাত্মা গান্ধী অমসুং জবহরলাল নেহরুনচিংবগী মখাদা কংগ্রেসকী মপাঙ্গল অসুম হেনগৎলক্লম্মী। মশীং থীভমদ্রবা মী কয়া কয়ানা কনাগী থৌইনশিন য়াওদনা ভারত স্বরাজ ফংননবগীদমক্তা নোক্লা নোক্লা মথ্বাই থাদোকপা হৌরক্লম্মী। ইংরেজশিংনসু ভারত মচাশিংবু য়ারিবমথৈ থেমদুনা নত্রগা কিহন্দুনা মখোয়গী শক্তি অদু থাদোক্তনবা হোৎনরম্মী। ভারত মচাশিং থেন্নবগীদমক্তা লৈবাক ভাকলোন্দা মথং মথং অহোংবা কয়ামরুম পুরক্লম্মী। অঙাং থেন্নবগী কবোক পীবা মানবা মখোযগী অহোংবশিং অদুনা ভারত মচাশিংবু পেলহনবা ভম্লমদে। অহিংসাগী মওংদা অসুম চথরকপতনা য়ামল্লকত্রবদা হিংসা অমসুং টেরোরিস্টকী থবক কয়ামরুম য়াওবা হৌরক্লম্মী। পৃথিবীগী অহানবা অমসুং অনিশুবা লাণ্ণাওনা ভারতকী

অমাজ তানবসিদা খুদোংচাবা য়ামনা পীরম্মী। অনিশুবা লাম্লাই (খৃঃ ১৯৩৯-১৯৪৫) গী মতমদা নেটাজী সুভাসচন্দ্রগী মখাদা 'আজাদ হিন্দ ফৌজ' লিংখত্তুনা বৃটিশকী মথক্তা লাল তারক্লম্মী। মপাল্লোমদগী খুৎলাই পায়দুনা লান্দারকপনে, লৈবাক মনুংদগী প্রজা কোটি কয়া অসিনা থৱাই থাদোকপা কিদনা হোরকপনে, পূম্নমক অসিনা ভারতপু অমুক কুইথনা নমথদুনা থম্বা য়াররোই হায়বদি মখোয়না খঙখি।

খৃঃ ১৯৪৭তা ইণ্ডিয়ান ইন্দিপেন্দেন্স এক্ট হায়বা অমা ইংলিসকী পার্লিয়ামেণ্টতা পাস তৌখি। পাঙলশিংনা পাকিস্তান তোঙান্না খাইদোকচরগে হায়দুনা হান্নদগী য়েৎলকপা মরম্না এক্ট অসিনা ভারতপু ভারত অমসুং পাকিস্তান হায়দুনা লৈবাক অনিথোকনা খাইদোকখি অমসুং খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১৫ দা ভারত অমসুং পাকিস্তানবু মনিং তম্বা লৈবাক ওইহল্লগা ইংরেজশিং ময়ুমদা হনখি। মতম অদুদা ভারতকী নিংথৌ মচাশিংনা ঙাকচবা লৈবাক চহুমলোমদগী হেন্না লৈরম্মী। জামু অমসুং কাশ্মীর নত্তুনা হৌজিক্তি ষ্টেটশিং অদু ভারত্তা লোয়না পূন্সিনখ্রে। মথকী এক্ট অসিগী মতুংইন্না ভারত অমসুং পাকিস্তান অসি মশা মশাগী সম্বিধান শেমজরগা লৈবাক ঙাকচবা তারম্মী।

— —

# নিংথৌপানবা লৈবাকশিং পুন্সিনবা অমসুং কাশ্মীর।

এটলীনা ইংলণ্ডগী প্রাইম মিনিষ্টর ওইরিবৈ মতমদা খৃঃ ১৯৪৫-৪৬ তা ভারতা লাক্লম্ব কেবিনেট মিসন্না ভারত্তা লৈবা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অসি ভারতনা স্বরাজ ফংলবা মতমদা মাখোয়সু মনিং মখা পুংতম তম্লগনি হায়না লাওথোক্লম্মী। মনিং-মখা তম্লবা মতুংদা মখোয়না পুন্নিংবা লৈবাক্তা হায়বদি ভারত্তা নত্ত্রগা পাকিস্তান্দা পুনবা য়ারমই নত্ত্রগা মখোয় খরা পুন্সিনরগা তোঙানবা সরকার অমা শেমদুনা লৈবাক ভাকচবা য়ারম্মী। মরম অসিনা খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১৫ গী মতুংদদি নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অসি মখোয়না পান্বা মওংদা লৈবা তাররমই। অদুবু ভারতকী নিংথৌ পানবা লম মচাশিং অসিনা ভারত্তগী তোঙান্না মনিংমখা তম্বা লৈবাক ওইনা লৈবহ্নু কংগ্রেসনা পাম্লমদে। মশা মশাগীসু অমদি ভারত পুম্নমক্কীসু ওইনা ফননবা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অসি ভারত ইউনিয়ন্দা য়াও হায়হুনা কংগ্রেসনা আপীল তৌরম্মী। আপীল অসিদা কাশ্মীর, জুনাগধ অমসুং হায়দ্রাবাদকী নত্তবা অতৈ নিংথৌমচা পুম্নমক ভারত্তা পুন্সিনবসি য়ারম্মী। অহানবদদি লৈবাকশিং অসি দিফেন্স হায়বদি মীরৈবাকমা লান্দারকপদগী ভাকথোকপা, মীরৈবাক্কা মরী লৈনবা অমসুং লম্বেল থোং হায়রিবা বিষয় খরসিতদা পুল্লম্বনি।

অতৈ হিরমশিংদদি মনিং তম্বা লৈবাক অমা ওইনা অচুম মরৈজরম্মী। মমৈথংদদি লৈবাকশিং অসি ভারত্তা পুমপূন পূন্সিনখি।

জুনাগধকী নবাবনা পকিস্তান্দা পূন্নিংঙম্মী, অদুবু মহাক্কী প্রজাশিংনা মমদুনা ভারত্তা পূলহনখি অমসুং মতুংদা লৈবাক মচা অসি সৌরাষ্ট্রদা পূন্সিনখি।

হায়দ্রাবাদকী নিজামনা মনিং তম্বা লৈবাক ওইনা লৈসিরা, পাকিস্তান নত্রগা ভারত্তা পূন্সিরা হায়বা পল্লেপ্‌ফম খঙদদুনা খৃঃ ১৯৪৭ কী নবেম্বর তাং ২৯ দা ভারত সরকারগা "ষ্টেন্দ ষ্টিল এগ্রিমেণ্ট" হায়বদি হান্না লৈরম্লিবা মওং অদু কায়দনা অচুম লৈখিগনি হায়দুনা সন্ধি তৌরম্মী। মতুংদা গায়দ্রাবাদ মন্নুংদা লালহৌবা অমসুং লৈবাক কাং-খোং চাইবনচিংবা থোক্লকপদগী ভারতনা খৃঃ ১৯৪৮-গী সেপ্তেম্বর থাদা হায়দ্রবাদতা লান্দাখি। খৃঃ ১৯৪৯ গী নবেম্বর থাদা নিজামনা ভারত্তা পূনগে হায়বা য়াখি অমসুং ভারতকী মন্নুংচনবা লম অমা ওইদুনা মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈবগী মপুন্সি লোইখি।

**কাশ্মীর**— কাশ্মীরসি প্রজাগী মীশীংদি মুস্লীম য়াম্মী অদুগা নিংথৌনা হিন্দুনি। স্বরাজ হেক ফংবা মতুংদা পাকিস্তানগা 'ষ্টেন্দ স্টিল এগ্রিমেণ্ট' অমা তৌনরম্মী। মতম খরা লৈরগা পাকিস্তানা মতেং পাংদুনা পাঠানশিংনা কাশ্মীরদা লান্দারক্লম্মী। লান্দারক্লিবা অসি থিংবা ঙমদ্রদুনা কাশ্মীরগী নিংথৌনা ভারত্তা পূন্সিনবদা য়ারম্মী। মরম অসিনা আইনগী মতুং ইন্নদি কাশ্মীর অসি ভারতকী অমনি। ভারত্তা পূল্লবা মতুংদগীদি ভারত সরকারনা কাশ্মীরদা লাম্মী থাজিল্লম্মী অমসুং পাকিস্তানগী লান্দারক্লিবশিংদু তাম্থোক্লম্মী।

তান্নোকপা পূমলোই লোইড্রিবৈদা য়াফম অসি ইউ, এন, ও, দা বিচার তৌননবগীদমক পুখৎখি। ইউ, এন, ও, না নোংমৈ কাপ্পবা লেপপু হায়দুনা 'সিজ ফায়ার অর্ডর' পিরকপা মতম অদুদা কাশ্মীরসি ভারতনা মচেৎ অমা অদুগা পাকিস্তান্না মচেৎ অমা লৌসিন্নহৌই। মতম অদুদা ভারতনা লৌসিনহোবা শরুক অদুনা হৌজিক ফাওবা ভারতনা ঙাক্লি অদুগা পাকিস্তান্না লৌসিনখিবা শরুক অদুনা পাকিস্তান্না শাসন তৌরি। কাশ্মীরগী য়াফম অসি হৌজিক ফাওবা ইউ, এন, ও, দা লৈরি। পাকিস্তানগা ভারতকা য়াম্না মুংঙাইনদ্রিবা অমসুং হন্দক্তা খৃঃ ১৯৬৫ দা লৈবাক অনিসি লান তৌনখিবসি কাশ্মীরগী মতাংদগীনি। য়াম্না থুনা খংনচৈনবা য়াওদনা ইউ, এন, ও, না বিচার চুম্না তৌরকপা ঐখোয়না আশা তৌশি।

**অতৈ লোয় লমশিং পুন্সিনবা**— ভারতনা স্বরাজ ফংলবা মতুংদা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অসি ইণ্ডিয়ান ইউনিয়নদা বেক্তা শিকা য়ামনা তৌনদনা পূনসিনখিবা অসি মতম অদুদা উপ প্রধান মন্ত্রী ওইরম্বা সরদার বল্লভভাই পেটেলগী খুজিল থৌরাং হৈবা অমসুং মহাকপা কন্না হোৎনজবদগীনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। স্বরাজ ফংলবা মতুংদা ফ্রেন্স অমসুং পর্টুগীজগী ভারত্তা লৈরম্বা লম পুরমক অদুসু হৌজিক্তি ভারতকী ওইরে অমসুং ভারত্তা পূন্সিল্লে। ফ্রান্সকী লোই-লম ওইনা লৈরম্বা চন্দরনগর খৃঃ ১৯৫৫ দা ভারত্তা পূন্সিনখি অদুগা পন্দিচারী, করিকল, মাহে অমসুং য়ানম খৃঃ ১৯৫৪ দা ভারত্তা পূন্সিনখি। পর্টুগীজগী লমশিং অদুদি প্রেমনা থাদোকউ হায়বদা

য়ামল্লকত্রদুনা ভারতকী লান্মীনা খৃঃ ১৯৬১ গী ডিসেম্বর থাদা নমদুনা লৌসিনখি। অদুনা গোআ, ডামন অমসুং ডিউ অসি ভারত্তা খৃঃ ১৯৬১-৬২ দা পূন্সিনখি। হৌজিক্তি ভারত্তা মীরৈবাকী লোই লম অমত্তা লৈত্রে।

**হৌজিক্কী ভারতকী ফিভম**— ভারত্তা তিনশিল্লক্লিবা লৈবাক মচাশিং অসি কমিশন কয়ামরুম শেমদুনা শেমদোক শেমজিন কয়ামরুম তৌখ্রে। কয়ামরুমনা নকবা লৈবাকশিংদা পূন্সিনখ্রে অদুগা খরনা হান্নগী মওংদু ইকায় কায়দনা লৈহনবস্তু য়াওরি। হৌজিক ষ্টেট ১৭ অমসুং কেন্দ্রনা শাসন তৌবা লম ১১ লৈ। ষ্টেট ১৭ অদুদি:— অন্ধ্র প্রদেস, আসাম, ৱেষ্ট বেঙ্গোল, বিহার, মহারাষ্ট্র, গুজরাৎ, মধ্য প্রদেশ, মাদ্রাজ, ওরিসা, পঞ্জাব, হরিয়ানা, উত্তর প্রদেশ, কেরালা, রাজস্থান, মহিশুর, জামু অমসুং কাশ্মীর অমসুং নাগালেণ্ডনি।

ইউনিযন টেৰিটোরী ১১ অদুনা— হিমাচল প্রদেশ, দিল্লী, মণিপুর, ট্রিপুরা, অন্দামান অমসুং নিকোবর ইথৎ-মপৈ; লাকাদিপ মিনিকোয অমসুং অমিনদিভি ইথৎ-মপৈ; পন্দিচারী; নেফা (নোর্থ ইষ্ট ফ্রন্টিযারএজেন্সী) দাদ্রা অমসুং নগর হবেলী; গোআ দামন অমসুং ডিউ নি।

---

# হৌজিক্কী ভারত




ষ্টেট ১৭; ইউনিয়ন টেরিটোরী ১১ লৈ।

# ভারত সম্বিধান

সম্বিধান নত্রগা কনষ্টিট্যুসন হায়বসি ঐখোয়না চৎনগদবা অমসুং তৌগদবা নিয়মশিং অমসুং থৌরম পরেংশিং অদুবুনি। সম্বিধান হায়বা অসি ইথোক্তনা লৈবস্থ য়াওই। অদুবু অয়াম্বা লৈবাক্তা নিংথিনা ইথোকতুনা থম্বা সম্বিধান চৎনৈ।

স্বরাজ ফংলবা মতুংদগী ভারতস্থ ইথোকতুনা থম্বা সম্বিধান অমগী মতুংইন্না লৈবাক ভাক্লক্লি। খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্টকী তাং ২৯ দা লৈখ্রিবা ডাঃ বিঃ আম্বেদকরনা সভাপটি ওইদুনা ভারতকী সম্বিধান শেমননবগী সভা অমা লিংখৎখি। সভা অসিনা থা নিপাল চুপ্প প্রজাশিংগী মতনচিংবা লৌদুন ঐখোয়গী হৌজিক চৎনরিবা সম্বিধান অসি শেমখিবনি। শেম্বা পুন্নোই লোয়দুনা মাসি খৃ ১৯৫০ গী জানুবারী তাং ২৬ তগী চৎনবা হৌখি।

ভারত সম্বিধান অসিনা পৃথিবীগী সম্বিধানশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না শাংই। প্রজাগী অধিকার, কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটশিংগী মথৌনচিংবা য়ামনা কুপ্পা অমসুং মচা খায়না ইথোকতুনা সম্বিধান অসিদা থম্মী। হৌরকপদগী হৌজিক ফাওবদা মসি কুম্মাথোইরক হন্না শেমদোকখ্রে। হৌজিক সম্বিধান অসিদা আর্টিকল ৩৯৫ অমসুং সিড্যুল ( Schedule ) ৯ লৈ।

## ভারত সম্বিধানগী মরুওইবা য়ারম থরা।

ঐখোয়গী সম্বিধান অসি ফেদেরেলগী মওংদা লৈ। দরকার লৈরকপা মতমদা ইউনিটরী ( Unitary ) গী মওংদা শাসন চলাইবস্থ য়াই। ফেদেরেল হায়বসি লৈবাক নত্রগা ষ্টেট কয়ামরুম পুন্সিনগা

ময়ামগী অপূনবা সরকার অমা লিংদুনা লৈবাক ভাকপগী মওংনি। ফেদেরেলগী লৈবাক মভাক অসিদদি সরকার অনিনি, ময়ামগী অপূনবা সরকার অমা অমসুং ফেদেরেল অদুদা য়াওরিবা লৈবাকশিং নত্রগা ষ্টেট ময়াম অদুগী তোঙনবা সরকার অমমম। ইথোক্লবা হায়বদি চেন্নবা য়ারোইদোবা সন্বিধান অমা থম্লগা অপূনবা সরকারগী অমসুং ষ্টেট সরকারগী তোগদবা মথৌশিং অদু নিংথিনা খায়দোক্লদুনা থম্মি। মখোয় মখোয়গী মথৌশিং অদুদা হেন্দোক হেঙ্গিল তৌবগী থৎনরক্লগা বিচার তৌনবা ব্রায়েনশং থম্মি। ফেদেরেল অদুদা য়াওরিবা ষ্টেটশিং নত্রগা লৈবাকশিং অদুনা মখোয়গী বিষয়শিং অদুদদি মনিং তম্বা লৈবাক ভাকচৈ। ইউনিটরীগী লৈবাক মভাক্তা ষ্টেটশিং অদু করিগুম্বা মওংদা মনিংমখা তমদে, শক্তি পুম্নমক সরকার অমক্তদা পূনসিল্লি।

ঐখোয়গী সন্বিধান অসি লৈবাক অতৈ কয়াদা গনতন্ত্রগী শাসন লিংখৎনখ্রবা মতুংদা শেম্বনি। ইংলণ্ড, আমেরিকা অমসুং আইর্লণ্ড-নচিংবা লৈবাক অসিদা মতম কুইনা গনতন্ত্র শাসন চৎলকপদা মখোয়গী শোয়খিবা অমসুং ফখিবা ব্রাফমশিংদু কুপ্ন নৈনরগা ঐখোয়গী সন্বিধান অসি শেমখিবনি। হৌজিক ফাওবদা চৎনরিবা পৃথিবীগী ওইবা সন্বিধানশিংগী মরক্তগী ঐখোয়গী সন্বিধান অসিনা খ্বাইদগী হেন্না শাংই। আমেরিকানচিংবগী সন্বিধান্দা কেন্দ্রগী শাসন মওংতমক তাকই। অদুগা ঐখোয়গী সন্বিধান্দনা কেন্দ্রগী অমসুং ষ্টেটশিংগী লৈবাক ভাকপগী মওং অমসুং লৈনগদবা মরীনচিংবদু হেক য়ারিবমখৈ কুপ্না অমসুং মচা তানা শুগাইনা তাকই।

ভারত অসি কমনৱেলথ ওফ নেসন্স (Commonwealth of Nations) য়াওই। অদুবু মদুনা ভারতকী মনিংমধা তম্বদা করিগুম্বা অকাযবা অমত্তা লৈতে। ঐখোযগী সম্বিধান অসি কনাগীম্তু মথা পোন্দবা মনিংতম্বা গনতন্ত্রগী মওংদা শেম্বনি। ঐখোয়গী মরু-ওইবা শক্তিদি প্রজা ঐখোযনি।

সম্বিধানগী মতুং ইন্না ঐখোয পুম্নমক্কী নাগরিকতা অমথক্তমক লৈ। হায়বদি ঐখোয পুম্নমক ভারতকী নাগরিকনি। আমেরি-কানচিংবা লৈবাক্তদি নাগরিকতা অনি লৈ। থুদম ওইনা হাযরবদা আমেরিকাগী সম্বিধানগা মতুং ইন্নদি ঐখোয অসি মণিপুরগী নাগরিক অমসুং ভারতকী নাগরিক হাযদুনা নাগরিকতা অনি শুগদবনি। ধর্ম্মগী মতাংদসু সম্বিধানগী মতুং ইন্না ভারত অসি সেকুলার ষ্টেট (secular state) হযবদ ধর্ম্মগা মরমদা মীচং মীথাই নাইদবনি। প্রজাশিংনা মখোযনা পামজবা অমসুং চৎচনিংবা ধর্ম্ম চৎচবা য়াই। মদুদা সরকারনা খুৎ থিংজনবা যাদে।

ভারতকী সম্বিধান অসি চেন্নবা যাদবা হাযবদি নিংথিনা ইথোক্তুনা থম্বনি। লৈবাক ঙাকপা অমসু আইন শেম্বনচিংবদা সম্বিধান্দা ইদুনা লৈরিবা নিয়মশিং অদু থুগাইদুনা নাএ নিযমশিং অদুগী ৱাংমদা থবক তোবা যাদে। অদুবু মতম মতমগা মতুং ইন্না দরকার ওইরক্লবা মতমদা পার্লিযামেণ্টনা সম্বিধান অসি শেমদোকপা ঙম্মী। সম্বিধান অসি চৎনবা হৌরকপদগী হৌজিক ফাওবদা ২১ রক শেমদোকখ্রে। মরুওইবা ৱাফম অমনা মতম মতমদা পার্লিযামেণ্টনা শেমলক্লিবা আইনশিং অদুসু সম্বিধানগী শরুক অমা ওই।

সম্বিধানগী মতুং ইন্না ঐখোয়গী সরকার অসি পার্লিযামেণ্টরী সরকারনি হায়বদি থবক পুরিবা মন্ত্রীনচিংবা অসি পার্লিযামেণ্টকী মথা পোল্লি। পার্লিযামেণ্টনা মখোযবু যাদ্রিবা অমসুং থাজরিবমখৈ মখোয়না থবক পুই। পার্লিযামেণ্টনা যাদ্রবদি মখোয থবক থাদোকই।

সম্বিধানগী অহুমশুবা শরুক্তা বিল ওফ রাইটস ( Bill of Rights ) হায়দুনা ভারতকী প্রজা অমমা ফংফম পোকপা মরুওইবা অধিকার মযাম অদু মখেক শেংনা উংলি। ঐখোযগী অধিকার অদু ঐখোয়দা ফংহন্দ্রবা মতমদা আইনগী পোত্তদা মদু ফংননবা তানবা যাই।

"দাইরেক্তিভ প্রিন্সিপলস ওফ স্টেট পোলিসি" হায়দুনা সম্বিধানগী মরিশুবা অধ্যায়দা মতাং অমমু যাওবি। মসিদা ষ্টেটশিংনা তৌগদবা থবকশিংগী চাওরাকপা মওং উংলি। মাসিনা ভারতকী ষ্টেটশিং অসিদা লৈবাক ভাকপনচিংবদা মান্নবা মওং অমা পুরক্লবা তোংনৈ।

ঐখোযগী সম্বিধান অসিদা সম্পত্তিগী, জাতীগী ধর্ম্মগী অমসুং মুংপা মুপীগী খেন্নবা থমদনা মীপুম খুদিংমক্তা ভোট থাদবগী অমসুং থবক ইনথাংনচিংবা তৌবগী মান্ননা খুদোংচাবা পী। মমাংভৈগী মতমগীগুম্না লৈবাক ভাকপগী থবক অমদি ফম্না'ইবনচিংবসি পারী পূরীগী মতুং ইন্না ফংবা য়াদ্রে। জাতী, হৌরকফম অমসুং ধর্ম্মগী খেন্নবা যেংদনা লৌশিং শিংবা অমসুং মতিক্তাবা মীশিংতনা মখোয় মখোয়গী মগুন অমসুং মথৌনাগী মতুং ইন্না মপা মপাচাবা থবক ফংজবা য়ারে।

ভারত পূম্বগী ওইনা করিগুম্বা খুদোংথীবা অমা লৈত্রুনা প্রেসিদেণ্টনা 'ইমরজেন্সী' হায়বদি লৈবাক্তা খুদোংথীবা লৈরে হায়দুনা লাওথোক্লবা মতমদদি ষ্টেট শরগী নত্রগা ময়ামগী শাসন পূম্বা কেন্দ্রনা লৌসিনবা ঙম্মী।

ঐখোয়গী সম্বিধান অসি চেন্নবা য়ারোইদৌবা মওংদা ইথোকতুনা থম্মি অদুবু ভারতকী পার্লিয়ামেণ্ট অমসুং ষ্টেটশিংগী আইন সভা ময়ামগা পূন্না য়ানরবদি শেমদোকপা ঙম্মোইদৌবা সম্বিধানগী করিগুম্বা শরুক অমত্তা য়াওদে। পার্লিয়ামেণ্টকী মেম্বর অমসুং ষ্টেটকী আইন সভাশিংগী মেম্বর হায়বদি প্রজাগী মীহুৎ ওাক্তনি। মরম অসিনা সম্বিধান অসি নিংথিনা চংহনগে নত্রগা চৎনহল্লোই হায়বনচিংবসি প্রজাগী মথুক্তা সম্বিধান অসিনা শিন্নৈ।

মখাদা ইরিবা ঐখোয়গী সম্বিধান অসিগী প্রিএম্বল হায়বদি হাহৌদোকী শরুক অসি য়েংলগা সম্বিধান অসিগী চাউরাকপা মওং অমা খঙবা ঙমগনি।

"ঐখোয় ভারতকী প্রজাশিংনা ভারত অসি সোভেরিন দিমো-ক্রেটিক রিপব্লিক অমা ওইহন্নবা অমসুং ভারতকী প্রজা পূম্নমক্তা :—

সমাজগী, শেলথুমগী অমসুং রাজনীতিগী মরমদা অচুম্বা ফংহন্নবা;

বাখলগী, ফোংদোকপগী, থাজবগী, ধর্ম্মগী অমসুং লাই-তীন খুরুমগী মনিং তমহন্নবা;

ফীভম অমসুং খুদোংচাবা মাম্নহন্নবা অমসুং মখোয়গী মরক্তা;

প্রজা খুদিংমক্কী মশাগী ইজ্জৎকীদমক অমসুং জাতি অসিগী অপূনবগীদমক, ইচিল ইনাও ওইবগী ৱাখল হেনগৎহন্নবগীদমক; নিংথিনা লেপ্নরদুনা;

ঐখোয়গী সম্বিধান শেম্বগী সভা অসিদা ৬'সি খৃঃ ১৯৪৯ গী নবেম্বরগী কুনতরুক্লি শুবা মুমিং অসিদা ঐখোয় ইশাদা সম্বিধান অসি পীননবগীদমক্তা, ঐখোয়না আইন শেম্লে অমসুং য়ানরে।"

## ভারতকী নাগরিক

লৈবাক অমদা লৈরিবা মী খুদিংমকসি মওং মান্নদে। শরুক অনি থোকনা খায়দোকই— লৈবাক অদুগী প্রজা অমসুং মীরৈবাকী মী। মী মথল অনি অসি সম্বিধানগী মতুং ইন্না খুদোংচাবনচিংবা ফংবদা খেন্নে। ভারতকী নাগরিক নত্রগা প্রজা হায়বসি শমনা হায়রবদা মপা মপু হান্নদগী লৈবাক অসিদা লৈরকপা অমসুং লৈবাক অসিবু মরৈবাক্লি হায়না খনবা মীশিং অদু ভারতকী প্রজানি। ভারতকী প্রজা অমনা আইন্না য়াবা মওংদা লৈবাক অসিগী প্রজা ওইবা তোক্তুনা মীরৈবাকী প্রজা ওইথিবা য়াই। অদুগা মীরৈবাকী প্রজা অমনসু আইন্না য়াবা মওংদা লৈবাক অসিগী প্রজা ওইরকপা য়াই।

---

# প্রজা অমগী ফংফম থোকপা মরুওইবা অধিকার।

ঐখোযগী চৎনরিবা সম্বিধান অসিগী মতুং ইন্না ঐখোয় প্রজা মীচম অমগা থবক তৌরিবা ওফিসার অচৌবা অমগা আইনগী থোঙদা খেন্নবা লৈতে। অকনবনা অশোনববু অমদি থবক তৌবা ওফিসারনচিংবনা মীচম প্রজাবু নমহৎপিদনবা অমসুং লাকথুব্নিদনবা সম্বিধান অসিদা নিংথিনা খুজিল থোরাং তৌদুনা থম্মী। সম্বিধানগী অহুমশুবা শরুক্তা প্রজা অমগী ফংফম থোকপা মরুওইবা অধিকারশিং অদু শরুক তরেৎ থোকনা খাযদোকতুনা মখাগী অসিগুমনা উৎলি মদুদি ঃ—

১। অমগা অমগা মান্নবগী অধিকার— ( Right to equality ).

২। মনিং-মথা তম্বগী অধিকার— ( Right to freedom ).

৩। কনাগুম্বা অমনা নক্কৎখিদনবগী অমদি মাঙহনখিদনবগী অধিকার— ( Right against Exploitation ).

৪। চৎনিংবা ধর্ম্ম চৎননবগী অধিকার— ( Right to freedom of Religion ).

৫। সংস্কৃতি অমসুং শিক্ষাগী অধিকার— (Cultural & Educational Right).

৬। লল-থুম অমসুং সম্পটিগী অধিকার--(Right to property).

৭। সম্বিধানগী মতুং ইন্না ঐখোযগী দাবী ফংননবগী অধিকার— ( Right to constitutional Remedies ).

## ১। অমগা অমগা মান্নবগী অধিকার

আইনগী থোঙদা থবক ইনখাং শুজ নোমজবদা অমসুং সরকারগী সার্ভিসনচিংবা তৌবদা ভারতকী প্রজা ঐখোয় পুম্নমক অসি অমগা অমগা মান্ননা অধিকার ফংই। নুপা নুপী খায়দনা, জাতী খেন্নবগী, ধর্ম্ম খেন্নবগী অমদি পোকফম খেন্নবগী য়েংদনা মীপুম খুদিংদা মান্নবা খুদোংচাবা পী। মী অমগা মী অমগা মান্ননা খুদোংচাবা পী হায়রবসিনা মশা মউ য়াম্না ফবা নুপা অমগা অঙাং মচা অমগা কনবা মান্নে: অদুগা নিংখিনা মহৈ মশিং তম্লুরবা মী অমগা মহৈমশিং ইহৈ হৈতবা মী অমগা থবক ইনখাং তৌবদা চপ মান্ননা খুদোংচাবা পীগনি হায়বদি নত্তে। মহৈমশিং হৈবদা অমদি মগুনদা মান্নবা মীশিং অদু অমনা লরাইদা পোকপনি অমনা ইম্ফালদা পোকপনি, অমনা হিন্দুনি অমনা পাঙলনি অমনা অতোনবা জাতিনি হায়বনচিংবা অসিগী মরমদা অমগা অমগা খেন্ননা খুদোংচাবা পীবা য়াদে হায়বনি। অতোনব জাতী অমসুং মাংবা শেংবনচিংবগী রাফমদা প্রজা অমবু ময়ামগী ওইবা স্কুল অমসুং হোটেলনচিংবা মফমদা চংবা থিংবা য়াদে।

মমাংঙৈদা ঐখোয়গী সমাজদা লৈরম্বা "অমাংবা অমসুং শোক্নবা য়াদবা" হায়বা ফত্তবা প্রথা অদু ঐখোয়গী সম্বিধান্না মুথৎখ্রে। মমাংঙৈদা সমাজ অসিদা য়াইথীবী অমসুং লোইনচিংববু মাংই হায়দুনা শোক্না পম্নবা য়ারমদবা অদু হৌজিক্তি লৈত্রে। কনাগুম্বনা "অমাংবা অমসুং শোক্নবা য়াদবা"গী রাফম অসি করিগুম্বা মওং অমদা সমাজদা পুশিল্লরবা হোৎনরবদি আইনগী মতুং ইন্না দণ্ডি ফংগনি। সমাজদা

মী অমগা মী অমগা মাৱহন্নবগী দমক, অভম অথৌগী অমদি অচৌবা শাগেগী মীনি হায়বা খংননবগী লৈরম্বা মিংথোলনচিংবা লোইনা মুথৎখ্রে। হৌজিক্তি মশা মশাগী মহৈ মশিংগী অমসুং মিলিটরিনচিংবগী মিংথোল অমসুং ফম নত্তনা শাগেগী ওইবা মিংথোলনচিংবা লৈবা য়াদ্রে।

ঐখোয়গী সম্বিধান অসিদা প্রজাশিংগী মরক্তা খরদং খেন্নবা লৈবা হায়ববু মহৈমশিং অমসুং য়ুম্লৈ কৈরৈদা য়াম্না শোথহৌরবা কাংবুশিং, মুপী অমসুং অভাংনচিংবদা সাধারন প্রজাশিংদগী খরা খেন্না খুদোংচাবা পীবা অদুতনি। হায়রিবা মীওইশিং অসিদদি থবক ইনখাং তৌবা খোৎপনচিংবদা হেন্না খুদোং চাবা পী।

## ২। মনিংমথা তম্বগী অধিকার।

সম্বিধান্দা প্রজাশিংগী মনিং মথা তম্বগী অধিকার মথল অরেংথক পীরিঃ— মচুদি মনিং তৌনা ৱা ভাংবা অমসুং ৱাখল ফোংদোকচবা; শান্তি ওইনা খুৎলাইনচিংবা পাইদনা মনিং তৌনা প্রজা মশেন তিন্নজবা; মরূপ নত্রগা পার্টিনচিংবা মনিং তৌনা শেমজবা য়াবা; মনিং তৌনা চথোক চৎসিন তৌবা য়াবা; মনিং তৌনা খুন্দাবা অমসুং লৈবা য়াবা; সম্পত্তিগী মনিং মথা তম্বা; মনিং তৌনা থবক ইনখাং অমসুং লল্লোন ইতিকনচিংবা তৌবা য়াবা।

প্রজাশিংনা মনিং তৌনা ৱা ভাঙজবা অমসুং মপুকনিংগী ৱাখল অমদি অপাম্বা ফোংদোকচবা য়াই হায়বসি সম্বিধান্না প্রজাশিংদা পী। অদুবু ভাংনিংবতা ভাংবা য়াই হায়দুনা অতোপ্পা মীদা অমদি

লৈবাক্কী ওইনা কায়গদবা রাক্ষম অদু ঙাংলুবদি য়াদে। মরম চাদবা মীবু শাওহন্নবা, লৈবাক অসি থুগাইনবগী মওংদ অমস্তুং লৈবাক্কী মরা চেৎপা রাৎহন্নবগী মও'দা, অতৈ মীরৈবাকশিংগা লৈনরিবা মরুপ ওইবগী মওং অদু কাইহনবা য়াবগী মওংনচিংবদদি সম্বিধান্না য়াই হায়দুনস্তু প্রজান মনিং তৌনা রা ঙাংবা য়াদে। মীগী অমস্তুং লৈবাক্কী কায়রোইদোবা মওংদা প্রজান' মনি' তৌনা রাখল খঞ্জবা অমস্তুং পুক্নিংগী ভাব ফোংদোকচবা য়াই হায়বনি।

প্রজানা মনি' তৌন মখোয় মশেল তিন্নজবা য়াই হায়বসিস্তু ভমখৈ অমস্তু' অথিংবা লৈতবা নত্তে। শান্তি ওইবা মও'দা খুৎলাই পায়দনা প্রজা মশেল তিন্নদুনা ময়ামগী অমস্তু' লৈবাক্কী ফননবা খন্নজবা অমদি হরাও কুম্মৈ অমস্তুং ধর্ম্ম কর্ম্মনচিংবগী থবক তৌজবা য়াই। খুৎলাই পাইনবু ওইরবস্তু পাইদনবু ওইরবস্তু প্রজা ঐখোয়না তিন্নরিবা অদুনা মী খরগী নত্রগা মী কাঙবু অমগী শাওহন্নবগী মওং ওইদুন খৎনা চৈনবনচিংবা থোকহনবা য়াব ' মও' লৈরবদি সম্বিধানদা পীরিবা প্রজাশিংগী অধিকারদু ষ্টেটনা থিংবা ঙম্মী।

ঐখোয় খরা নত্রগা ময়াম পূন্দুনা মরুপ, পার্টি অমস্তুং ইউনিয়ন্নচিংবা শেমজবা য়াই। অদুবু সম্বিধান্না ঐখোযদা পীরিবা ইনিংতম্বগী অধিকারশিং অসি অথিংবা স্তুকথম থমদনা পীবদি অমত্তা য়াওদে। ঐখোয়না শেম্লিবা মকপ্নচি'বা অড়না লৈবাক্কী অমস্তু' প্রজা ময়ামগী অকায়বা ওইগদবা লৈরবদি সরকারনা মদু থিংবা ঙম্মী। খুদম ওইনা হায়রবদা হুরান্নবগী অমদি আইন্না য়াদবা থবক তৌননব-গীদমক্তি মরুপনচিংবা শেম্বা য়াদে।

ভারতকী প্রজাশিংনা ভারতকী মনু'দা মনিং তৌনা চখোক চৎশিন তৌবদা অমদি মফম অমদা লকতুনা লৈবদা মীযামগী স্বার্থদা কাযগদবা লৈরবদি সরকারনা আইন্না যাবা মওংদা মী অদুগী অধিকার থিংবা ঙম্মী।

আইন্না যাবা মওংদা ইনিং তৌনা মাল চাং অমসুং সম্পতিন-চিংবা তান্সিঞ্জবা, লৈজবা, যেঞ্জবা অমসুং শিজিন্নবা যাবগী অধিকার সম্বিধান্না ঐখোযনা পী। মাল-চং অমসুং সম্পতিনচিংবদু ঐখোযনা নিংথিনা শিজিন্নজবা ঙম্মব অমদি কনাগুম্বনা নমদুনা মাংহনখিদনবা অমসুং লৌখিদনবা স্টেটনা ঙাকই অমসুং যেংশিনবী। মরম চাদনা সরকারনা ঐখোযগী সম্পতিবু ঙমই হায়দুনা নমদুনা লৌবসু যাদে। খৃঃ ১৯৫৫ দা সম্বিধান শেমদোক্লিখিবা মতুং ইন্না লৈনবী অমদি মীযামগী স্বার্থদা স্টেটনা ক্ষতিপূরণ পীরগা প্রজাগী লমনচিংবা সম্পতি লৌসিনবা ঙম্মা। অদুগা পীরিবা ক্ষতিপূরণ অদু যামই যামদে অমসুং মতিক চাই চাদে হায়দুনা হায়বা যদে অদুবু খৃঃ ১৯৬৪ গী ১৭ লক শুবা ওইনা সম্বিধান শেমদোকখিবা অদুদা পীদোরবা ক্ষতিপূরণ অদু লৌশিনবা নতম অদুদা ওইবা কেযেলগা নমল অদু পীগদোবান হায়না ৱারেপ লৌখ্রে।

ভারতকী প্রজা খুদিংমকনা মশা মশানা পাম্বা মতুং ইন্না থবক ইনথাং শুজ নোমজবা, সার্ভিস তৌবা অমসুং লল্লোন ইতিক্কচিংবা তৌজবা য়াই। মসিগী মতাং অসিদসু আইন্না য়াবা হায়বা ৱাকম অমদি থন্দবা যাদে। সম্বিধান্দা য়াই হায়দুনসু আইন্না য়াদবা মীবু নমদুনা শিজিন্নবা অমসুং মা লল্লোনবনচিংবা থবক্তি তৌবা য়াদে।

মীযামগী অমদি লৈবাক্কী স্বার্থদা স্টেটনা করিগুম্বা থবক অমা প্রজাশিংবু তৌহন্দনা লৌসিনবা হায়বদি করিগুম্বা থবক অমবু সরকারগী ওইনা চলাইবা অমসুং আইন্না যাদ্রা মতু ইন্না প্রজাগী অধিকার থিংবা ঙম্মী।

## ৩। কনাগুম্বনা নম্বহৎথিদনবা অমদি মাংহনথিদনবগী অধিকার।

অকনবনা অশোনববু নংহৎপিবা অমসুং মাংহনখিবা ঙমদনবসু সম্বিধান অসিদা যাওরি। মম ংঙৈদা লৈরম্বা অরৈবা মীনাইগী মওংদা নমদুনা মীবু মতিকচাবা অনেংম্মন পীদনা শিজিন্নবা, গতি লৈজদ্রবা মপাঙ্গল শোল্লবা মুপী অঙাংবু শেল তান্ননবগী মওংদা কনাগুম্বনা ভিক্ষা নিহনবা, মুপী অঙাংনচিংববু সমাজগী মাঙননবগী মওংদা লল্লোনবা অসিনচিংবা পূন্নমক অসি যাদ্রে। হায়রিবশিং অসি তৌবা থোক্লবদি আইনগী মতুং ইন্না দণ্ড ফংগনি। চহি ১৪ শুদ্রিদা অঙাংশিংবু খনি, কারখানানচিংবা থবাই মাঙবা য়'বা মফমশিংদা শিজিন্নবা য়াদবা অসিনচিংবা আইন কযামরুমনা অতোনবা অমসুং অশোনবগী স্বার্থ ঙাকই।

অদুবু ষ্টেটনা ময়ামগী অমসুং লৈবাক্কী ওইবা থবক্কীদমক হায়বদি মিলিটরিনচিংবগী থবক্তা প্রজাবু নমদুনা থবক তৌহনবদি ঙম্মি। মসিদসু ষ্টেটনা হায়বদি সরকার পাযরিবা মীওইশিংনা জাতী, ধর্ম্ম অমসুং পোকফম খেন্নবগী খেন্নবা লৈহন্দুনা প্রজাবু নমদুনা শিজিন্নবা য়াদে।

## ৪। ধর্ম্মগী মনিংতম্বা।

ঐখোয়গী চৎনরিবা সম্বিধান অসিগী মতুং ইন্না ভারত অসি ধর্ম্মগী মতাংদা নীচং মীখাই নাইদবা লৈবাক্নি। ষ্টেটকী অমদি ভারত পূম্বগী ওইবা ধর্ম্ম লৈতে অমসুং থম্বসু য়াদে। ঐখোয়না পামজবা অমসুং চৎনিংবা ধর্ম্ম চৎচবা য়াই। প্রজাশিংনা মখোয় মখোয়গী ধর্ম্মদুগী সংস্থা লিংখৎনা ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক ইনখাং তৌজবা অমসুং ধর্ম্মনচিংবা শন্দোকচবা যাই। আইন্না য়াবা মতুং ইন্না ধর্ম্মগী স্কুলনচিংবা লিংখৎচবা, ধর্ম্মগীদমক্তা লমনচিংবা মাল চাং অমসুং সম্পতি থমজবা য়াই। ধর্ম্ম খেন্নবগীদমক্তা সরকারকগী থবক পুরিবা মীশিংনা থবক ইনখাংনচিংবা তৌবদা ঐখোয়গী খুদোংচাবা অমসুং অধিকার থীংবা ঙমদে।

ষ্টেটনা হায়বদি সরকারনা করিগুম্বা ধর্ম্ম অমগীদমক নমদুনা পৈশা খায়বা অমসুং টেক্স লৌবা য়াদে। সরকারনা চলায়বা স্কুলনচিংবা মহৈ তম্ফমশিংদা ধর্ম্মগী পাওতাক পীবা অমসুং ধর্ম্মগী লাইরিক তম্বীবা য়াদে। সরকারনা য়াবা অমসুং মতেং পাংবা মহৈ তম্ফমনচিংবদা করিগুম্বা ধর্ম্মগী পাওতাক পীবা অমসুং তম্বীবনচিংবা তৌরবসু মদু য়াওগে নত্রগা যাওরোই হায়বদু ছাত্রদু নত্রগা ছাত্রদুগী অভিভাবকনী মনিংনি, হায়বদি ধর্ম্মগী ক্লাস অদুদা ছাত্রদুনা নত্রগা মাগী অহল লম্মন্না পামদ্রবদি নমদুনা যাওহনবা য়াদে।

মথক্তা হায়খ্রিবশিং অসিনা সম্বিধান্না পীবা ঐখোয়বগী ধর্ম্মগী অধিকারনি। অদুবু ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক অসিদা ষ্টেটনা ঐখোয়গী থবক্তা করিগুম্বা মওংদা খুৎ থিংজিনবা ঙমদে হায়বদি নত্তে।

ধর্ম্মগীদমক্তা লৈরিবা মাল চাং অমসুং শেলথুম্নচিংবদু ষ্টেটকী আইন্না য়াবা মওংদা শিজিন্নগদবনি। হিন্দু ধর্ম্মগী মী কাঙবু খরনা ময়ামগী ওইবা লাইশংনচিংবদা অতোপ্পা হিন্দু খরবু লাই খুরুমহন্দবনচিংবা মতাংদদি ষ্টেটনা নমদুনা খুরুমহনবা ঙম্মী।

## ৫। সংস্কৃতি অমসুং শিক্ষাগী অধিকার।

মশাগী লোল, ময়েক অমসুং সংস্কৃতি লৈজবা ভারতকী মী কাঙবু খুদিংমক্তা মখোয়গী লোল-ময়েক, অমসুং সংস্কৃতি অদু ঙাক্তুনা থমজবা ঙম্নবগী অধিকার ফংই। সরকারগী অমদি সরকারনা মতেং পাংবা করিগুম্বা মহৈ তম্ফম অমনা কনাগুম্বা অমতবু জাতী ধর্ম্ম অমসুং লোল খেন্নবগীদমক্তা মিং চঙ্গগে অসসুং মহৈ তমজগে হায়বদা থিংবা য়াদে। ভারতকী মশীং যামদবা মী কাঙবু খুদম ওইনা হায়রবদা খেংজাই, কবুইনচিংবা অমনা মখোয়গী মরোন্দা মহৈ তম্নবা স্কুলনচিংবা লিংখৎচবা য়াই। মশীং য়ামদবা কাঙবুনা লিংখৎপনি হায়দুনা মখোয়গী ফংফম থোকপা মতেংনচিংবা ষ্টেটনা থিংবা অমদি ককপা য়াদে।

## ৬ লল-থুম অমসুং সম্পতিগী অধিকার।

লনাই মীওইশিংনা লনাই ওইনা মাল চাং, লল-থুম তান্নিজ্ঞবা, লৈশিঞ্জবা অমসুং পৈশিঞ্জবা যাই। আইন্না য়াবা মওংদা ঐখোয়না ইপা ইপুনচিংবনা থম্বিরম্বা মাল চাং ফংজবা অমসুং মদুগী মপু ওইজবা য়াই। মাল চাংশিং অদু ইনিং তৌনা শিজিন্নজবা অমসুং যোম্থোকচবনচিংবা

তৌবা য়াই। আইনগী মতুং ইন্না নত্রবদি কনানম্ন মথক্তা হায়খ্রিবা অসিগুম্না ঐখোয়গী সম্পতিশিং অদু শিজিন্নজবদা থিংবা য়াদে অমস্নুং নমদুনা লৌথিবা য়াদে।

হায়রিবশিং অসিনা সম্বিধান্না পীবা ঐখোয়গী অধিকারনি। অদুবু ঐখোয়গী মাল চাংশিং অদু অতোপ্পা মীগী অমস্নুং ষ্টেটকী মাঙননবগী মওংদা শিজিন্নবদি য়াদে। জাতীগী অমদি লৈবাক্কী স্বার্থদা ষ্টেটনা কনাগুম্বা অমগী সম্পতিনচিংবা আইন্না য়াবা মওংদা লৌশিনখিবা ওম্মী। লৌশিনখিবা মতমদা আইনগী মতুং ইন্না প্রজাগী ফংফম থোকপবু সরকার পাইরিবা মীশিংনা খুশি রাশিদা পীদবা ওমদে।

## ৭। সম্বিধানগী মতুং ইন্না ঐখোয়গী অরাবা কোক্লবা উপায়।

সম্বিধান্না পীরিবা অধিকারশিং অসি ঐখোয়না নিংথিনা ফংজবা ওমদ্রবদি করিস্নু কান্নবা লৈতে। অদুনা পীরিবা অধিকারশিং অসি ঐখোয়না নিংথিনা ফংবা য়ানবা উপায় কয়ামরুমস্নু সম্বিধান্দা য়াওরি। ভারত্তা লৈরিবা রায়েলশংশিং হায়বদি সুপ্রীম কোর্ট অমস্নুং হাই কোর্টশিং অসিনা প্রজাগী অধিকারশিং অসি ঙাক শেল্লি। সরকারগী থবক পুরিবশিংদি লায়রদুনা পার্লিয়ামেণ্ট অমস্নুং আইন সভাশিংনা ফাওবা ঐখোয়গী অধিকারশিং অসি থুগাইবা অমদি ফংহন্দবা ওমদে। ঐখোয়গী ফংফম থোকপশিং অসি সরকারগী থবক পুরিবা মীওই-শিংনা ফংহন্দ্রবা নত্রগা আইন সভা অমনা পাস তৌরকপা করিম্বা আইন অমনা ফংহল্লক্কবা থোক্লবদি ঐখোয়না কোর্টশিং অসিদা

দয়খাষ্ট থাদুনা অধিকারশিং অদু ফংননবা তানবা য়াই। সম্বিধান্না পীরিবা প্রজাগী অধিকার অসি থুগাইদুনা পাস তৌরকপা পার্লিয়া-মেণ্টকী নত্রগা আইন সভাগী আইন অদু কোর্ট-না চৎনহন্দবা ওম্মী। প্রজাগী ওইবা থবক নমশিন্দুনা থম্বা ওফিসারবু কোর্টনা নমদুনা মথৌ তৌহনবা ওম্মী।

অদুগা আইন্না য়াবা মওংদা পার্লিয়ামেণ্টনা থবক নিংথিনা তৌবা য়ানবগী, অমসুং দিসিপ্লিন ওাক্লনবগীদমক মিলিটরীনচিংবগী মতাংদা অধিকারশিং অসি থিংদুনা আইন্নচিংবা পাস তৌবা ওম্মী। লৈবাক অসিদা প্রেসিদেণ্টনা "ইমরজেন্সী" লাওথোক্লবা হায়বদি লৈবাক অসি য়াম্না খুদোংথীবা অমসুং অক্লবা ফিভমদা লৈরে হায়দুনা লাওথোক্লবদি পার্লিয়ামেণ্টনা ঐখোয়গী অধিকার থুগাইদুনা আইন পাস তৌবা ওম্মী। মতম অসিদদি কোর্টতা ব্রাকৎচনবগী ঐখোয়গী অধিকার অদু ফাওবা প্রেসিদেণ্টনা থিংবা ওম্মী। ইমরজেন্সী অদুগী মতম হেক লোইখিবদা ঐখোয়গী হান্নগী অধিকারশিং অদু অমুক হন্না ফংগনি।

---

# অধিকার অমস্নুং ঐখোয়।

সম্বিধান্দা পীরিবা অধিকারশিং অসি ভারত্তা লৈরিবা মীপূম খুদিংমক্না চপ মান্ননা ফংবা নত্তে। ভারত্তা লৈজরবস্নু লৈবাক অসিগী নাগরিক অমা নত্রবদি অধিকারশিং অসি লোইনা ফংদে। ভারতকী নাগরিক নত্তবা অতোপ্পা লৈবাক্কী ভারত্তা লৈবা প্রজা অমনা ফংলিবসি পুন্সি ঙাকপিবা, আইনগী থোঙদা মান্নবা; ধর্ম্মগী মনিং তম্বা, নমতুনা থবক তৌহনবা য়াদবা অসিনচিংবা অসিতনি।

লৈবাক অসিগী প্রজা খুদিংমক্নদি মথক্কী অধিকার ময়াম অসি লোইনা ফংঙি। পিরিবা অধিকারশিং অসি প্রজা খুদিংমক্কীনি। অদুনা ঐখোয়নস্নু ইশা ইশাগী অধিকার অদু ফংজবদা অমস্নুং ফংননবা হোৎনবদা অতোপ্পা মীগী অধিকারদা অকায়বা থোকহল্লুদনবা য়েংদুনা চৎপা তাই। মীপূম খুদিংমক্তা অধিকারশিং অসি নিংথিনা ফংহনবা ষ্টেটকী মথৌনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী অধিকার ফংজবা নত্রগা ফংনবা তানবদুনা অতোপ্পগী অধিকারদা অকায়বা থোকহন্নবা অমস্নুং থোক্কদবা লৈরবদি সরকারনা খুৎ থিংজিন্নকই। খুদম ওইনা হায়রবদা ঐগী ইখোলনি হায়দুনস্নু য়ুন্নোন্নবা মীশিংবু শাওহন্নবা অমস্নুং নুঙাইহন্দনবা মওংদা কোম চাওনা তৌথোক্কুনা লোন্নরিবা য়ুম অদু তেকহন্নবা তৌবা অমস্নুং লোন্নরিবা মীশিং অদুবু মখোইদো শাওগৎহন্নবগী মওংদা পূঙঙাং ঙাংবা অমস্নুং পূঙচৈ চৈবা য়াদে। মরম অসিনা মীপূম খুদিংমক্না সম্বিধান্দা পীরিবা অধিকারশিং অসি মান্নবা ফংবা য়াম্নবা ষ্টেটনা ঐখোয়গী অধিকারশিং অসিদা অথিংবা কয়ামরুম থম্মি।

পার্লিয়ামেণ্টনা সম্বিধান শেমদোক্লগা ঐখোয়গী অধিকার অসি হেনগৎহনবা নত্রগা ককথখিবা ঙম্মী। পার্লিযামেণ্ট হায়বসি প্রজাগী মীহুৎ হায়বদি প্রজা হায়বনি। অদুনা অধিকারশিং অসি নিংথিনা ঙাকপা নত্রগা মাংহনখিবা হায়বসি প্রজা ঐখোয়গী খুত্তা লৈরে।

---

# কেন্দ্রগা ষ্টেটশিংগা লৈনবা মরী।

হৌজিকমক ঐখোযগী লৈবাক অসিদা ষ্টেট তরাতরেৎ অমসুং ইউনিয়ন টেরিটোরী হাযবদি কেন্দ্রনা ঙাকপা লম তরামাথোই লৈ। কেন্দ্রগীসু আইন সভা অনি হাযবদি লোক সভা অমসুং রাজ্য সভা লৈ অদুগা ষ্টেট খুদিংদা আইন সভা অমা নত্রগা অনি লৈ। খৃঃ ১৯৭২ দগী ইউনিযন টেরিটোরী খরদা আইন সভা লিংখৎখ্রে অমসুং মন্ত্রিমন্দলনচিংবা লৈখ্রে। কেন্দ্র সরকারনসু আইন শেমতুনা লৈবাক ঙাকই অদুগা ষ্টেটকী আইন সভানসু আইন শেমতুনা লৈবাক ঙাকই। ভারত অসি অপূনবা লৈবাক অমনি, মরম অসিনা ইহান হান্না তাবদা অপূনবা লৈবাক অমদা মতৌ করম্না শাসন অনি লৈরিবনো হায়না কনাগুম্বদা ঙক্না থোক্লম্বা য়াই। অদুবু সম্বিধান অসি খরদং নৈনদুনা য়েংলবদি ঙক্লিংঙাইগী মরম করিসু লৈতে। কেন্দ্র সরকারগা ষ্টেটশিংগী সরকারগা লৈনগদবা মরী অমসুং মখোয় মখোয়গী মথৌ অমসুং মখোয়না শেম্বা য়াবা আইনচিংবশিং অদু

সম্বিধান অসিদা য়াম্না নিংথিনা য়েঙ্খোক্লদুনা থম্লি। হেন্দোক হেক্লিলগী খৎনরক্লগা বিচার তৌনবা সুপ্রীম কোর্টনচিংবা রায়েলশং লৈ হায়বা মথক্তসু হায়খ্রে। কেন্দ্র অমসুং স্টেটশিংগী মরক্তা য়েঙ্খোকনবা বিষয় অমসুং শক্তিশিং অদু মখাগী অসিগুম্না তরেৎশুবা সিড্যুলদা ( Swenth schedule ) তাক্লি

**কেন্দ্রগী বিষয় :—** স্টেট অমসুং কেন্দ্রনা ভাক্লগদবা বিষযশিং অদু শরুক অহুম থোকনা খাযদোকই মদুদি **কেন্দ্রগী বিষয় ষ্টেটকী বিবয়** অমসুং **অপূনবা বিষয়**। ভারত পূম্নমক্কী ওইনা মরু ওইবা ষ্টেটশিংনা ভাকপদা খুদোং চারোইদোবা বিষয়শিং অদু কেন্দ্রগী বিষয়দা থম্মী। কেন্দ্রগী বিষয়দা থৌরম ৯৭ লৈ। মখোয়শিং অদুগী মরক্তগী খরা হেন্না শিংথানবা য়াবা বিষয় খরদি মখাগী অসিনি :—

শেল শাবা খোৎপগী থবক, রেলরেগী থবক, মীরৈবাক্কা লান্দা-রকপনচিংবদগী ভারত ভাকপগী থবক, খুজু-খুৎলাইনচিংবা শাবগী থবক, মীরৈবাক্কা মরী লৈনবা, বেঙ্ক অমসুং ইন্সুরেন্সকী থবক, টেলিফোন, এরোপ্লেন, রেডিওগী থবক, মীকোক থীবা, মীরৈবাক্কা লান্লোন ইতিক তৌনবা অসিনচিংবা।

**ষ্টেটকী বিষয় :—** ষ্টেট ষ্টেটকী ওইনা মরুওইবা অমসুং ষ্টেট ষ্টেটনা শীঞ্জবা অমসুং ভাকচবদা খুদোংচাবা বিষয়শিং অদু ষ্টেটকী বিষয়দা থম্মী। ষ্টেটকী বিষয়দা থৌরম ৬৬ লৈ। মরুওইবা খরদি মখাগীশিং অসিনিঃ —

ষ্টেট মন্নুংদা লো অমসুং ওর্দর থম্বা হায়বদি ষ্টেট মন্নুংদা শাস্তি থম্বগী থবক, জেলগী থবক, হকচাং ফহন্নবগী থবক, ষ্টেট মন্নুংগী লল্লোন ইতিক্কী থবক, জ়ায় শান্নবা অমসুং পৈশা থানবন-চিংবগী ভাকথোক ভাকশিন তৌবা, লোকেল গর্বনমেণ্ট হায়বদি পঞ্চায়েটনচিংবগী থবক অসিনচিংবা।

**অপূনবা বিষয় :—** ষ্টেটশিং অমসুং কেন্দ্র অনিমক পূন্না য়েংন য়েংনদুনা থবক পুমিন্নবদা কান্নগদবা বিষয়শিং অদু অপূনবা বিষয়দা থম্মী। মসিগী লিস্টতা বিষয় ৪৭ লৈ। মরু ওইবা খরদি মখাগী অসিনি :—

লল্লোন ইতিক অমসুং খুৎ-শা হৈবগী থবক, বিজুলিগী থবক (ইলেকত্রিক), লুহোংবা অমসুং মুপী খাইনবা পোৎ-চৈগী মমল লেপ্পা, চানবা চিঙ্গাক্তা য়াম্লোক য়ান্সিন্নচিংবা থিংবগী থবক, খবর অমসুং ছাপা নম্বগী থবক, হিদাক লাংথক অমসুং হূনচিংবগী থবক অসিনচিংবা।

**লেমহৌবা বিষয়:—** মথক্কী লিষ্ট অহুম অসিদা মমিং পন্দুনা পীখিবা বিষয়শিং অসি নত্তবা অতৈ বিষয়দি কেন্দ্র সরকারগীনি। হায়রিবা বিষয়শিং অসিগী শেমদোক শেমজিন অমসুং ভাকথোক ভাকশীন কেন্দ্র সরকারগীনি।

**কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটশিংগী আইন শেম্বগী শক্তি অমসুং মরী :—** মথক্তা ইখ্রিবা কেন্দ্রগী বিষয়দা য়াওরিবা হিরমশিং অসিদা পার্লিয়ামেণ্টনা আইন শেম্মী অদুগা ষ্টেট লিষ্টতা য়াওবা বিষয়শিং অদুগী মরমদা স্টেট ষ্টেটনা আইন শেমজৈ অমসুং চলাইজৈ।

অপূনবা বিষয়দা য়াওরিবা হিরমশিং অদুদদি কেন্দ্রনসু হায়বদি পার্লিয়ামেণ্টনসু অদুগা ষ্টেটকী আইন সভাশিংনসু আইন শেম্মী। অপূনবা লিষ্টতা য়াওরিবা করিগুম্বা বিষয় অমদা কেন্দ্রনা শেম্বা আইনগা ষ্টেটনা শেম্বা আইনগা খেন্নরকপা থোক্লবদি কেন্দ্রনা শেম্বা অদু চৎনগদবনি। মথক্কী লিস্ট অহুম অদুদা য়াওখিদবা বিষয়শিংগী মরমদদি কেন্দ্রনা হায়বদি পার্লিয়ামেণ্টনা আইন শেম্মী।

মশা মশাগী বিষযশিংদা আইন শেম্নবগী শক্তি লৈজরবসু পার্লিয়ামেন্টনা ষ্টেটকী আইন সভাশিংদগী মপাঙ্গল কনবা লেল্লি। ষ্টেট লিষ্টতা য়াওবা করিগুম্বা বিষয অমা জাতীগী হায়বদি ভারত অপূম্বগী ওইনা মরু ওইরকপা অমদি কান্নরকপগী মতাং লাক্লবদি বিষয় অদুগী মরমদা রাজ্য সভানা য়ারগা, পার্লিয়ামেণ্টনা মতম খরগী ওইনা আইন শেম্বা ঙমই। ষ্টেট অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা ষ্টেটশিংগী আইন সভানা মখোয় মশেল য়ানজরবদি ষ্টেট লিষ্টতা য়াওবা মখোয়না য়ানখ্রবা বিষয় নত্রগা বিষয়শিং অদুগী মরমদা কেন্দ্রনা আইন শেম্বা ঙম্মী।

মীরৈবাক্কা সম্নিতোনবা, ইউ, এন, ও, নচিংবগা মরী লৈনবগী মতাংদদি করিগুম্বা ষ্টেট লিষ্টতা য়াওবা বিষয়গী মরমদা কেন্দ্রনা আইন শেম্বা ঙম্মি। করিগুম্বা ষ্টেট অমা সম্বিধানগী মতুং ইন্না চৎপা ঙমদদুনা লৈবাক কাঙ-খোং চাইগদোরবা মতমদা ষ্টেট অদুগী আইন শেম্নগী শক্তি পূম্নমক কেন্দ্রগী পার্লিয়ামেণ্টনা লৌশিনবা ঙম্মী। লৈবাক অসিদা ইমরজেন্সী লাওথোক্লবা হায়বদি লৈবাক অসি য়াম্না থুদোং থীবা ফিভমদা লৈরে হায়দুনা প্রেসিদেণ্টনা লাওথোক্লবা

মতমদদি ষ্টেটশিংগী আইন শেম্বগী শক্তি পূম্নমক কেন্দ্রনা পায়শিনবা ঙম্মী। হৌজিক ভারত্তা লৈরিবা লমশিং অসি নত্তবা করিগুম্বা লম অমা ভারতনা নৌনা ফংঙক্লবা নত্রগা লৌশিল্লক্লবদি লম অদুগী আইন শেম্বগী শক্তি পূম্নমক কেন্দ্রগীনি।

**কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটকী লৈবাক ভাকপগী মরী :–**

সধারন ওইনদি কেন্দ্রগী বিষয় অমসুং কেন্দ্রনা শেম্বা আইনশিং অদুগী থবক পাংথোকপা কেন্দ্র সরকারগী মথৌনি। ষ্টেট লিষ্টতা য়াওবা বিষযশিং অমসুং ষ্টেটকী আইন সভানা শেম্বা আইনশিং অদুগী থবক পাঙথোকপা ষ্টেট সরকারগী মথৌনি। অপূনবা বিষয়শিং অদুগী থবক ওইনা পাংথোকপদি, পার্লিয়ামেণ্টনা আইন শেমদুনা কেন্দ্রনা লৌসিনখিবা থবক খরা নত্তনা অতে পূম্নমক্তি ষ্টেট সরকারনা তৌই।

থবক পাংথোকপগী মতাং অসিসু য়েৎন খোৎনবা তৌদনা নিংথিনা থবক চথবা য়ানবা সম্বিধান্না খুজিল থৌরাং তৌই। ষ্টেটশিংনা থবক পাংথোকপদা কেন্দ্রনা শেম্বা আইনশিং থুগাইদনবা অমদি কেন্দ্রগী থবক পাংথোকপদা অকায়বা থোক্তনবা মওং য়েংদুনা তৌগদবনি। ষ্টেটশিংনা থবক তৌবদা ময়ামগী স্বার্থ কায়দনবা কৱম্বা মওংদা অমসুং মতৌ কৱম্না থবক তৌগনি হায়রদু তাক্লনবগী কেন্দ্র সরকারগী শক্তি লৈ। কেন্দ্রনা তাক্লিবদু ষ্টেটশিংনা ইন্দ্রগা, ইন্দ্রিবা ষ্টেট অদু সম্বিধানগী মতুং ইন্না চৎপা ঙমদ্রে হায়না লৌদুনা ষ্টেট অদুগী থবক ইনথাং পূম্নমক কেন্দ্রনা লৌশিনবা ঙম্মী। ষ্টেটশিংগী মরক্তা খৎনবা অমসুং মখোয়গী পূন্না কান্নগদবা হিরমশিং

অদু প্রেসিদেণ্টনা ষ্টেটশিং অদুগী অপূনবা সভা শেমদুনা য়েংশিল্লি। কেন্দ্রগা ষ্টেটকা যানরবদি কেন্দ্রগী থবক অদু ষ্টেট অদুদা শিন্নবা অদুগা ষ্টেট অদুগী থবক কেন্দ্রদা পাঙথোকহন্নবগীদমক শিন্নবা য়াই অমসুং ওন্মী।

— —

## কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটকী শেল-থুমগী মরী।

লৈবাক ওাকপদা শেল-থুমগী থবক অসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। মতাং অসিদসু কেন্দ্রগা ষ্টেটকা হেঞ্জিন্নদনবা অমসুং নিংথিনা অমদি মতিক চানা শেল-থুম খোমগৎতুনা নিংথি নিংথিনা লৈবাক ওাক্নবা ওন্নবা সম্বিধানদ' ইথোক্তুনা থম্মি। টেক্স খরনা কেন্দ্রতনা লোখৎলি অদুগা খরা অমনা ষ্টেটতনা লোই। টেক্স মখল খরনা কেন্দ্রগী মহুত্তা ষ্টেটনা লোখৎলি অদুগা খরা অমনা কেন্দ্র সরকারনা লোরগা ষ্টেট ষ্টেটতা অমুক য়েন্থোকই।

**কেন্দ্রনা লোবা টেক্স—** কস্তম, হিদাকমনানচিংবগী এক্সাইজ টেক্স, ইউনিয়ন লিষ্টতা য়াওবা বিষয়শিংগী টেক্স, কোর্পোরেসন টেক্স, ইনকম টেক্সকী অহেনবা টেক্স অসিনচিংবা।

**ষ্টেটনা লোব টেক্স—** লমগী খাজনা, লৌউ-শিংউবগী থোকপা পোং-চৈশিংগী টেক্স, য়ুম ইথোলগী খাজনা, লোকমন-চিংগী স্বত ফংহৌবা মীদগী লোবা টেক্স, কানি, ইলেকট্রিক, ষ্টেট

মনুংদা চখোক চৎশিন ( গাড়ী অমসুং হিনচিংবগী ) তৌবগী টেক্স অসিনচিংবা।

**কেন্দ্রনা লৌরগা ষ্টেট ষ্টেটতা য়েন্থোকপা টেক্স—** লৌফমনচিংবগী নত্তবা অতৈ মাল চাংগী স্বত ফংহৌবগী টেক্স, খবর লৈবা য়োনবা অমসুং এডভর্টাইজ তৌবগী টেক্স, পোৎ-চৈ লৈবা য়োনবদগী লৌবা টেক্স অসিনচিংবা।

মথক্তা য়েন্থোকনরিবা টেক্সকী রাফম অসিতা নত্তনা আই লাকফমনচিংবসু কেন্দ্রগা ষ্টেটকা য়েন্থোক্নে। রেলরে, পোষ্ট অমসুং টেলিগ্রাফ, রেডিও, শেল শাবা, অসিনচিংবসি কেন্দ্রগী শেল লাকফম্নি। অদুগা ষ্টেট ষ্টেটকী মনুংদা লৈবা জঙ্গল, লৌখোং ইলেকত্রিসিটি, ট্রান্সপোর্ট অসিনচিংবা অসিনা ষ্টেটকী শেল লাকফম্নি।

চহি খুদিংগী পার্লিয়ামেণ্টনা লেপ্পা মতুং ইন্না কেন্দ্রনা গ্রাণ্ট ইন এইদ হায়দুনা ষ্টেটশিংদা পৈশাসু পী। সম্বিধানগী মতুং ইন্না মরক মরক্তা ফাইনেন্স কমিসন হেক হেক শেম্মী। কমিসন অসিনা কেন্দ্রনা ষ্টেটশিংদা পীগদবা শেলগী মতেং অমসুং খাজনা য়েন্থোক্লবগী মওংনচিংবা হেক হেক লেপ্পি।

কেন্দ্র সরকারনা দরকার লৈরক্লবা মতমদা ভারতকী মনুংদগী নত্রগা মপান্দগী পার্লিয়ামেণ্টনা য়াবা পূনিংবগী চাংদা শেল পূবা য়াই। ষ্টেটনা ভারতকী মপান্দগী শেল পূবা ঙমদে। প্রেসিদেণ্টনা ফাইনেন্সিয়েল ইমরজেন্সী লাওথোক্লবা মতমদা ষ্টেট অমগী শেল থুমগী থবক্তা কেন্দ্রনা খুৎ থিংজিনবা ঙম্মী।

---

# ষ্টেটশিংগী থৌরম তাকপা।

কেন্দ্রগা ষ্টেটশিংগা লৈবাক ভাকপদা অমদি আইন শেম্বদা শোয়নবা য়াদনা লৈনরিবা মরীশিং অদুতা নত্তনা সম্বিধানগী মরি-শুবা অধ্যায়দা ষ্টেটশিংগী থৌরম তাকপা হায়বা মতাং অমস্থু য়াওরি। মসিদা ষ্টেট ষ্টেটনা থবক ইনখাং তৌবদা অমদি আইন শেম্বদা ইনগদবা মওংশিং অদু তাকই। মতৌ অস্থুমনা ষ্টেট পূম্নমক্কী ওইবা থৌরম পরেং কয়ামকম তাক্তুনা ভারতকী লম খুদিংমক্তা মান্নবা লৈবাক মঙাক অমস্থুং মান্নবা সমাজগী মওং অমা পুরক্নবা হায়দুনা ঐখোয়গী সম্বিধান অসিনা হোৎনৈ। সম্বিধান্দা তাক্লিবা ষ্টেটনা ইনগদবা থৌওংশিং অদু চাওরাকনা শরুক অহুম থোকনা হায়বদি ঃ— ষ্টেটনা শেল-থুমগী মরমদা য়েংশিনগদবা, সরকার পায়রিবা মীওইশিংনা অমদি আইন সভাশিংনা মখোয়গী মথৌ তৌবদা ইনগদবা থৌরম অমস্থুং প্রজাশিংদা পীগদবা অধিকারগী চাওরাকপা মওং হায়দুনা খায়দোকপা য়াই।

ষ্টেটশিংনা লৈবাক্তা অচুম্বা, শেল-থুম অমস্থুং রাজনীতিগী ফিভমদা য়াম্না নিংথিবা সমাজ অমা পুরকনবা অমস্থুং লিংখৎনবা হোৎনগদবনি। প্রজা খুদিংমক্কী শুজ নোমজদুনা মবুক তাম্নমবগী উপায় ষ্টেটনা পীননবা হোৎনগদবনি। পোথোক খুৎলাই অমস্থুং লম-তুন-চিংবশিং অসি ময়াম পূম্নমক্কী ওইনা কান্নবা ফংননবা শীনবা, শেল-থুম অসি অপায়বা খরতনা পুকপায়দা পায়খিদনবা হোৎনবা, প্রজাশিংগী অমদি থবক শুরিবা মীশিংগী মশা মউ ফননবা

য়েংশিনবা, মুপা মুপী থিদনা মান্নবা থবকশিংগী অৱামন মান্ননা ফংহনবা অসিনচিংবসি ষ্টেটশিংনা য়েংশিনগদবনি। অহৌবগী মহৈ-মশিং লেমনা তক্কনবা, থবক ফংদ্রবা মীওইশিং, অনাবা, অশোনবা অমসুং অহনশিংবু য়েংশিনবা ষ্টেটকী মথৌনি। কারখানানচিংবদা থবক ইনখাং তৌরিবা মীওইশিংগী অশুমনগী চাং অমসুং ফিভম্নচিংবা য়েংশিনবা, খুঙ্গংগী খুংশা হৈবগী থবক চাওখৎনবা তোংনবা, লৌউ-শিংউবু অমসুং শা ষলনচিংবগী ফিভম ফগৎহন্নবা ষ্টেটনা য়েংশিনগদবনি।

মমাংঙৈগী ইতিহাসকী ওইনা পোৎশকশিং অমদি মফমশিংবা তেকহন কাইহন্দনা নিংথিনা ঙাক্কুনা থম্বদি হৌজিক ষ্টেটশিংগী শোয়ফদ্রবা মথৌ ওইরে।

**প্রজাগী মরুওইবা অধিকার অমসুং ষ্টেটশিংগী থৌরম তাকপা অনিসগী থেন্নবা :—**

সম্বিধানগী অহুম শুবা শরক্তা হায়খিবা প্রজাশিংগী অধিকার অহুদি শোয়বা য়াদ্রবনি। কনাগুম্বা প্রজা অমনা মাগী অধিকার অদু ফদ্রগা আইনগী থেংঙদা মদু ফংননব তানবা য়াই। খুদম ওইনা হায়রবদা কনাগুম্বা অমবু পুং ২৪ দগী হেন্না মাজিস্ট্রেটকী হুকুম য়াওদনা পুলিসনা ফাজিন্দুনা থম্লবদি, মী অদুনা কোর্টকী মতেং লৌদুনা থাদোকহন্নবা হোংনবা য়াই। মসিদা লো কোর্টনা মাগী মতেং পাংগনি। অদুগা মরিশুবা অধ্যায়দা য়াওরিবা ষ্টেটকী থৌওং তাকপা অসিদি চুম্বগী পাওতাক্কী ৱানি। ষ্টেট অমনা তাক্লিবশিংদু ইন্দ্রগা আইনগী মতুং ইন্না দণ্ডি পীবা য়াদে।

মতাং অসিদা মী কয়ানা মরিশুবা অধ্যায়দা হাপ্লিবা অসি কান্নদবনি হায়। থবক ভোৌনবগী মওং তাকপতমক মতাকপা অদুগা মদু ভৌদ্রগা দগি পান্দুনা থবক লৌখৎপসু য়াদবা মতাং অসি হাপ্নবগী করিশু কান্নদে। অদুবু চহি তরাতবেৎলোম সম্বিধান অসি চৎনরকপা অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মি মদুদি ষ্টেটশিংগী থৌওং তাকপা হায়বা মতাং অসি অঙকপা ফংনা কান্নে। ষ্টেটশিংনা থবক ইনথাং তৌবদা মখোয়দা তাক্লিবা থৌওংশিং অদু তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা লৌনৈ। অহুমশুবা অধ্যায়দা পীরিবা প্রজাগী অধিকার অদুনা ষ্টেটশিংদা তাক্লিবা থৌওং অদু নিংথিনা পাংথোকপদা অকায়বা ওই হায়দুনা প্রজাগী অধিকারগী মতাংদু অনিরক হন্না শেমদোকখ্রে (সম্বিধান শেমদোকখ্রে)। মসিনা তাকপদি আইনগী থোঙদা দগি পীবা য়াদ্রবসু, ষ্টেটশিংনা অমদি কেন্দ্রনা ষ্টেটকী থৌওং তাকপগী মতাংসি ইরায় লায়না খন্দোক্তে হায়বসিনি। ষ্টেটশিংগী থৌওং তাকপসিনা হৌজিক ফাওবদা ভারত পূম্নমক্কী ওইবা মান্নবা লৈবাক মচাক অমসুং সমাজগী ফিভম পুরকপদা মতেং পাংলি।

---

# কেন্দ্র সরকার



**প্রেসিদেন্ট :—** প্রেসিদেন্টনা কেন্দ্র সরকারগী থবক পুম্বক্ক পুম্নমক্কী মকোক্নি। কেন্দ্রগী থবক-ইনথাং পুম্নমক মহাক্না পাংথোকই। আইন শেম্বা অমসুং শেল-থুম্নচিংবগী মতাংদসু মহাক্কী শক্তি য়াম্না লৈ। থবক খুদিংমক পাংথোক্লবগী মহাক্না মকোক ওইজরবসু অশেংনমক থবক পাংথোকপদি মাগী মমিংদা কেবিনেট মন্ত্রীশিংনা তৌই। আমেরিকাগী প্রেসিদেন্টকী মতৌগুম্না থবক-ইনথাং তৌজবা মনিং তৌবা ঙমদে। ঐখোয়গী সম্বিধান অসি কুপ্না নৈনবুনা য়েংলবদি ভারতকী প্রেসিদেন্ট অসি ইংলণ্ডগী নিংথৌগী মতৌগুম্না মকোক্তমক ওইনা লৈজরবনি, মানা খুশি-রাশিদা থবক অমত্তা তৌবা ঙমদে হায়বা খঙবা ঙমগনি।

**প্রেসিদেন্ট খনবা :—** ভারতকী প্রেসিদেন্ট অসি প্রজা-শিংনা হাকথেংননা খন্দে। ইন্দাইরেক্ট ওইনা হায়বদি প্রজানা খনখিবা মীহুৎশিংনা প্রেসিদেন্ট খল্লি। পার্লিয়ামেন্ট হায়বদি লোক সভা অনসুং রাজ্য সভাদা লৈরিবা মেম্বরশিং অমদি ষ্টেট ষ্টেটকী বিধান সভাশিংদা (আইন সভাশিংদা) কারকপা মেম্বরশিংনা

প্রেসিদেণ্ট খল্লি। মীশীং কযাগী মত্থুংশিনবা কযা লোৌগদগে হায়বন-চিংবসি ভারতকী লম পূন্নমক্কী ওইনা মান্নে। কনা কনাগুম্বনা প্রেসিদেণ্টপু প্রজানা হাকথেংননা খন্দবসি ফত্তে অমসুং গনতন্ত্রগী মওং নত্তে হাযদুনা কন্না যেংলি। অদুবু মীশীংস্থ য়াম্বা অদুগা লাইরিক লাইশু হৈবগী চাংস্থু যাম্না হন্থরিবা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা প্রজানা হাকথেংননা প্রেসিদেণ্ট খনবা হায়বসি শেল-থুমস্থ য়াম্না মাঙগদবা অমসুং কান্নদবা মওং ওইগনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী সম্বিধান্না প্রেসিদেণ্টপু প্রজানা হাকথেংন-া খলহন্দে।

**প্রেসিদেণ্ট ওইননবগী গুন :—** ভারতকী নাগরিক নত্তবা কনাগুম্বা অমত্তনা প্রেসিদেণ্ট ওইবা যাদে। মশাগী চহি ৩৫ শুদ্রিবা মীনা ফম অসি ওইবা যাদে অমসুং ফম অসি ওইগে হায়রবদি লোক সভাগী মেম্বর অমা ওইবদা চংবা মগুনশিং অদু মী অদুদা লৈগদবনি। প্রেসিদেণ্ট অসি লোক সভাগী নত্রগা রাজ্য সভাগী নত্রগা করিগুম্বা স্টেট অমগী আইন সভাগী মেম্বর ওইবা য়াদে। হাযরিবা আইন সভাশিং অসিগী মেম্বরবু প্রেসিদেণ্ট খনবা য়াদে হায়বদি নত্তে। স্টেট অমগী গবর্নর নত্রগা হায়রিবা আইন সভাশিং অসিগী মেম্বর অমবু প্রেসিদেণ্ট ওইনা খনবা যাই তৌইগুম্বসুং প্রেসিদেণ্ট হেক ওইবগা মাগী হান্নগী ফম অদু গাদোক্কদবনি। লন্নোন ইতিকনচিংবগী অমদি করিগুম্বা মখলগী শেন্দোং ফংবা য়াবা থবক অমত্তা প্রেসিদেণ্টনা তৌবা য়াদে।

**তলব :—** প্রেসিদেণ্টকী থা অমগী তলব লুপা ১০,০০০ (লিশিং তরা) নি। মসিগী মথক্তা মাগী ওফিশকী লৈফম অমসুং

চখোক চংশিনগী গাড়ীনচিংবা লেন্না ফংই। প্রেসিদেন্ট অমনা থবক তৌরিঙৈ মতমদা মহাক্কী তলবনচিংবা হন্থহনবা য়াদে। থবক ভোক্লবা মতমদস্ত প্রেসিদেন্টসি পেন্সন ফংই। হান্নদি প্রেসিদেন্টসি থবক তোক্লগা চহি অমদা লুপা ১৫,০০০ ফংলম্মী। অদুবু খৃঃ ১৯৬২দা অমুক নৌনা শেমদোকখ্রে। হন্দক্তা থবক তোকখিবা রাধাকৃষ্ণন থাদা লুপা ১০০০ অমসুং মহাক্কী ওফিস চলাইনবগী চহিদা লুপা ১২,০০০ অমা ফংই।

**রাশক অমসুং তোকপা** :— প্রেসিদেন্ট হেক খনবগা সুপ্রীম কোর্টকী চীফ জস্টীসকী মমাঙদা রাশক লৌই। প্রেসিদেন্টকী থবক তৌবা মতমসি চহি মঙানি। মতম শুরদুনা থবক ভোক্লবা প্রেসিদেন্ট অদু অমুক হন্না প্রেসিদেন্ট খনবা য়াই। প্রেসিদেন্টনা মতম শুদ্রিঙৈদা থবক তোকনিংলবদি ভাইস প্রেসিদেন্টতা থবক তোক্লগে হায়দুনা দরখাস্ত থারগা তোকপা য়াই। প্রেসিদেন্টনা করিগুম্বা য়ামনা চাওবা মরাল তৌরক্লবা নত্রগা সম্বিধানগী মতুং ইন্না থবক তৌরক্লবা মতমদা 'ইম্পিচমেণ্ট' তৌদুনা পার্লিয়ামেন্টনা মাবু লৌথোকপা ঙম্মী। ইম্পিচমেন্ট হায়বসি ইংরেজী রাহৈনি। মসি বিচার তৌবগুম্বা মওং অমনি। লোক সভানা নত্রগা রাজ্য সভানা প্রেসিদেন্টকী অকায়বশিং অদু ইদুনা সভা অদুদা লৈরিবা মেম্বর মশীংগী ¼না সহি তৌরগা মাগী মথক্তা চার্জ থাঙ্গৎলকপা য়াই। চার্জ থাঙ্গৎলকইবশিং অদুনা মখোয়গী সভা অদুদা মসিগী মরমদা হাযবদি প্রেসিদেন্টকী মথক্তা চার্জ থাঙ্গৎকদোরে হায়বসি মুমিৎ ১৪ নিগী মমাংদা খংহল্লক্কদবনি। সভা অদুনা খন্নরক্লগা সভা

অদুগী অপূনবা মীশিংগী ঌ্ঠ না য়াদুনা রিজোল্যুসন ওইনা পাস তৌরগা অদু অতোপ্পা সভা অদুদা থারক্কনি। অকোনবগী সভা অদুনা থাঙ্গৎলকইবা মরমশিং মদু লানব্রা অমসুং চুমব্রা হায়বদু খিক্তিনগনি অমসুং খন্নগনি। সভা অদুগী অপূনবা মীশিংগী ঌ্ঠ না থাঙ্গৎলকইবা ৱাফম অদু চুম্মী অমসুং য়ারে হায়দুনা অমুক ৱারেপ তারবদি প্রেসিদেণ্ট অদু অকোনগী সভানা ৱারেপ তাবা নুমিৎ অদুদগী থবক তোক্কদবনি।

**অনৌবা প্রেসিদেণ্ট খনবা :—** প্রেসিদেণ্ট অদু মতম শুদ্রিদৈদা শিখিবা, লৌথোকখিবা নত্রগা তোকখিবা থোক্লবদি অনৌবা প্রেসিদেণ্ট অমা য়াম্না থুনা খনগনি (তোকখ্রিবা প্রেসিদেণ্ট অদুগী ওইফম থোকপা মতমদু লোইদ্রিদৈদা)। মরক্কী মতমদা খপ্তরবসু খল্লক্লিবা প্রেসিদেণ্ট অদু মহাক্কী মতম শুদ্রিবা ফাওবা হায়বদি খল্লকপা মতম অদুদগী চহি ৫ শুদ্রিবা ফাওবা থবক পুগনি। মতম শুরদুনা তোকপা প্রেসিদেণ্টকী মতাংদদি মতম হেন্দোকখ্রবসু মতুংগী অনৌবা প্রেসিদেণ্টনা থবক পায়দ্রিবা ফাওবা মহাকনা অদুম থবক পুগনি।

**প্রেসিদেণ্টকী শক্তি :—** আইন শেম্বা, বিচার তৌবা, মিলিটরিগী থবক ইনথাং অমসুং লৈবাক ভুংকপগী থবকনচিংবদা প্রেসিদেণ্টকী শক্তি য়ামনা লৈ। মখোয়শিং অদু মথাগী অসুমনা নৈনবা য়াই :-

**আইন শেম্বগী শক্তি:—** আইন শেম্বগী মতাঙদা প্রেসিদেণ্টকী শক্তি য়াম্না লৈ। লোক সভা অমসুং রাজ্য সভানা পাস তৌরবা

ৱারেপ খুদিংমক মঙোন্দা থাৱক্কদবনি। প্রেসিদেন্টনা য়ারে-হায়রুনা মশাগী সহি তৌদ্রিবা ফাওবা পাস তৌরক্লবা ৱাফম অদু এক্ট ওইনা হায়বদি আইন ওইনা চৎনবা য়াদে। পার্লিয়ামেন্টনা পাস তৌরক্লবা ৱাফমশিং অদুদা মহাকনা সহি তৌবা অমসুং তৌদবা ঙম্মী। শেল-থুমগী নত্তবা মতাংদদি মহাক্কী অপাম্বা উত্তুনা অমুক হন্না খন্নবগীদমক রাজ্য সভা নত্রগা লোক সভাদা থারকপা ঙম্মী। মহাক্কী অপাম্বদু যাওনবু ওইরবস্তু য়াওদনবু ওইরবস্তু সভা অনিমক্না বিল অদু হায়বদি ৱাফম অদু অমুক হন্না পাস তৌরক্লবদি মহাক্না য়াদবা ঙমদে। অনৌবা স্টেট অমা শেম্নবগী নত্রগা স্টেটশিংগী লম অমসুং ঙমখৈনচিংবা শেমদোক শেমজিন তৌনবগী ৱাফমদি প্রেসিদেন্টনা হান্ননা য়াগদবনি। মানা য়াদ্রবদি লোক সভা নত্রগা রাজ্য সভাদা ৱাফম অদু খন্নবগীদমক পুশিল্লকপা য়াদে। পার্লি-য়ামেন্টকী সেসন ফমদবা মতমদা নৈবাক্তা করিগুম্বা খুদোংথীবা নত্রগা অরুবা মতাং লাকপা থোক্লবদি মতম অদুদা প্রেসিদেন্টনা আইন শেমদুনা পার্লিয়ামেন্টনা পাস তৌরবা এক্ট অমগী মতৌগুম্না চৎহনবা ঙম্মী। অদুবু অসিগুম্বা প্রেসিদেন্টনা শেম্বা আইন অসি মথংগী পার্লিয়ামেন্ট ফম্লকপা মতমদা সভা অনিমক্কী মমাংদা পুথোক্কদবনি। পার্লিয়ামেন্ট ফম্বা হৌরকপদগী চয়োল ৬ কী মনুংদা পার্লিয়ামেন্টনা য়ারে হায়না পাস তৌদুনা আইন অদু চৎনখিগনি হায়দ্রবদি আইন অদু চৎনবা তোক্কদবনি।

প্রেসিদেন্টনা দরকার ওইরে হায়না খল্লকপা মতমদা লোক সভা অমসুং রাজ্য সভাগী সেসন ফমহনবা ঙম্মী। তৌইগুম্বসুং সভাশিং

অসি কৌখ্রগা অকোনবগী অমুক কৌরক্কদোরিবা অদুগগী মরক্তা থা ৬ ফানা খন্নহনবদি যাদে, হাযবদি পার্লিযামেণ্ট অমুক ফমখ্রগা মদুগী মতুং থা ৬ ফাদ্রিবৈদা প্রেসিদেন্টনা পার্লিযামেণ্ট অমুক কৌদবা য়াদে। প্রেসিদেণ্টনা মতম মতমগী মতুং ইন্না পার্লিযামেণ্ট অসি লেপহনখিবা অমসুং থুগাযখিবা ঙম্মী। করিগুম্বা বিল অমগী মতাঙদা রাজ্য সভাগা লোক সভাগা যানরক্ত্রবদি, প্রেসিদেণ্টনা বিল অদুগী অয়া-য়াদা লেপ্পনবগীদমক সভা অনিমককী অপূনবা মিটিং কৌই। অনৌবা জেনেরেল ইলেক্সন লোইরকপা খুদিংগী প্রেসিদেণ্টনা সভা অনিমককী অপূনবা মিটিংদা রা ঙাংই। সভা অনিমক্তা প্রেসিদেণ্টনা নোমিনেসন হায়বদি ইলেক্সন তৌদ্রুনা খনবা নত্তবা অকক্লবা মশীং খরগী মেম্বর হাপ্পা ঙম্মি।

করিগুম্বা ষ্টেট অমগী লৈবাক ঙাকপগী থবক অদু প্রেসিদেন্টনা লৌশিল্লবদি, ষ্টেট অদুগী বিধান সভাদা লৈরম্বা আইন শেম্বগী শক্তি অদু প্রেসিদেন্টকী মখুত্তা লৈ। ইউনিযন টেরিটোরীগী আইনসু মহাক্না শেম্বা ঙম্মি।

**বিচার তৌবগী শক্তি**ঃ— বিচারগী মতাঙদসু ভারত সম্বিধান্না প্রেসিদেণ্টতা শক্তি য়াম্না পী। শিবগী দণ্ডি ফংলবা মী অমগী মরাল ঙাকপিবা অমসুং থরাই কনবিবা প্রেসিদেণ্টনা ঙম্মী। মরাল লৈরবশিংগী দণ্ডি ঙাকপিবা, হন্থহনবা অমসুং পীরক্লিবা দণ্ডি অদুগী মহুত্তা অতোপ্পা দণ্ডি অমা পীহনবা ঙম্মী।

**লৈবাক ঙাকপগী শক্তি**ঃ— সম্বিধানগী মতুং ইন্নদি কেন্দ্রগী লৈবাক ঙাকপগী থবক পূম্নমক অসি প্রেসিদেণ্ট মশামক্না নত্রগা

মাগী মহুৎশিনবশিংনা সম্বিধান্না যাবা মওংদা ঙাক্কদবনি। অদুবু থবক ইনথাং পূম্নমক অসি প্রেসিদেন্টকী মখাদা অমসুং মাগী মমিংদা পাঙথোক্লবসু মহাক অসি আমেরিকাগী প্রেসিদেন্টগুম্না মনিং-মথা তম্না থবক তৌবা ঙমদে। থবক ইনথাং তৌরিবশিংগী চুম্নগী মকোক্কা ওইদুনা লৈজবনি। অদুবু প্রধান মন্ত্রী অমসুং কেবিনেট মন্ত্রীশিংনা তৌরিবা অমসুং তৌগদবা থবক্লচিংবা পূম্নমক অদু প্রেসিদেন্টতা লোযনা তেক তেক থঙহল্লি।

প্রেসিদেন্টনা ভারতকী অচৌবা অচৌব ফমন ইবশিং খল্লি অদুগা আমেরিকাগী প্রেসিদেন্টনা ঙম্নগুমনা থবক মচা মচা তৌবা মীওই-শিংবুদি থনবা অমসুং হাপাতাক হাপচিন তৌবা ঙমদে। মরু ওইবা মথাগী মাওই অমসুং ফমনাইবশিং অসি প্রেসিদেন্টনা খল্লি মদুদি :—

প্রধান মন্ত্রী, প্রধান মন্ত্রীগা তানরগা অতৈ অতোপ্পা কেন্দ্রগী মন্ত্রীশিং, ভারতকী এটোরনী জেনেরেল (ভারত সরকারগী খ্বাইদগী হেন্না চাওবা আইনগী ওফিসার) সুপ্রীম কোর্ট অমসুং হাই কোর্টকী বিচারপতিশিং, স্টেট স্টেটকী গর্বনর, ইলেক্সন কমিসন, শেল-থুমগী কমিসন।

হায়রিবা ফম অমসুং ফমনাইবশিং অসি থনবদা প্রেসিদেন্টনা অচান-মীরাই থনদুনা খন্নিবা মওংদা থনবা ঙমদে। সম্বিধান্না পীরিবা নিয়মশিং অদুগী মতুং ইন্না থনগদবনি অদুগা সম্বিধান্দা পীরিবা নিয়মশিং অদুগী মতুং ইন্না প্রেসিদেন্টনা মখোয়দু লৌথোকপসু ঙম্মী।

প্রেসিদেণ্টনা ষ্টেটশিংগী লৈবাক ঙাকপগী থবক্তা য়েংশিনবা, থিংবা অমসুং ফগৎনবা মওং তাকপনচিংবা ঙম্মী। ষ্টেটশিংগী মরক্তা খৎনরকপা থিংননবা অমদি মখোয় মশেল থবক ইনখাং তৌবদা খুদোং চাননবগী মহাকনা ষ্টেটশিংগী অপূনবা কাউন্সিল শেমদুনা য়েংশিনবা ঙম্মী। ইউনিয়ন টেরিটোরীশিং অসি প্রেসিদেণ্টনা মাগী মহুৎশিনবা খন্দুনা ঙাকই।

শেল-থুমগী মতাংদা প্রেসিদেণ্টকী শক্তি অমসুং মথৌ লৈ। চহি খুদিংগী শেল-থুমগী চহি ( ফাইনেন্সিয়েল ইয়ার ) হৌরকপদা চহি অদুগী ফংঙক্কদবা অমসুং চৎকদবা হিসাবনচিংবা অদু সভা অনিমক্কী মমাংদা পুথোকহনগদবনি। ভারতকী কন্তিনজেন্সী ফণ্ডসু মহাক্কী মখাদা লৈ।

**মিলিটরি অমসুং অন্তরজাতিক্কী শক্তি :—** প্রেসিদেণ্টনা ভারতকী মিলিটরিগী মকোক্নি হায়বদি মিলিটরিগী থবক ইনখাং অমসুং ওর্ডর পীরিবা মীশিং অদুগী প্রেসিদেণ্টনা মকোক্নি। অদুবু থবক খুদিংমক অইননা মতুং ইন্না তৌগদবনি। পার্লিয়ামেণ্টনা য়াদ্রবদি প্রেসিদেণ্টনা মিলিটরিগী মকোক ওইজরবসু মীরৈবাক্কা লাল-সুংনচিংবা তৌনবা ঙদে। অন্তরজাতিক হায়বদি মীরৈবাক অতৈগা মরী লৈনবা, সন্ধি তৌনবা অদিনচিংবা ঙম্মী অদুবু মানা তৌরুরিবা পূন্নমক অদু পার্লিয়ামেণ্টনা য়াদ্রবদি চৎনবা য়াদে। লৈবাক অতৈদা থাননবা ভারতকী মাহুৎনচিংবা প্রেসিদেণ্টনা খল্লি।

**ইমরজেন্সী শক্তি :—** ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা মীরৈবাকনা লান্দারক্কুনা নত্রগা লৈবাক অসিগা শরুক খরদা মপুংদগীবু ওইরবসু

মপান্দগীবু ওইরবসু খুদোংথীবা খরা থোক্লা লৈবাক অসিগী ফিভম ফংলক্লবা য়াবগী মওং লৈরকপা মতমদা প্রেসিদেন্টনা ইমরজেন্সী হায়বদি খুদোংথীবা লাওথোকপা ঙম্মী। মতম অদুদদি ষ্টেটশিংগী আইন শেম্বা অমসুং লৈবাক চাবগী থবক অসি কেন্দ্র সরকারনা লৌসিনবা ঙম্মী। ইমরজেন্সী অসি লাওথোক্লবা মতমদদি সম্বিধানগী অহুমশুবা শরুক্তা য়াওবা প্রজাগী অধিকার অদু প্রেসিদেন্টনা থিংবা ঙম্মী।

---

# ভাইস প্রেসিদেণ্ট।

## প্রেসিদেণ্টকী হেক মথংদা ভাইস প্রেসিদেণ্ট লৈ।

**ভাইস প্রেসিদেণ্ট খনবা অমসুং মগুনঃ—** প্রেসিদেন্টকী মতৌগুমনা ভাইস প্রেসিদেন্ট ওইনবগীদমক মী অদু ভারতকী প্রজা অমা ওইবা তাই। মশাগী চহি ৩৫ শুদ্রিবা মীনা ফম অসি ওইবা য়াদে। ফম অসি ওইননবগীদমক মী অদুদা রাজ্য সভাগী মেম্বর অমা ওইবা য়াবগী মগুনশিংদু লৈগদবনি। মহাক রাজ্য সভা অমসুং লোক সভাদা লৈবা মেম্বরশিংনা ভোৎ ( অরোনবা ভোৎ ) তৌদুনা খল্লি। ভাইস প্রেসিদেণ্ট খনবদা লোক সভা অমসুং রাজ্য সভাগী মেম্বরশিং অদু পূন্না তিন্নদ্রবসু য়াই ( হান্নদি সভা অনিগী

মেম্বরশিংদু অমুক্তদা পূম্না তিন্নরগা ভাইস প্রেসিদেণ্ট খল্লম্মী।) ভাইস প্রেসিদেন্ট খল্লবা মীদু থবক তৌবা হৌদ্রিবৈদা প্রেসিদেন্টকী মমাংদা রাশক লৌই।

ভাইস প্রেসিদেণ্ট অমসুং প্রেসিদেণ্ট খনবগী মতাংদা বেরা তৌনরকপা অমসুং লোক্রকপা রাথোক পূমনমক সুপ্রীম কোর্টনা থিজিনগনি অমসুং বিচার তৌগনি। সুপ্রীম কোর্টনা পীবা রায়না অরেপ্পনি। পীরক্লিবা রায অদুনা প্রেসিদেন্ট নত্রগা ভাইস প্রেসিদেন্ট থবক তোকপা তাররবসু, রায পীরকদ্রিবৈগী মমাংদা মখোযনা তৌরম্বা থবকশিং অদুদি ককপা যাদে।

ভাইস প্রেসিদেণ্ট অসিসু রাজ্য সভা নত্রগা লোক সভাগী মেম্বর ওইবা যাদে। সভা অনিগীদা নত্রগা স্টেটকী বিধান সভানচিংবগী মেম্বর অমবু ভাইস প্রেসিদেণ্ট ওইনা খনবদি য়াই। অদুবু হেক খল্লকপগা থবক লৌদ্রিবৈগী মমাংদা মাগী হান্না ওইরম্বা ফম অদু থাদোক্কদবনি। ভারত সরকারগী নত্রগা স্টেটকী তলব চাবা থবক অতৈ, শেল-থুম অনসুং শেন্দোংনচিংবা ফংবা যাবা করিগুম্বা থবক অতৈ অমত্তা তৌবা যাদে।

থবক লৌবগী মতম অমসুং তোকপা:— ভাইস প্রেসিদেন্টকী থবক তৌবগী মতমসি মানা থবক তৌবা হৌবা (মাবু ফম অসিদা খল্লকপা) মতম অদুদগী চহি ৫ ফাওবনি। মহাক্না থবক থাদোকনিংলবদি প্রেসিদেণ্টতা থবক তোকপগা দরখাস্ত থারগা তোকপা য়াই (মাগী মতম শুদ্রিবৈদা)। রাজ্য সভা অমসুং লোক সভানা মাবু লৌথোকপা ঙমগে। মহাক লৌথোকনবগী রাফম অদু

রাজ্য সভাগী ( মতম অদুদা লৈবা ) মেম্বর পূন্নমকনা য়াম্নদুনা বারেপ তাগদবনি। বারেপ অদু লোক সভানা য়ারবদি ভাইস প্রেসিদেন্ট নমদুনা ফম থাদোকই। ভাইস প্রেসিদেন্ট অদু থবক তোকখিরা, মতম শুখ্রবা নত্রগা শিখিবা থোক্লবদি অনৌবা ভাইস প্রেসেদেন্ট অমা অমুক খনগনি। মরক্কী মতমদা খল্লবসু খনবা মতমদগী চহি ৫ শুদ্রিবা ফাওবা থবক পুই। মতম শুরদুনা তোকখিবা মতাংদদি অনৌবা ভাইস প্রেসিদেন্টনা থবক হৌদ্রিবা ফাওবা (চহি ৫ হেনখ্রবসু) হান্নগীমী অদুম থবক পুগনি।

মথৌ :— ভাইস প্রেসিদেণ্টনা রাজ্য সভাগী এক্স ওফিসিও ( ফমগী মতুং ইন্না ওইবা ) চিয়ারমেন ওই। প্রেসিদেণ্টনা নাবদগী, মীরৈবাক্তা চথোকখিবদগী নত্রগা করিগুম্বা মরম অমদগী নত্রগা শিখিবদগী থবক তৌদ্রবা মতমদা ভাইস প্রেসিদেণ্টনা প্রেসিদেণ্টকী থবক পুই। মতম অদুদা মহাক প্রেসিদেণ্টকী তলব অমসুং এলাবেন্স -ফংগনি। মতম অসিদদি মহাক রাজ্য সভাগী চিয়ারমেন ওইবগী থবক তৌরোই অদুগা চিযারমেন ওইবগী তলব অমসুং এলাবেন্স-নচিংবসু ফংদে। প্রেসিদেণ্ট শিদোকখ্রগা ভাইস প্রেসিদেণ্টনা প্রেসিদেন্ট ওইদে। অনৌবা প্রেসিদেণ্ট অমা অমুক খল্লি।

# মন্ত্রী সভা অমসুং প্রধান মন্ত্রী।

ঐখোযগী সম্বিধান অসিগী আর্টিকল ৫৩ শুবদা, ভারতকী লৈবাক ভাকপা হাযবদি লৈবাক্কী থবক-ইনখাং পূম্নমক পাঙথোকপা অসি প্রেসিদেন্ট মশানা নত্ত্রগা মাগী মখা পোনবা ওফিসারশিংনা তৌগদবনি হায। অদুবু প্রেসিদেন্ট মশানা পাঙথোকপা থবক্তি শুকলে লৈতে হাযবমক যাদ্রবসু ইরৈ লৈতবগা অদ্ধানি। অযাম্বা থবক্তি মাগী মমিংদা মন্ত্রী সভানা তৌবা ভাক্তনি। লৈবাক ভাকপগী থবক পাঙথোকনবগীদমক সম্বিধানগী (আর্টিকল ৭৪) মতুং ইন্না ঐখোযগী লৈবাক অসিদা প্রধান নন্ত্রীনা লুচিংডুনা মন্ত্রী সভা অমা লৈ। সভা অসিদা মন্ত্রী কযা লৈগদগে হাযবা অদুদি মতম মতমগী অমসুং থবক্কী মতুং ইন্না লেপ্পি। মরিশুবা ইলেক্সনগী মতুংদা হৌজিক প্রধান মন্ত্রী ইন্দিরা গান্ধীনা লুচিংডুনা মন্ত্রী ৫২ লৈ। (কেবিনেট মন্ত্রী ১৯, ষ্টেট মন্ত্রী ১৭ অমসুং উপ মন্ত্রী ১৬)।

**মন্ত্রী মথল অহুম:—** মন্ত্রীশিং অসি কাঙলুপ অহুম থোক্না খাযদোকই, মদুদি কেবিনেট মন্ত্রী, ষ্টেট-মন্ত্রী অমসুং উপ মন্ত্রী (ডিপুটি মিনিষ্টর)। মন্ত্রী কাঙলুপ অহুম অসিগী ফম, শক্তি অমসুং অচৌ অপিকসু খেন্নরি। কেবিনেট মন্ত্রী অসিনা খ্বাইদগী ইচাও চাওবা মন্ত্রী কাঙলুপ্নি। মসিগী হেক মথংদা ষ্টেট মন্ত্রী লৈ। মওং অমরোমদা হাযরবদি মখোয় অসি ট্রেনিংদা লৈবনি হায়বা য়াই মরমদি ষ্টেট মন্ত্রীশিং অসিগী মরক্তগী কেবিনেট মন্ত্রী খল্লি। উপ মন্ত্রীদি কেরানীগুম্না কেবিনেট মন্ত্রীগী চুম্নতা মতেং পাংবা কাঙবুনি। থবক-ইনখাং তৌবদা মখোয় অহুম অসিগী মরক্তা থবক্তি

য়েন্থোক্লে অদুবু থবকশিং অদুগী দায়িত্বদি কেবিনেট মন্ত্রীগীনি। দরকার লৈদুনা তশেংনা য়াওরুরাও হায়রকপা নত্রবদি ষ্টেট মন্ত্রী অমসুং উপ মন্ত্রীনা কেবিনেট মিটিংদা য়াওবা য়াদে। (প্রধান মন্ত্রীনা লুচিংদুনা থবক পুননবগীদমক্তা লৈরিবা মরু ওইবা মন্ত্রীশিং অদুবু পুল্লপ্পা কেবিনেট কৌই)।

**মন্ত্রীশিংগী তবল**:— খৃঃ ১৯৫২ গী মন্ত্রীশিংগী তলব অমসুং এলাবেন্স এক্কৌ মতুং ইন্না উপ মন্ত্রী নত্তবা মন্ত্রীশিং অসি থাদা লুপা ২,২৫০ ফংই। অদুগা উপ মন্ত্রীনা থাদা লুপা ১,৭৫০ ফংই। উপ মন্ত্রী নত্তবা মন্ত্রীশিং অসিদা খরচকীদমক থাদা লুপা ৫০০ অমসু পীবা য়াই। মন্ত্রীশিং অসিদা এলাবেন্স খেন্ননা পীবসু য়াই। মন্ত্রীশিং অসিনা থবক তৌরিবৈ মতমদা খাজনানচিংবা থীদনা লেম্না লৈফমগী ক্বাটরনচিংবা ফংই। থবক তৌবা তোক্লবা মতুং মুমিৎ ১৫ নি ফাওবদি ক্বাটরনচিংবদু শিজিন্নবা য়াই। মসিগী মথক্তা মন্ত্রী মশামক অমসুং মাগী ইমুং মনুংগী মীশিংগী চথোক চৎশিনগী এলাবেন্স, মখোয়গী পোৎ-চৈ পুথোক পুশিনগী এলাবেন্স, মন্ত্রীশিংনা মশাগী ওফিসকী থবক তৌবগী চথোক চৎশিনগী টুর এলাবেন্স, মশা অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুংগী মীশিংগী লেম্না লায়েংবগী খুদোংচাবা, কারনাচিংবা লেনবগী এডভান্স পৈশা ফংবা অসিনচিংবা খুদোংচাবা কয়ামরুম মন্ত্রীশিংনা ফংই।

**মন্ত্রী থনবা**:— ইলেক্সন তৌদুনা পার্লিয়ামেন্টতা কাররিবা মেম্বরশিংগা মেজোরিটি হায়বদি খাইদগী মেম্বর মশীং হেন্না কারকপা

পার্টিগী মকোক ওইবা মুপা নত্রগা মুপী অদুবু প্রেসিদেন্টনা প্রধান মন্ত্রী ওইনা খল্লি। অতে মন্ত্রীশিং অদুদি প্রধান মন্ত্রীনা হায়বা মতুং ইন্না প্রেসিদেন্টনা খল্লি। পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বর ওইবা মীওই অমবু মন্ত্রী ওইনা খনবা য়াই (ভারতকী মহৈ-মশীংগী থৌরম পুবা মন্ত্রী ত্রগুনা সেনবু খনখিবা অদুগুম্না)। অদুম্নদি ওইরগা মন্ত্রী খনখিবা মীশক অদুনা থা ৬ কী মনু'দা রাজ্য সভা নত্রগা লোক সভাগী মেম্বর অমা ওইবা ঙমদ্রবদি মন্ত্রী ওইবা তোক্কদবনি। মন্ত্রীশিং অসি রাজ্য সভাগী মেম্বরশিংগী মরক্তগীসু অদুগা লোক সভাগী মেম্বরশিংগী মরক্তগীসু খনবা য়াই। সভা অমদগী মন্ত্রী ওইবা মী অদুনা অতোপ্পা সভা অমদুগী মিটিং অমসুং অতৈ হিরম খন্নবনচিংবদা য়াওবা অমসুং রা ঙাংবা য়াই অদুগা মহাক্কী ভোট পীবদি য়াদে।

**মন্ত্রীশিংগী দবিত্ত :—** মন্ত্রীশিং অসি লোক সভাগী মখা পোল্লি। মখোয়না তৌরিবা থবক-ইনথাং অমসুং পোলিসিনচিংবগী অচুম অরান লোক সভাগী মেম্বরশিংনা য়েংশিনবা ঙমই। পার্লি-য়ামেন্টকী মেম্বরশিংনা মন্ত্রীশিংনা তৌরিবা থবক অদুগী মরমদা বাহং কয়ামরুম হংদুনা করম্না থবক চথরিবগে হায়বগু খুমহনবা ঙম্মী। মন্ত্রীশিংনা পুখংনকপা রাফম অমসুং বজেৎনচিংবা লোক সভানা ককথৎপা ঙমই। মখোযনা তৌরিবা থবকশিং অদু পেংক্তগা অমসুং থাজরক্তগা লোক সভানা মন্ত্রীশিংবু লৌথোকপা ঙমই।

মন্ত্রীশিং অসি পূন্না দায়ী পুমিন্নে (আর্টিকল ৭৫)। থবক ইনথাং অমসুং ময়ামগী মমাংদা রা ঙাংগোকপনচিংবসি কেবিনেট

মন্ত্রীশিং অসিগী অপূনবা পোলিসি অমগী মখাদা তৌই। কেবিনেটকী পোলিসিগী মতুং ইন্না তৌবা থবক্কী মতাংদা কনাগুম্বা মন্ত্রী অমনা মতৈবীরবদি, মদু মন্ত্রী সভা অদুগী মায়থীবনি। মন্ত্রী অদুনা থবক তোকপদা কেবিনেট মন্ত্রীশিং অদু লোয়না তোক্কদবনি। অদুবু কনাগুম্বা মন্ত্রী অমনা মশাগী মথৌ পাওথোকপা ঙমদবা অমসুং শেন্না থুমজানচিংবগী মরাল লৈরবদি মদু মথন্তগী দায়ীনি।

মন্ত্রীশিং অসি অমমম ওইনা প্রেসিদেন্টকী মখা পোল্লি। সম্বিধানগী মতুং ইন্না, প্রেসিদেন্টনা য়ারিবমখে মন্ত্রীশিংনা থবক পুই। মরাল লৈরবা মন্ত্রী অমবু প্রেসিদেন্টনা হেক্তা লৌথোকপা ঙম্মী। অদুবু প্রধান মন্ত্রী অমসুং লোক সভাগী মত লৌদনা প্রেসিদেন্টনা মন্ত্রী অমবু হেক্তা লৌথোক্কনি হায়বসি থাজদে। পার্লিয়ামেন্টনা মন্ত্রী সভাগী মথক্তা থাজদবগী রিজোল্যুসন পাস তৌরবা মতমদা মন্ত্রী সভা অদুনা, তোকপগী মহুত্তা লোক সভা অদু থুগায়দুনা অনৌবা ইলেক্সন তৌবিয়ু হায়দুনা প্রেসিদেন্টতা হায়জবা য়াই।

**মন্ত্রীশিংগী মথৌ ঃ—** লৈবাক্কী থবক-ইনখাং অমসুং পোলিসি (চৎনগদবা নিয়ম অমসুং তৌগদবা থৌরম পরেং) নচিংবসি কেবিনেট মন্ত্রীশিং অসিতনা তৌই। টেক্স লৌখৎনবগী, মীরৈবাক্তা মরী লৈননবগী অমসুং লৈবাক্কী থবক ইনখাংনচিংবগী নিয়ম অমসুং আইন শেম্বনবগী বিলশিং অসি পার্লিয়ামেন্টতা অয়াম্বদি কেবিনেট মন্ত্রীশিংনা পুখৎলকই। শেল থুমগী বিলশিংদি মন্ত্রীশিংনা নত্রবদি সভাদা পুখৎলকপা য়াদে। শেল-থুমগী নত্তবা অতৈ বিলশিংদি প্রাইভেৎ মেম্বর হায়বদি কেবিনেটকী মন্ত্রীশিং নত্তবা পর্লিয়ামেন্টকী অতৈ

মেম্বরশিংনসু পুখৎলকপা য়াই। অদুবু পুখৎলক্লিবা বিল অদু কেবি-নেট মন্ত্রীশিংনা য়াদ্রবদি পাস তৌবা য়াম্বা রানা থোকই মরমদি পার্লিয়ামেণ্টকী অয়াম্বা মেম্বরশিংনা মন্ত্রীশিং অদুবু য়ারিবনি। অদুনা কেবিনেট মন্ত্রীশিংনা লৈবাক্কী থবক ইনখাং পূম্নমক পুই অমসুং শিল্লি হায়বা য়াই।

**কমিটি ঃ—** মথৌ চিল্লবা কেবিনেট মন্ত্রীশিং অসিগী থবক্তা মতেং পাংনবা তোঙান তোঙানবা হিরমদা পুবা কমিটি কঁয়ামরুম লৈ। শেল-থুমগী কমিটি, থবক হাপ্পনচিংবগী কমিটি, ই-পাওগী কমিটি অসিনচিংবা কমিটি কয়ানা মন্ত্রীশিংগী থবক্তা মতেং পাংই। কমিটিশিং অসিনা মাগী মাগী বিষযগী থবকশিং অদুগী অফ কত্ত অমসুং অশোয় অঙাম্নচিংবদু য়েংশিল্লি। কমিটিশিং অসিনা থবক্কী থৌরম অমসুং পোলিসিনচিংবা শেম্লগা কেবিনেট মন্ত্রীশিংগী মমাংদা পুখৎলকই। মন্ত্রীশিংনা, পুখৎলকইবশিংদু অয়া-য়াদা য়েংলগা থবক পাঙথোকই।

**প্রধান মন্ত্রী ঃ—** ইলেক্সনদা, পার্লিয়ামেণ্টতা খ্বাইদগী মেম্বর মশীং হেন্না কারকপা পার্টি অদুগী মকোক থোংবা মুপা নত্রগা মুপী অদুবু প্রেসিদেণ্টনা প্রধান মন্ত্রী ওইনা খল্লি। অতৈ মন্ত্রীশিংদি মানা পাম্বা মতুং ইন্না প্রেসিদেন্টনা খল্লি। প্রধান মন্ত্রীনা সভাগী মকোক্নি। মন্ত্রীশিংগী মথৌনচিংবা য়েম্থোক য়েন্সিল তৌবা মাগী মথৌনি। কনাগুম্বা মন্ত্রী অমবু থাজদ্রবদি প্রধান মন্ত্রীনা থবক লৌথোকপা ঙম্মী। ঐখোয়গী লৈবাক অসি য়াম্বা চাওবা অমসুং তোঙান তোঙানবা জাতী অমসুং ধর্ম্মনচিংবা লৈবনা, প্রধান মন্ত্রীনা

মন্ত্রী অতৈ খন্দোক খঙ্গিল অমসুং মথৌনচিংবা য়েন্থোকপদা ভুগোলগী অমসুং অতৈ হিরম কয়ামরুম য়েংডুনা থবক তৌই। অদুবু মানা পাম্বা মওংদা তৌবা য়াই।

কেবিনেট মন্ত্রীশিংগী মানা চিয়ারমেন্নি। মিটিং কৌথোক কৌশিন্নচিংবা মানা তৌই। কেবিনেট মন্ত্রীশিংগী থবক পুম্নমক মানা য়েংশিনবা ঙমই। লৈবাক অসিদা তৌরিবা, তৌগদবা থবক্কচিংবা অমদি কেবিনেটকী পোলিসিনচিংবা পুম্নমক প্রধান মন্ত্রীনা প্রেসিডেন্টতা খঙহল্লি। প্রধান মন্ত্রীনা থবক তোক্লবদি অতৈ মন্ত্রী পুম্নমক থবক থাদোক্কদবনি। কনাগুম্বা মন্ত্রী অমনা থবক তোকপদদি লেমহৌরিবা মন্ত্রীশিং অদুদা করিসু কায়বা লৈতে।



# এটোরনী জেনেরেল।

এটোরনী জেনেরেল হায়বসি ভারত সরকারগী খ্বাইদগী হেন্না চাওবা আইনগী ওফিসারনি। ভারত সরকারগী হায়বদি লৈবাক ঙাক্লিবা কাঙবুশিংগী আইনগী থবক ইনখাং পুম্নমক মহাক্না য়েংশিল্লি অমসুং মহাকনা তানৈ। সুপ্রীম কোর্ট নত্রগা হায় কোর্টকা লৈবাক ঙাক্লিবশিংগা আইনগী মরী লৈনরকপগী থবক এটোরনী জেনেরেলনা তৌই।

মহাক প্রেসিদেন্টনা খল্লি অমসুং প্রেসিদেন্টনা য়াল্লিবগুম্বা মহাক্কী মখোয় পুই। প্রেসিদেন্টনা মাবু লৌথোকপা ঙমই। এটর্নী জেনেরেল ওইগদবা মী অদু সুপ্রীম কোর্টকী জজ অমা ওইবা য়াবগী মগুন চেনবা মী ওইগদবনি।

---

# কমট্রোলর অমসুং অউদিটর জেনেরেল।

মহাক্না লৈবাক অসিগী শেল-থুমগী হিসাব য়েংশিন্নবগী থাইদগী চাওবা মীনি। মহাক প্রেসিদেন্টনা খল্লি। লৈবাক ঙাল্লিবা কাঙবুশিং অসিগী শেল-থুমগী হিসাব পূম্নমক মহাক্না য়েংশিনগদবনিনা মনিং তম্না থবক পুবা ঙম্নবগীদমক সুপ্রীম কোর্ট নত্রগা হায় কোর্টকী জজগী মতৌগুম্না মহাক্কী ফিভমসু য়ামনা নিংথিনা থম্মী। মহাকনা থবক তৌরিঙৈ মতমদা মগাক্কী তলব অমসুং ফিভমনচিংবা হন্থহনবা য়াদে। মহাক্কী থবক তৌবগী মতম চহি তরুক্লি। থবক তোক্লবা মতুংদা সরকারগী করিগুম্বা থবক তৌবা য়াদে। থবক নিংথিনা তৌবা ঙম্নক্নবা অমসুং অচৌবা মরাল লৈরক্লবা মতমদা পার্লিয়ামেন্টনা মাবু লৌথোকপা ঙম্মী।

অউদিটর জেনেরেলনা কেন্দ্রগী অমসুং ষ্টেটশিংগী শেল-থুমগী হিসাবনচিংনবগী অচুম অয়ান য়েংই অমসুং প্রেসিদেন্টতা থন্নহল্লি।

চহি অমগী শেল-থুমগী হিসাব মহাক্না শেমই। শন্না হায়রবদা কেন্দ্র সরকারগী অমসুং ষ্টেটশিংগী শেল-থুম চুন্না অমসুং মরম চানা শিজিন্নহন্নবগী য়েংশিনবা মাগী মথৌনি।

---

# পার্লিয়ামেণ্ট

## ( ভারতকী আইন সভা )

ভারতকী পার্লিয়ামেণ্ট হায়বদি আইন সভাদি প্রেসিদেণ্ট, রাজ্য সভা ( কাউন্সিল ওফ ষ্টেটস ) অমসুং লোক সভা ( হাউস ওফ দি পিপলস ) না শাই। পার্লিয়ামেণ্ট অসিনা ভারতকী আইন পূন্নমক শেম্মী। লৈবাক ভাকপগী থবকসু পার্লিয়ামেণ্টকী মেম্বরশিংনা পুই অমসুং থবক ইনথাং পূমনমক পার্লিয়ামেণ্টকী মথা পোন্না তৌই। প্রেসিদেন্টতি পার্লিয়ামেণ্ট ফম্বা খুদিংদা য়াওদে। মহাক্কী এদ্রেস পিবা মতম অমদি মতম মতমগী মতুং ইন্না লোক সভা অমসুং রাজ্য সভা অনিমকপু পূন্না কৌবা মতমদা নত্তনা পার্লিয়া-মেণ্ট ফম্বদা প্রসিদেণ্ট য়াওদে অমসুং মহাক্কী ভোট লৈতে। অদুবু্দি ওইরগা লোক সভা অমসুং রাজ্য সভানা পাস তৌরকপা বিলশিং ( বারেপশিং ) অদু মহাক্না য়াদুনা সহি তৌদ্রিবমখৈ আইন ওইনা লৌনবা য়াদে।

**রাজ্য সভা :—** রাজ্য সভাদা ষ্টেটশিং অমসুং ইউনিয়ন টেরিটোরীশিংদগী প্রটিনিধি হায়বদি মীহুৎশিং লৈ। রাজ্য সভাগী মেম্বরশিং অসি ষ্টেটশিংগী বিধান সভাগী মেম্বরশিংনা খল্লি। ইউনিয়ন টেরিটোরীশিংগীনা পার্লিয়ামেণ্টনা মতম মতমগী মতুং ইন্না শেম্বা আইনগী মতুং ইন্না খল্লি। মীশীং খেন্নবগী মতুং ইন্না ষ্টেটশিংগী মীহুৎ মশীংসু খেন্নৈ। সম্বিধানগী ( আর্টিকল ৮০ ) মতুং ইন্না রাজ্য সভাদা মেম্বর ২৫০ লৈ। মসিগী মনুংদা মেম্বর ২৩৮ দি অখনবনি। প্রেসিদেণ্টনা তোঙান তোঙানবা বিষয় হায়বদি কলা বিদ্যা অমসুং বিজ্ঞ্যানচিংবা হিরমদা য়াম্না হৈশিংবা অমসুং মচীন তোঙবা মী ১২ অমগা খল্লগা হাপ্লি। রাজ্য সভাসি পার্মেনেণ্ট হায়বদি মতম চুপ্পা লৈবা সভানি। সভা অসিদা খল্লিবা মীহুৎশিং অসি চহি ৬/৬ কীনি। চহি অনি অনি খুদিংগী রাজ্য সভাগী মেম্বরশিংগী ⅓ ( চাওরাক্পা হেক হেক থবক তোকই )।

**রাজ্য সভাগী মেম্বরগী গুন :—** ভারতকী নাগরিকতনা ( প্রজা ) সভা অসিগী মেম্বর ওইবা য়াই। মশাগী চহি ৩০ শুপ্রিবা মীনা রাজ্য সভাগী মেম্বর ওইবা য়াদে। মেম্বরশিং অসিনা ভারত নত্রগা ষ্টেট সরকারগী তলব চাবা থবক অমসুং শেন্দোংনচিংবা ফংবা থবক অতৈ তৌবা য়াদে। মশাগী মতম লোইদ্রিবৈদা তোকচরগে হায়বসু যাই। মেম্বর অমনা সভাগী পার্মিসন য়াওদনা সভাদা মুমিৎ ৬০ নি লাক্ত্রবদি মাবু মেম্বর ওইবা তোকহনবা ঙম্মী।

**চিয়ারমেন অমসুং ডিপুটি চিয়ারমেন :—** ভাইস প্রেসিদেণ্টনা রাজ্য সভাগী এক্স ওফিসিও হায়বদি ফমগী মতুং

ইন্না ওইবা চিয়ারমেন্নি ( আর্টিকল ৮৯ )। মেম্বরশিংনা মখোয়গী মরক্তগী ডিপুটি চিয়ারমেন অমা খল্লি। ডিপুটি চিয়ারমেন অদুনা করিগুম্বা সভা অসিগী মেম্বর ওইবা তোক্লবদি ফম অসি থাদোক্কদবনি। সভা অসিগী মেম্বরশিংনা মাবু লেথোকপা ঙম্মী। সভাসিগী মিটিংনচিংবদা, চিয়ারমেন লৈতবা মতমদা ডিপুটি চিয়ারমেন্না সভাপতিগী থবক পুই। মখোয়বু লৌথোকনবগী রাফম খন্নরকপা মতমদদি চিয়ারমেন অমসুং ডিপুটি চিয়ারমেন্না সভাগী সভাপতি ওইবা য়াদে। ডিপুটি চিয়ারমেন লৌথোক্লবগী মতাংদদি চিয়ারমেন্না সভাপতি ওইবা অমসুং খন্নবা য়াওবা য়াই অদুগা মাগী ভোট পীবদি য়াদে।

———

## লোক সভা

লোক সভাদসু ষ্টেটশিং অমসুং ইউনিয়ন টেরিটোরীশিংদগী মীহুৎশিং লৈ। রাজ্য সভাগী মেম্বরশিংদি প্রজানা হাকথেংননা খনবা নত্তে। অদুগা লোক সভাগী মেম্বরশিংদি প্রজানা হাকথেংননা খল্লি। সভা অনিমকসিনা আইন সেম্বা অমসুং লৈবাক ঙাকপনচিংবগী থবক পূন্না পুমিন্নে। অদুবু মপাঙ্গল অমসুং মথৌদা লোক সভানা রাজ্য সভাদগী কনবা হেল্লি।

**মেম্বর মশীং :—** লোক সভাদা ষ্টেটশিংদগী খল্লকপা মীহুৎ ৫০০ লৈগান। অদুগা ইউনিয়ন টেরিটোরীশিংদগী খল্লকপা মীহুৎ মশীং য়াম্লবদা ২৫ ফাওবা লৈবা য়াই ( আর্টিকল ৮১, ৮২ )।

খৃঃ ১৯৭০ ফাওবদি সিড্যুল কাস্ত অমসুং সিড্যুল ট্রাইব হায়বদি খরা শোংখহৌরবা কাংবুশিংগী মতাংদদি প্রেসিদেণ্টনা মীহুৎ হাপতোক হাপচীন তৌবা ঙম্মী। হৌজিক লোক সভাদা সিড্যুল কাস্ত অমসুং সিড্যুল ট্রাইবকী সিট মশী অসি মথংশিংনা ৭৭ অমসুং ৩৭ নি। এংগ্লো ইণ্ডিয়ান কাংবু অসিস্ত নিংথিনা মখোয়গী মীহুৎ কায়কপা ঙমত্রবদি প্রেসিদেণ্টনা অনিদগী হেন্দনা খন্দুনা হাপ্পা ঙমই।

**মেম্বর থনবা**:— নুপা নুপী অমসুং জাতী ধর্ম্মগী খেন্নবা লৈতনা অঙাওবা অমসুং য়াম্না চারওবা মরাল লৈরবা মী নত্তবা চহি ২১ শুরবা ভারতকী প্রজা খুদিংমক মীখন্দা ভোট থাদবগী অধিকার ফংই। লোক সভাগী মেম্বরশিং অসি হায়রিবা চহি ২১ শুরবা ভারতকী প্রজানা অরোনবা মীখল তৌদুনা খল্লি। জামু অমসুং কাশ্মীরগী মীহুত্তি মখোয়গী বিধান সভানা য়াবা মী অদু প্রেসিদেণ্টনা খল্লি। লোক সভাদা কাররিবা মেম্বরশিংনা প্রেসি-দেণ্টকী মমাঙদা ৱাশক লৌই। মী কয়াগী মীহুৎশিনবা কয়া লোগদগে হায়রবসি ভারতকী লম খুদিংমক্তা য়ারিবমখৈ মান্নহন্নবা তৌই। হায়রবদি মণিপুরগী মী লাখ ৫ গী মীহুৎ অমা লৌবা তাররবদি বেঙ্গোল, মাদ্রাজনচিংবা লমদগী মী লাখ ৫ খুদিংগী মীহুৎ অমমম লোগনি।

মীখন্দা খুদোং চাননবগীদমক লমশিং অসি কনষ্টিটুএনসি হায়দুনা লম মচেৎ মচেং কয়ামরুম থোক্লা খায়দোকই। মীকোক থীবা লোইবা খুদিংগী ইলেক্সনগীদমক লমশিং অসি কনষ্টিটুএনসি কয়া থোক্লা খায়দোক্কনি অমসুং কনষ্টিটুএনসি অমদা মী কয়া লৈগনি হায়রবনচিংবসি শেমদোক শেমজিন তৌই।

**মেম্বরগী গুন :—** লোক সভাগী মেম্বর ওইগে হায়রবদি মী অদু ভারতকী প্রজা ওইগদবনি অমসুং মশাগী চহি ২৫ শুগদবনি। সরকারগী তলব চাবা থবক অতে তৌবা য়াদে। ইলেক্সনগী মতমদা মী অমনা তোঙান তোঙানবা সিট অনিগী হায়বদি লোক সভাগী অমসুং ষ্টেটকী বিধান সভাগী কেন্দিদেট ওইনা লেপ্পা য়াই। অদুবু মতম অমতদা মী অমনা সভা অনিগী মেম্বর ওইর্বদি য়াদে। অনিগী মরক্তগী অমা থাদোক্কদবনি।

**স্পীকর অমসুং ডিপুটি স্পীকর:—** রাজ্য সভাদনা ভাইস প্রেসিদেণ্টনা চিয়ারমেন ওই। লোক সভাদনা মেম্বরশিংগী মরক্তগী মখোয়না স্পীকর অমা অমসুং ডিপুটি স্পীকর অমা খল্লি। সভা অসিগী মিটিংনচিংবদা স্পীকরনা সভাপতি ওই অদুগা স্পীকর লৈতবা মতমদনা ডিপুটি স্পীকরনা সভাপতিগী থবক পুই। সভা অসিগী মেম্বরশিংনা পাম্বা মতুং ইন্না স্পীকর অমসুং ডিপুটি স্পীকর অসি কব্রিগুম্বা পার্টি অমদগী হেক্তা খনবা য়াই। পার্টি অমগীবু ওইরবস্ত্র অমগীবু ওইরবস্ত্র সভা অসিগী থবক ইনখাংনচিংবা চথরকপদা স্পীকরনা কব্রিগুম্বা মীচং মীখাই অমতা নাইদনা থবক তৌই।

সভা অসিগীদি স্পীকরনা মকোক্নি। মাগী পার্মিসন য়াওদ্রবদি মেম্বরশিংনা সভা অসিদা ৱা ঙাঙবা য়াদে। সভা মনুং অসিগী মথংমনাও নাইনা থবক চথবা য়ানবা শীনবা অমসুং নিয়ম থুগাইরকপা মেম্বরশিংবু য়েংশিনবনচিংবশি মাগী মথৌনি। কনাগুম্বা মেম্বর অমনা সভা অসিদা অকায়বা ৱা ঙাংলকপা য়াওরবদি মহাক্না ৱা

ভাংবা অদু লেপহনবা ওম্মী অমসুং অকায়বা ৱাফমশিং অদু লৌথোক-হনবা ওম্মী। সভা অসি করম্বা মতমদা ফমগনি অদুগা ফম্মকপা মতমদা ক্বারম ফাৱব্রা ফাদ্রিব্রা হায়বা অসিনচিংবা পূন্নমক স্পীকরনা য়েংশিল্লি। সভাগী মিটিং অসিসু মহাকনা লেপহনবা ওম্মী। শম্না হায়রবদা স্পীকরনা সভা অসিগী মপী মপানি। সভা অসিনা লেপ্পরবা ৱাফম অদু প্রেসিদেন্টতা থাবা মতমদা স্পীকরগী সহি ওয়দ্রবদি য়াদে। পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বর অমনা ফংফম থোকপা অধিকারশিং অদু লৈবাক ভাক্লিবা নত্রগা কনাগুম্বা অমনা থুগাইহন্দনবা য়েংশিনবসু মাগী মথৌনি।

**সভাগী** মতম :— লোক সভাগী মপুন্সি চহি ৫ নি হায়বদি অমুক থনখিবনা লোক সভাসি চহি ৫ লৈগনি। কনাগুম্বা মেম্বর অমনা মতম শুদ্রিঙৈদা মেম্বর ওইবা তোক্লিংলবদি স্পীকরদা মেম্বর ওইবা তোক্লগে হায়দুনা দরখাস্ত থারগা তোকপা য়াই। লোক সভাগী মতমসি চহি ৫ ওইজরবসু প্রেসিদেন্টনা মতম শুদ্রিঙৈদা তোকহনবা ওম্মী। অদুগা ইমরজেন্সীগী মতমদা প্রেসিদেন্টনা চহি অমা ফাওবা শাংদোকহনবা ওম্মী।

---

# পার্লিয়ামেন্টকী শক্তি অমসুং মথৌ

## (লোক সভা অমসুং রাজ্য সভাগী)

লৈবাক অসিগী আইন শেম্লিবা, লৈবাক ঙাক্লিবা, শেল-থুমগী থবক ইনথাং পূম্নমক তৌরিবা অমসুং মীরৈবাক্কা মরী লৈনরিবা অসিনচিংবা পূম্নমক অসি সভা অনি অসিগী মথৌনি অমসুং মখোয়গী মখা-পোন্না তৌবা ঙাক্তনি। মথক্তা হায়খ্রবা কেন্দ্রগী বিষয় অমসুং কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটকী অপূনবা বিষয়দা য়াওখ্রিবা হিরমশিং অদুগী আইন, সভা অনি অসিনা শেম্মী। শেল-থুমগী নত্তবা হিরম খুদিংমকী আইন শেম্নবগী বিল সভা অনিমক্তগী হৌদোরকপা য়াই। শেল-থুমগী রাফমদি লোক সভাদনা হৌদোকপা অমসুং পাস তৌবা ঙম্মী। করিগুম্বা রাফম ( বিল ) অমগী মরমদা সভা অমনা য়ানররবা অমসুং লেপ্পররবা অদু অতোপ্পা সভাদুদা অমুক থাই। অকোনবগী সভাদুনা অহানবগীনা লেপ্পরকপা অদু অদুম হায়বদি অমসুং প্রেসিদেন্টনসু য়াররবদি মদু এক্ট হায়বদি চৎনরগদবা আইন ওইরে। শেলগী নত্তবা হিরমশিংদদি লোক সভানা য়ারদুনা থারকপা অদু রাজ্য সভানা থা ৬ ফাওবা নমশিন্দুনা থম্বা ঙম্মী। মতম অসিগী মমুংদা য়ানদ্রবদি সভা অনি অসিগী অপূনবা মিটিং অমা তৌরগা ভোট লৌরদুনা লেপ্পে। শেল-থুমগী মতাংদদি রাফম অদু রাজ্য সভাদগী হৌদোরকপসু য়াদে অদুগা লোক সভানা য়ারদুনা থারকপা শেল-থুমগী বিল অদু রাজ্য সভানা নুমিৎ ১৪ নিদগী হেন্না নমশিন্দুনা থম্বসু ঙমদে।

রাজ্য সভানা য়ানিংদবা লৈরবসু, য়ানিংদ্রিবা অদু য়াওনবু ওইরবসু য়াওদনবু ওইরবসু লোক সভানা পাস তৌবা ঙম্মী।

**ষ্টেট লিষ্টতা** য়াওরিবা বিষয়শিং অদুদসু করিগুম্বা রাজ্য সভানা রাফম অদু মেম্বর ⅔ দগী তাদবনা লৈবাক অসিগী ওইনা মরু ওইবা রাফম্বি হায়না লেপ্পরবা নত্রগা লৈবাক অসিদা ইমরজেন্সী হায়বদি করিগুম্বা খুদোংথীবা খরা লৈতুনা থবক ইনখাং পূর্ণমক অথুবা ফিভমদা তৌবা তারে হায়দুনা লাওথোক্লবা মতমদা পার্লিয়া-মেন্টনা আইন শেম্বা ঙম্মী।

করিগুম্বা আইন অমা শেম্বদা সভা অনিমকসিনা লেপ্পরগা প্রেসিদেণ্টতা থাই। প্রেসিদেণ্টনা থারক্লিবা রারেপ অদু রাবসু ঙমই অদুগা য়াদবসু ঙমই। প্রেসিদেণ্টনা য়ানিংদ্রবদি, মাবা য়ানিংদ্রিবশিংদু উত্তুনা অমুক হন্না খন্ননবগীদমক সভাদা থারকই। প্রেসিদেণ্টকী সহি য়াওদ্রবদি মদু চৎনবা য়াবা আইন ওইদে। সভা অনিমকনা য়ানরবা মতুঙদা প্রেসিদেণ্টনা য়াদতুনা নমশিন্দুনা থমথ্রগা রাফম অদু অমুকসু হন্না সভা অনিমকসিনা লেপ্পরক্লবদি প্রেসিদেন্টনা য়াদবা ঙমদে। সভা অনিসিগী মেম্বরশিংনা প্রেসিদেণ্টপু লৌথোকপসু ঙম্বনিনা সভা অনিমকী মেম্বরশিংনা য়ানরক্লবা রাফম অদু প্রেসিদেণ্টনা নমদুনা থম্বা হায়বসি ওইথোক্কবনি। শক্তা হায়রবদা সভা অনিসিনা তৌনিংবা থবক অদু প্রেসিদেণ্টনা ফাওবা থিংবা ঙমদে। ভারতকী চৎনরিবা সম্বিধান অসিসু সভা অনিসিনা ষ্টেটকী আইন সভাশিংগা তানরগা শেমদোক শেমজিন তৌবা

ঙম্মী। মরম অসিনা ভারতকী হৌজিক্কী লৈবাক মঙাক অসিদা খ্বাইদগী চাওবা শক্তিদি সভা অনিসিনি হায়বদি প্রজানি।

লৈবাক ঙাকপগী থবক পুরিবশিং অসিস্থ সভা অনিসিগী, মক ওইনা লোক সভাগী মখা পোল্লি। থবক পুরিবা মন্ত্রীশিং অসি সভা অনিসিগী মেম্বরশিংগী মরক্তগী খনবা ঙাক্কনি। সভা অনিসিনা মন্ত্রীশিং অদুবু থাজবক্তবা মতমদা লোথোকপা ঙম্মী। মখোযনা থাজৎলকপা আইনগী অমসুং শেল-থুমগী ৱাফম পূন্নমক সভা অনিসিনা মরু ওইনা লোক সভানা ককথবা অমসুং য়াদবা ঙম্মী।

তোঙান তোঙানবা বিষয়শিংগী মরমদা পুরিবা মন্ত্রীশিং অদুদা মখোয়না তৌরিবা অমসুং তৌগদবা থবকশিংগী মরমদা সভা অনিসিগী মেম্বরশিংনা ৱাহং হংদুনা অমসুং পাউথুম পীহন্দুনা মন্ত্রীশিংগী থবক পূন্নমক য়েংশিল্লি।

**কমিটি** :—সভা অনিসিদা মেম্বর মশীং যাম্না লৈ। লোক সভাদতা মেম্বর ৫০০ হেন্না লৈ। মীশীং অসুক য়ামখ্রবা সভাশিং অসিনা করিগুম্বা ৱাফম অমা মতৌ করন্না কুপ্না অমসুং মুন্না খন্নবা ঙমগদৌরিবনো হায়দুনা কনাগুম্বদা ঙরা থোকলম্বা য়াই মরমদি মী য়াম্মল্লবদি করিগুম্বা ৱাফম অমা কুপ্না অমসুং মুন্না খন্নবসি ৱানা থোকই। মসিগী খুদোং চাবসি কোক্কনবগীদমক, করিগুম্বা ৱাফম অমদা মুন্না অমসুং কুপ্না য়েংশিনবা ঙমনবা সভা অনিমক্কী মী খর খরতনা শাবা অপিক অপিকপা কমিটি কযামরুম লৈ। থবক ইনখাংগী মরমদা পাওতাক পীনবা কমিটি, শেল-থুমগী মরমদা

য়েংশিন্নবা কমিটি, হিসাব য়েংশিন্নবা কমিটি, প্রাইভেট মেম্বর হায়বদি মন্ত্রী নত্তবা পালিয়ামেণ্টকী মেম্বর অমনা পুখৎলকপা বিল হায়বদি ব্রাফম য়েংশিন্নবা কমিটি অসিনচিংবা কমিটি তরা তরাদগী হেন্না সভা অনিসিদা লৈ। সভা অনিসিদা আইন শেমনবগী নত্রগা ভাননবগী পুখৎলকপা ব্রাফমশিং অদুগী অফ ফও অমসুং অশোয় অভান্নচিংবা পূন্নমক দরকার লৈরকপা মতমদা কমিটিশিং অসিনা কুপ্না খন্নে অমসুং য়েংশিল্লি। কমিটিশিং অসিনা য়েংশিল্লবা মতুংদা থাঙ্গৎলকপা ব্রাফমশিং অদুগী অফ অত্ত অমসুং য়াবা য়াদবা অদু সভাগী অপূনবা মেম্বরশিংনা অমুক খন্নে। করিগুম্বা ব্রাফম অমবু য়াবা নত্রগা য়াদবা হাযবা অসিদি সভাশিংদা লৈরিবা মেম্বরশিং অসিগী খুশিনি। অদুবু অপিক অপিকপা কমিটিশিং অসিনা মুন্না য়েংশিল্লগা ওইবা য়াবা অমসুং য়াদবা অমদি অফ ফত্তনচিংবা পূন্নমক থাঙ্গৎলক্লবা মতুংদা সভাগী মেম্বর ময়াম অসিনা খন্নবদা য়াম্না খুদোং চাই অমসুং ব্রাফমশিং অদু চুম্না খন্নবা ঙম্মী।

---

# লোক সভা অমসুং রাজ্য সভাদা আইন শেম্ব ।

মথক্তসু হায়খ্রে সভা অনি অসিগী মরু ওইবা মথৌদি আইন শেম্বনি। ভারতকী চৎনরিবা আইনশিং অসি সভা অনিসিনা শেম্বা ডাক্তনি। হান্নদগী চৎনরক্লবা আইনশিংসু সভা অনিসিনা শেমদোক শেমজীন তৌবা অমসুং হোংদোক হোংজিন তৌবা ঙম্মী। সভা অনিসিদা করমনা আইন শেম্বগে হায়বদু অমুক্তং খন্নদুনা য়েংশি।

শেল-থুমগী নত্তবা রাফমদি সভা অনিমক্তগী পুখৎলকপা য়াই। আইন শেম্নবগী করিগুম্বা রাফম অমা পুখৎলকপদা, মদুনা করিগুম্বা ষ্টেট অমগী লম অমসুং ঙমখৈনচিংবা ওন্থোক ওনসিন তৌবগী রাফম রাওবা, নত্রগা সুপ্রীম কোর্ট অমসুং হায়কোর্টনচিংবদা শিজিন্নরিবা লোল অসি ওন্থোক ওনশিন তৌবগী রাফম যাওরবদি, রাফম অদু প্রেসিদেন্টনা হান্না য়াদ্রবদি লোক সভাদা নত্রগা রাজ্য সভাদা খন্ননবগী দমক পুশিল্লকপা য়াদে। আইন শেম্ননবগী পুখৎলকপা রাফমশিং অদু সভা অনিমকসিদা অহানবা, অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা ওইনা অহুম অহুল্লক খন্নে। খন্নবা অসিদা সভা অনিমক্না য়ানদুনা পাস তৌরবা মতুঙদা প্রেসিদেন্টকী সহি তৌরগা চৎনবা য়ারবা আইন ওই।

**বিল পুখৎলকপা :—** আইন শেম্নবগীদমক সভাদা করিগুম্বা রাফম অমা পুখৎলকপা অসি মওং অনি শুরি। মদুদি ওফিসিয়েল বিল হায়বদি মন্ত্রী কাডবুশিংনা পুখৎলকপা অমসুং প্রাইভেৎ মেম্বর

হাযবদি মন্ত্রী নত্রবা পার্লিযামেণ্টকী মেম্বরনা পুখৎলকপা ব্বাকম। প্রাইভেৎ মেম্বর অমনা করিগুম্বা ব্বাফম অমা আইন শেম্নবা সভাদা পুখৎলকে হাযরবদি খন্নগদবা থা অমা ব্বাৎলিঙৈগী মমাঙদা খন্নগদবা ব্বাফম অদু, অমসুং করিগী দমক্তা খন্নগদৌরিবনো হাযবনচিংবা মরম তাক্তুনা সভা অদুদা খংহল্লক্কদবনি অমসুং মাগী ব্বাফম অদু খন্নবিযু হাযদুনা সভা অদুদা হাযজগদবনি। সভা অদুনা যাব্রবদি ব্বাকম অদু পুখৎলকপা যাবে, যাদ্রগনা যাদে হাযরিবা মেম্বরশিংদুগী যারোইদোবগী মরম অদু খন্নে। যানি যারোই হায়বদু সভাদুগী মেম্বরশিংনা ভোট তৌনদুনা লেপ্নে। যাদ্রবদি ব্বাফম অদু পুখৎপা যাদ্রে। যারবদি ব্বাকম অদু ভারতকী গেজেত্তা ফোংগনি। মসিনা খন্নবগী অহানবা শাক্তি।

**অনিশুবা মতাং :—** অহানবগী মতাংসি লোইখ্রবা মতুঙদা ব্বাফম অদু পুখৎলকিব মেম্বর অদুনা মাগী বিল অদু হায়বদি ব্বাফম অদু খুদক্তা নত্রগ করিগুম্ব নুমিৎ অমদা খন্নবিযু নত্রগা খনগৎনবা কমিটিদা খন্নবিযু নত্রগা প্রজাগী অপাম পামদা মত লৌনবা প্রজাশিংদা ফোংদে কপা হাযনা হাযজবা যাই। করিগুম্বা ব্বাফম অমসু খুদক্তা তেক্তা হনবা হাযরিদি যাম্না লাযবা, যেৎন খোৎননিংঙাই ইরৈ লৈতবা ব্বাফমদা নত্রবদি পুংতৌ তৌদে। ব্বাফম অদুনা খন্ন-বেরা-শিকা থাংগদবা ওইরবদি প্রজাগী মত লৌননবগীদমক খন্ন-নচিংবদা ফোংদোক্লে। অযাম্বা মতমদা ব্বাফম অদু খনগৎনবা কমিটিদা নৈনহল্লি। কমিটি অসিনা ব্বাফম অদু কুপ্না-নৈনবগী মখোযগী অপাম পামদগী মতনচিংবা পীদুনা থাগৎলকই। মতম অমিদা

সভা অদুগী মেম্বরশিংনা রাকম অদু মচেৎ মচেৎ ওইনা অফ ফত্ত অমসুং অপাম প্পামদা খন্নে অমসুং ময়ামনা পাম্বা মতুং ইন্না ককথোক ককশিন অমসুং হাপতোক হাপচিন তৌবা য়াই।

**অহুমশুবা মতাং :—** মথক্কী খন্নবসি লোইখ্রবা মতুঙদদি অহুমক শুবগী খন্নবা মতাং লাক্নে। হন্দক্কী মতাং অসিদদি রাকম অদু মপূম ওইনা ফৈ ফত্তেনচিংবা খন্নে। হন্দক্কী অহুমকশুবসিদসু রাকম অসি য়ানরবদি সভা অসিনা রাকম অদু পাস তৌরে হায়না লৌগনি। মসিগী মতুঙদগীদি রাকম অদু অতোপ্পা সভা অমদুদ খন্নবগীদমক অমুক থাগনি। প্রাইভেট মেম্বর নত্তবা হায়বদি কেবিনেট মন্ত্রীশিংনা পুখৎলকপা রাকমদি থা অমগী মমাংদা পুখৎপা য়াই য়াদেগী সভা অদুদগী পার্মিসন লৌবগী রাকম অদু লৈতে।

**অতোপ্পা সভাদা অমুক খন্নবা অমসুং প্রেসিদেণ্টনা সহি তৌবা :—** অতোপ্পা সভা অমদুনা রাকম অদু মথক্কী অসুম্বা অহুমক হন্না অমুক খন্নগনি। অকোনবগী সভা অদুনা রাকম অদু য়ারবদি প্রেসিদেণ্টতা থারক্কনি। অকোনবগী সভা অদুনা অহানবগীদুনা পাস তৌরকপা রাকমশিং অদুদা য়ানিংদবা লৈরবদি, য়ানিদবশিং অদু হায়দুনা অহানবগী সভা অদুদা অমুক হন্না খন্নবগীদমক থারক্কনি। সভা অনিসিনা রাকম অদুদা য়ানরক্কবা থোক্লবদি প্রেসি-দেণ্টনা সভা অনিমক্কী অপূনবা মিটিং অমা কৌগনি। মিটিং অসিদা মেম্বরশিংনা ভোট তৌনদুনা রাকম অদুগী অয়া-য়াদা লেপকনি। অপূনবা সভা অসিদা য়ানরবা রাকম অদুদি সভা অনিমক্না পাস তৌরবা রাকমনি হায়না লৌগনি।

সভা অনিমকনা য়ানদুনা লেপ্পরবা ৱাফম অদু প্রেসিদেন্টনা য়াদুনা সহি তৌরবা মতুঙদা আইন ওইদুনা চৎনৈ।

**শেলগী বিল ( শেল-থুমগী ৱাফম ):—** শেলগী বিল নত্রগা শেল-থুমগী ৱাফম হায়বসি মথাগী হিরমশিং অসি য়াওবা ৱাফম অদুনি। মদুদি :—

খাজনা লৌবা, খাজনা কোকপা অমসুং খাজনা লৌখোক লৌসিনগী নিয়মনচিংবদা হোংদোক হোংজিন অমসুং শেমদোক শেমজিন তৌবা।

সরকারনা মীরৈবাক্তগীবু ওইরবসু লৈবাকসিদগীবু ওইরবসু শেল-থুম পূথোক পূশীল তৌবগী থবক।

কনসোলিদেটড ফণ্ড হায়বদি লৌ-শিংনচিংবা লেংদবা পোত্তগী কারকপা খাজনাদগী থাক্তুনা থম্বা ফণ্ড।

মথক্কী ফণ্ড অসিদগী চৎখিগদবা অমসুং লাক্কদবা শেলনচিংবগী ৱাফম।

ভারত সরকারগী শেল-থুমগী হিসাবশিং অসিগী অডিট হায়বদি অচুম অরান্নচিংবা য়েংবগী থবক।

মথক্কী ৱাফমশিং অসিগী অমসুং মখোয়গা মরী লৈনবা ৱাফমশিং অদুবু শেল-থুমগী ৱাফম কৌই। করিগুম্বা হিরম অমদা ফাইন তৌবা লাইসেন্সনচিংবগী ফী লৌবা, পৈশা লৌদুনা দণ্ডি তৌবনচিংবা ৱাফম অদুদি শেলগী ৱাফম য়াওই হায়দুনসু শেল-থুমগী ৱাফম্নি হায়না লৌরোই। পালর্য়লিয়ামেন্টতা আইন শেম্নবগী করিগুম্বা

রাকম অমা পুশিল্লক্লমদাইদা রাকম অদু শেল-থুমগী রাফম্নি নত্রগা নত্তে হায়বসি লোক সভাগী স্পীকরনা লেপ্পি। স্পীকরনা পীবা রায় অদুনা অরেপ্পনি।

**শেল-থুমগী আইন শেম্বা :—** মথক্তা হায়রিবা শেল-থুমগী রাকম অসিদা আইন শেম্বগী বিল অসি রাজ্য সভাদগী পুশিল্লকপা য়াদে। লোক সভাদগীতা পুশিল্লকদবনি। মদুসু রাকম অদু সভাদা পুথৎত্রিঙৈদা প্রেসিদেণ্টনা হান্না য়াব্রবতদা পুশিল্লকদবনি। শেল থুমগী বিল অসিদদি রাজ্য সভাগী মপাঙ্গল করিমতা লৈতে। লোক সভানা পাস তৌরদুনা পিরকপা বিল অদু রাজ্য সভানা নুমিৎ ১৪ নিদগী হেন্না কুইনা নশিন্দুনা থম্বা ঙমদে। নুমিৎ অসিগী মনুংদা মখোয়গী অপাম্বা মত ফোংদোক্তুনা লোক সভাদা অমুক থারকপা য়াই। লোক সভানা মখোয়গী মত অদু য়াওনবু ওইরবসু য়াওদনবু ওইরবসু পাস তৌবা ঙম্মী। পাস তৌরিবা অদু সভা অনিমক্না পাস তৌবনি হায়না লৌগনি। লোক সভানা রাজ্য সভাদা থারকপা শেল-থুমগী বিল অদু নুমিৎ ১৪ নি ফাওবদা থারক্তবদি নুমিৎ অসি হেক শুখিবা মতুংদা লোক সভানা পাস তৌখিবা রাকম অদু সভা অনিমক্না পাস তৌরবনি হায়না লৌদুনা প্রেসিদেণ্টতা সাহিগীদমক থাই। শেল-থুমগী বিল অসি প্রেসিদেণ্টতা থারকপা মতমদা স্পীকরনা শেল-থুমগী বিলনি হায়না ইদুনা খঙহনল্লকদবনি।

চহি খুদিংগী শেল-থুমগী চহি ( ফাইনেন্সিএল ইয়ার ) হৌগৎ-লকপদা প্রেসিদেন্টনা চহি অদুদা লাকদবা শেল অমসুং চৎখিগদবা খরচনচিংবগী হিসাব পার্লিয়ামেণ্টকী মমাংদা পুথোকহল্লি অমসুং

খরে। মসিগী রাকম অসি খন্নবগী ফম্বা পার্লিয়ামেন্টকী সেসনবু খজেং সেসন কৌই।

( পৈশা সুংশানচিংবগী চাগা চাদিংনচিংবা হিসাব সুংভাইনবা চহি অমগী মন্নুংদা পৈশাগী হিসাব করম্বা মতমদগী হৌগনিঅমসুং করম্বা মতমদা হিসাব লোয়শিনগসি হায়দুনা ওফিসকী থবক ভৌথবা খুদোং চানবা মতম অমা চৎনৈ। মদুবু শেল-খুমগী চহি কৌই )।

**পার্লিয়ামেন্ট মেম্বরগী মানিংতম্বা অমসুং খুদোং চাবা :—** পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বরশিং অসি মখোয়গী মথৌ নিংথিনা চথবা ভুমনবগীদমক রা ভাং খোৎপনচিংবা অতৈ সাধারন প্রজাশিংদগী হেন্না খুদোংচাবা খরা ফংই। করিগুম্বা রাকম অমা খন্নরকপদা মখোয়না সভা মন্নুংদা মনিং মথা তম্না বা ভাংবা য়াই। সভা মন্নুংদা মখোয়না ভাংখিবা করিগুম্বা রাকম অমগীদমক্তা করিগুম্বা লো কোর্ট অমদা মখোয়গী মথক্তা এরন লৌবা য়াদে। সভা অদুগী সেসন কম্লিংগৈ মতমদা কনাগুম্বা মেম্বর অমবু সিভিল কেসকী মতাংদা ফাবা য়াদে। ক্রিমিনেল অমসুং প্রিভেন্টিভ দিতেন্সন কেসকী মতাংদদি ফাবা য়াই। পার্লিয়ামেন্টকী অমদি ষ্টেটকী আইন সভাগী মেম্বর অসি জুরর ( juror ) ওইহনবা য়াদে।

---

# কেন্দ্র সরকার অমসুং পার্লিয়ামেণ্টকী মওং তাকপা।

**প্রেসিদেণ্ট**

(ভারতকী লৈবাক ল্যাকপগী মকোক্কি)

**প্রধান মন্ত্রী**

(মন্ত্রী সভাগী মকোক্কি)




লোক সভা অমসুং রাজ্য সভাগী মেম্বরশিংদগী মন্ত্রী সভা খল্লি।

**ভাইস প্রেসিদেণ্ট** (চিয়ারমেন)




মেম্বরশিংশি চহি ৬/৬ কী ওইনা খল্লি। চহি অনি খুদিংগী মেম্বরশিংগী ⅓ পোথাই।

প্রেসিদেণ্টনা হাপ্পা, ষ্টেটকী আইন সভাশিংনা খল্লকপা মীহুৎ অমসুং ইউনিয়ন টেরিটোরীদগী লাকপা মীহুৎশিংনা পূন্দুনা শেমই।

**স্পীকর**




মপুন্সি চহি ৫ নি।

ভারতকী প্রজাশিংনা ইলেক্সন্দা খনবা মীহুৎশিংনা শেমই।

# ষ্টেট সরকার

কেন্দ্রগী হায়বদি ভারত অপূম্বগী আইন করম্না শেম্মি অমস্মুং মতৌ করমনা লৈবাক ঙাকপগে হায়বদু ঐখোয়না নৈনখ্রে। মথক্তস্মু পনখ্রে ঐখোয়গী হৌজিক ঙাক্লিবা লৈবাক মঙাক অসিদদি সরকার অনিনি কেন্দ্রগী অমস্মুং ষ্টেটশিংগী। সম্বিধানগী তরুকশুবা শরুক্তা ষ্টেটশিংগী লৈবাক মঙাক অসি তাক্লি। জামু অমস্মুং কাশ্মীর নত্তবা ষ্টেটশিংগী অপূনবা লৈবাক ঙাকপগী মওং তাক্তুনা য়ারিবমখৈ ভারতকী লমশিং অসিদা ঙাক্লিবা লৈবাক মঙাক অসি মায়হন্নবা সম্বিধান শেমলম্বা কাঙবুশিংনা হোৎনরম্মী। কেন্দ্রগী লৈবাক ঙাকপগী মকোক্তা প্রেসিদেন্ট লৈবগুমনা ষ্টেটকী লৈবাক ঙাকপগী মকোক্তা গবর্ণর লৈ। অয়াম্বা ষ্টেটকী গবর্ণর অমমম লৈ। ষ্টেট ২ নত্রগা অনিদগী হেনবগী পূম্না গবর্ণর অমথক্তা লৈবস্মু য়াই। পার্লিয়ামেণ্টনা কেন্দ্রগী আইন শেম্বগুমনা ষ্টেটকী আইন সভাশিংনা ষ্টেটকী আইন শেম্মি।

**গবর্ণর**ঃ— ষ্টেট অমগী লৈবাক ঙাকপগী গবর্ণরনা মকোক্লি। ষ্টেটকী থবক ইনথাং পূম্নমক মাগী মমিংদা তৌই। মহাক অসি প্রেসিদেণ্টনা খল্লি। চহি ৩৫ শুরবা অমস্মুং মতিকচাবা মগুন লৈরবা ভারতকী নাগরিক অমবু গবর্ণর ওইনা খনবা য়াই। মহাক শেল-থুম ফংবা অমস্মুং তলব চাবা থবক অতৈ তৌবা য়াদে। অদুগা বিধান সভা নত্রগা বিধান পরিষদ নত্রগা পার্লিয়ামেণ্টকী মেম্বর ওইবস্মু

য়াদে। হান্না ওইরম্লবস্ু গবর্ণর ওইনা খন্দুনা থবক তৌবা হেক হৌবা মতমদা হান্নগী থবক্তু খাদোক্কদবনি। গবর্ণর হেক খনবগা থবক হৌদ্রিঙৈদা ষ্টেট অদুগী হায় কোর্টকী চীফ জস্তিসকী মমাঙদা ৱাশক লৌই।

গবর্ণর অমগী থবক তৌবগী মতমসি মানা থবক তৌবা হৌবা মতমদগী চহি ৫ ফাওবনি। মতম শুখ্রবা মতুংদা গবর্ণর অমবু অমুক হন্না গবর্ণর খনবা য়াই। মতম শুদ্রিঙৈদা মশানা থবক তৌক্লিংলবস্ু ভারতকী প্রেসিদেণ্টতা থবক তোকপগী দরখাস্ত থারগা তোকপা য়াই। ভারতকী প্রেসিদেণ্টনা মরম চানা মাবু লৌথোকপা অমসুং তোকহনবা ঙমই।

গবর্ণর অমগী **থাগী তলব** লুপা ৫,৫০০ নি, মসিগী মথক্তা ওফিসকী লৈফম লেমনা, অমসুং অতৈ এলাৱেন্স কয়ামরুম ফংই। গবর্ণর অমনা থবক তৌরিঙৈ মতমগী মনুংদা মাগী তলব অমসুং এলাৱেন্সনচিংবা হন্থহনবা য়াদে।

**গবর্ণরগী শক্তি :—** ষ্টেট অমগী তৌরিবা থবক ইনথাং পূন্নমক গবর্ণরগী মমিংদা তৌগনি। গবর্ণরনা ষ্টেটকী মুখ্য মন্ত্রী খল্লি। অতৈ মন্ত্রীশিংস্ু মুখ্য মন্ত্রীগা তানরগা মানা খল্লি। এডভোকেট জেনেরেল হায়বদি ষ্টেট অমগী আইনগী থবক য়েংশিন্নবগী খ্বাইদগী চাওবা মী অদু মানা খল্লি অমসুং লৌথোকপা ঙম্মী। হায় কোর্টকী জজনচিংবা খনবদস্ু প্রেসিদেণ্টনা মাগা তানৈ। প্রেসিদেণ্টকী মতৌগুমনা ষ্টেটকী আইন সভাদস্ু মানা মী খরা খন্দুনা হাপ্পা

ঙম্মী। মন্ত্রীশিংনা তৌরিবা অমসুং তৌগদবা থবক্তচিংবা পূর্ণমক গবর্ণরদা হেক হেক খণ্ডহনগনি।

আইন শেম্বগী মতাঙদসু মহাক্কী শক্তি য়ামনা লৈ। ষ্টেটকী আইন সভাশিংনা পাস তৌরবা রাফম অদু মহাক্কী সহি য়াওদ্রবদি চৎনবা য়াবা আইন ওইদে। আইন সভাশিংনা য়ারনবদুনা থারকপা রাফম অদু মহাকনা অপাম্বা মওং তাক্তুনা অমুক হন্না খন্নবগীদমক থারকপসু ঙম্মী। অদুবু মহাক্কী অপাম্বদু য়াওনবু ওইরবসু য়াওদনবু ওইরবসু আইন সভাদুনা নত্রগা সভাশিংদুনা অমুক হন্না পাস তৌরক্লবদি মানা য়াদবা ঙমদে। হায কোর্টকী জজগী ফিভমনচিংবা শোকপা আইন্নচিংবগী মতাংদদি গবর্ণরনা য়াথোকপা ঙমদে। মানা মসিগুম্বা রাফমশিং অদু ভারতকী প্রেসিদেন্টতা খন্নবগীদমক থাগদবনি।

চহি খুদিংগী অহৌবা সেসন্দা অমদি জেনেরেল ইলেক্সন মতুংগী অহানবা সেসন্দা গবর্ণরনা ষ্টেটকী আইন সভা নত্রগা সভাশিংদা স্পীচ পী (রা ভাংই)। গবর্ণরনা মতম মতমগী মতুং ইন্না আইন সভা নত্রগা সভাশিং অদু সেসন ফমনবা কৌগদবনি। অদুবু সেসন অমা ফমখ্রবা মতুংদা থা ৬ কী মন্নুংদা অতোপ্পা সেসন অমা ফম্নবা কৌদবদি য়াদে। মহাক্না সভাগী নত্রগা সভাশিংগী মিটিং লেপহনবা অমসুং য়ৈথোকপা ঙম্মী। অদুগা লেজিসলেটিভ এসেমব্লী (প্রজানা ইলেকনন্দা খল্লকপা মীশিংগী সভা) বুস্থ মানা থুগায়বা ঙম্মী।

বিচারগী মতাংদসু প্রেসিদেন্টকী মতৌগুম্বা মাগী শক্তি লৈ। মরাল লৈরবশিংবু ঙাকপিবা, দণ্ড হস্থহনবা অসিনচিংবা ঙম্মী।

মীরৈবাক্কী লান্দারকপদগী ওইরবসু নত্রগা মমুংদগী ওইরবস্র ষ্টেট অদুদা কাং-খোং চাইদুনা সম্বিধানগী মতুংইন্না থবক তৌবা ঙম্মক্তবা মতমদা মানা প্রেসিদেণ্টতা খঙহনগদবনি। করি করিগুম্বা বিষয় অমসুং মতাং খরদদি মন্ত্রী সভাগী মরা তাদনা গবর্ণরনা থবক তৌবা ঙম্মী।

---

# মন্ত্রী সভা

কেন্দ্র সরকারদা তৌবগুম্না ষ্টেটশিংদসু চীফ মিনিষ্টর নত্রগা মুখ্য মন্ত্রীনা লুচিংদুনা মন্ত্রী সভা অমমম লৈ। বিধান সভাদা কারক্লিবা খাইদগী মশীং যাম্বা পার্টিগী লুচিংবদুবু গবর্ণরনা মুখ্য মন্ত্রী ওইনা খল্লি। অতৈ মন্ত্রীশিং অদুনা মুখ্য মন্ত্রীগা তানরগা গবর্ণরনা খল্লি। প্রধান মন্ত্রীনা লুচিংবা কেবিনেট মন্ত্রীশিংনা কেন্দ্র সরকারগী থবক পাঙথোকপা অদুগুম্না মুখ্য মন্ত্রীনা লুচিংবা মন্ত্রী সভা অসিনা ষ্টেটকী থবক ইনথাং পূম্নমক গবর্ণরগী মমিংদা পাঙথোকই। কেন্দ্র সরকারদা তৌবগুম্না মন্ত্রীশিং অসি পূন্না দাবী পুমিন্নৈ, বিধান সভাগী মখা পোল্লি, সভাদা মেম্বরশিংনা হংঙকপা ৱাহংশিংগী পাউখুম পী অমসুং ষ্টেটকী পোলিসিনচিংবা পূম্বা মখোয়না শেম্মী। শম্না হায়রবদা কেন্দ্রগী মন্ত্রীশিংনা পুরিবা অমসুং পাঙথোক্লিবা মওং অদুগা ষ্টেট ষ্টেটকী মন্ত্রীশিংনা পুরিবা অমসুং পাঙথোক্লিবা অসিগা মওং চপ মান্নৈ। অমনা ভারত অপূম্বগী পুবনি অমনা ষ্টেটকীদা পুবনি।

---

# এডভোকেট জেনেরেল

কেন্দ্র সরকারগী আইনগী থবক য়েংশিন্নবগী এটোরনী জেনেরেল লৈবগুম্না ষ্টেটকী আইনগী থবক য়েংশিন্নবা অমসুং তাননবা ষ্টেটশিংদা এডভোকেট জেনেরেল অমমম লৈ। গবর্ণরনা মাবু হাপ্পি। হায় কোর্টকী জজ অমা ওইবদা মতিকচাবা মীনা এডভোকেট জেনেরেল ওইগদবনি। গবর্ণরনা মাবু লৌথোকপা ঙম্মী। ষ্টেটকী আইনগী অমসুং আইনগা মরী লৈনবা থবক পূম্নমক মানা য়েংশিল্লি অমসুং মাগা তানৈ। ষ্টেটকী আইন সভাদা খন্ন-খোৎনবনচিংবদা মহাক য়াওবা য়াই। তৌইগুম্বসুং ভোৎ পীবগী অধিকারদি লৈতে।

( হায়কোর্টকী জজ অমা ওইনবগী গুন :— মহাক ভারতকী প্রজা অমা ওইগদবনি। মহাক আইনগী ( লোগী ) ওফিস অমদা তারবদা চহি ১০ থবক তৌরক্লবা নত্রগা তারবদা চহি ১০ উকীলগী থবক তৌরক্লবা মী অমা ওইগদবনি। )

————

# ষ্টেটশিংগী আইন সভা

ষ্টেট খুদিংমক্কী আইন শেমনবা আইন সভা লৈ। ষ্টেট খরদনা আইন সভা অমমমতা মরৈ অদুগা ষ্টেট খরগীনা কেন্দ্রদা তৌবগুমনা আইন সভা অনি অনি লৈ। ইলেক্সনদা প্রজানা খল্লকপা মীহুৎশিংনা শেম্বা আইন সভা অহুবু লেজিসলেটিভ এসেমব্লী ( বিধান সভা) কৌই। কেন্দ্রগী রাজ্য সভাগা মান্নবা শেম্বা হায়বদি ইলেক্সন্দা

খল্লকপা অমসুং ইলেক্সন্দা খল্লকপা নত্তবা হাপচিনবা মীওইনা পূল্লগা শাবা সভা অদুবু লেজিসলেটিভ কাউন্সিল কৌই। সভা অমখক্তা লৈবা ষ্টেটকীদি লেজিসলেটিভ কাউন্সিল ( বিধান পরিষদ ) লৈতে লেজিসলেটিভ এসেমব্লীদমক মরি।

ষ্টেট অমগী লেজিসলেটিভ কাউন্সিল লৈরম্বদগী মুথৎপা অমসুং লৈরমদবদগী লৈহনবসি ষ্টেট অদুগী লেজিসলেটিভ এসেমব্লীনা রারেপ তারগা, অমসুং তারক্লিবা রারেপ অদু পার্লিয়ামেণ্টনসু অমুক য়াদুনা রারেপ তারগা শেমদোক শেমজিন তৌবা য়াই। অন্ধ্র প্রদেশ, বিহার, মহারাষ্ট্র, মধ্য প্রদেশ, মদ্রাজ, মহিশুর, পঞ্জাব, উত্তর প্রদেশ, নোংচুপ বেঙ্গোল, জামু অমসুং কাশ্মীর, ষ্টেটশিং অসিগী সভা অনি অনি লৈ।

**লেজিসলেটিভ কাউন্সিল:** সন্বিধানগী মতুং ইন্না (আর্টিকল ১৭১) কাউন্সিলগী মেম্বর মশীং অসি এসেমব্লীগী মেম্বরগী ১/৪ দগী হেনবা য়াদে অদুগা ৪০ দগী দি তাবা য়াদে। কাউন্সিলগী মশীংনা এসেমব্লীগী ১/৩ দগী হেনবা য়াদে হাযদুনা কক্লিবা অসি আইন শেম্ব-নচিংবদা কাউন্সিলনা মপাঙ্গল হেনখিদনবনি। মসিগী মশীংনচিংবসি পার্লিয়ামেণ্টনা শেমদোক শেমজিন তৌবা ঙম্মী। কাউন্সিলগী মেম্বরশিং অসি মীখন্দা খল্লকপা অমসুং হাপচিনবা অনিনা পূল্লগা ওই। অপূনবা মীশীংগী ১/৩ দি খল্লি অদুগা ১/৩ না গবর্ণরনা খল্লি। মীশীংগী ১/৩ ম্যুনিসিপালিটি অমসুং দিষ্ট্রিক্ট বোর্ড অসিনচিংবনা খল্লি। ১/১২ না ষ্টেট অদুদা লৈবা চহি ৩ শুরবা বি, এ শিংনা খল্লি। ১/১২ না সেকেণ্ডরী স্কুলদগী তাদবা স্কুলশিংদা লাইরিক তম্বীবা চহি ৩ শুরবা

মীওইশিংনা খল্লি। ই না এসেমব্লীগী মেম্বরশিংনা এসেমব্লীগী রাংমদগী খল্লি। রাৎহৌরিবশিং অদুনা গবর্ণরনা সাইন্সতা, সাহিত্যদা অমদি সোসিয়েল সার্ভিসনচিংবদা য়াম্না মচীন তোঙবশিংগী মরক্তগী খন্দুনা হাপ্পি।

লেজিসলেটিভ কাউন্সিলগী মেম্বরশিংনা মখোইগী মরক্তগী **চিয়ারমেন** অমা অমসুং **ডিপুটি চিয়ারমেন** অমা খল্লি। মখোয় অনি অসিনা কাউন্সিলগী মিটিংনচিংবদা সভাপতি ওই অমসুং কাউন্সিলগী নিংথিনা থবক চথবা য়ানবগী হিরমশিং মখোয়না য়েংশিল্লি। মেম্বরশিংনা মখোয়বু লৌথোকপা ঙম্মী।

**লেজিসলেটিভ এসেমব্লীঃ—** এসেমব্লীগী মেম্বরশিংসি প্রজানা ইলেক্সন্দা খল্লি। এসেমব্লীগী মেম্বর মশীংসি ৬০ দগী তাবা নত্ত্রগা ৫০০ দগী হেনবা য়াদে। ষ্টেট অমগী লমশিং অদু টেরিটোরিয়েল কনষ্টিটুএনসী হাযদুনা ইলেকসনগী খুদোং চাননবগী লম মচেৎ মচেৎ কয়ামরুম থোক্লা থায়দোকই। মীশীং কয়াগী মহুৎশিনবা কয়া লৌগদগে হায়বদু য়ারিবমখৈ মান্নহল্লি। মীশীং অমসুং সীট মশীংনচিংবসি মীকোক থীবা ( খানাশুমারী ) লোইখিবা খুদিংগী শেমদোক শেমজীন তৌই। মশাগী চহি ২১ শুরবা মীশিংনা এসেমব্লীগী মেম্বরশিং খল্লি।

আইন সভাগী মেম্বরসি ভারতকী নাগরিক হায়বদি প্রজাতনা ওইবা য়াই। এসেমব্লীগী মেম্বরনা মশাগী চহি ২৫ শুরবা মীনা ওইগদবনি অদুগা বিধান পরিষদকীনা মশাগী চহি ৩৫ শুগদবনি। মীশক অমতনা পূম্না সভা অনিমক্কী মেম্বর ওইবা য়াদে নত্ত্রগা ষ্টেটকীগা পার্লিয়ামেণ্টকীগা পূম্না ওইমিন্নবা য়াদে, অমা থাদোকদবনি। ষ্টেটকী নত্ত্রগা কেন্দ্রগী তলব চাবা থবক্কচিংবা তৌবা য়াদে।

**সভাগী মপুন্সি** চহি ৫ নি। অদুগা কাউন্সীলগীনা **মীশীং ৬ চহি** অনি থুদিংগী তোকই। ইমরজেন্সীনচিংবা মতমদদি **সভাগী মপুন্সি** শাংদোকহনবা ঙম্মী। গবর্ণরনা মতম শুদ্রিবৈদো **সভা অসি থুগায়বা** ঙম্মী।

বিধান সভাগী মেম্বরশিংনা মখোয়গী মরক্তগী **স্পীকর অমা অমসুং ডিপুটি স্পীকর** অমা খল্লি। সভা অসিগী মিটিংনচিংব্দা স্পীকরনা সভাপতি ওই। সভা অসিগী থবক নিংথিনা চথবা য়ানবা **অমসুং** সভাগী মওং চুম্না থবক চথহন্নবগী থবক পূম্নমক মানা য়েংশিল্লি। মহাক লৈতবা মতমদা ডিপুটি স্পীকরনা **সভাগী সভাপতি ওই**। মখোয় অনি মশানা পাল্লবদি থবক তোকপা য়াই। **সভাগী মেম্বরশিংনসু** ৱারেপ তারগা মখোয়বু লৌথোকপা ঙম্মী। **মখোয়** লৌথোকপগী মিটিংদদি মখোয়না সভাপতি ওইবা য়াদে।

**আইন শেম্বা**ঃ— লেজিসলেটিভ কাউন্সিল অমসুং এসেমব্লীগী **মরু** ওইবা মগৌদি লৈবাক ঙাকপগী নিয়মশিং হায়বদি আইন **শেম্বনি**। **ষ্টেটকী** আইন **সভাশিং** অসিনা ষ্টেটকী বিষয় **অমসুং** কেন্দ্র **অমসুং ষ্টেটকী** অপূনবা বিষয়দা য়াওরিবা হিরমশিং অদুদা আইন **শেম্মী**। **শেল-থুমগী** নত্তবা অতৈ হিরম থুদিংমক্কী আইন শেম্নবগী **ৱাফম** এসেমব্লীদগী নত্রগা কাউন্সিলদগী **পুখৎলকপা** য়াই। **সভা অনিমক্না** পাস তৌরবা ৱাফম অদু গবর্ণরদা থাই। এসেমব্লীনা **কাউন্সিলদগী মপাঙ্গল কনবা** হেল্লি। এসেমব্লীনা করিগুম্বা ৱাফম অমা পাস তৌরগা কাউন্সিলদা থাই। কাউন্সিলনা মদু থা ৩ দগী হেন্না কুইথনা **নমশিন্দুনা থম্বা** ঙমদে। মতম অসিগী মনুংদা কাউন্সিলনা ৱাফম অদু য়ারবদি

সভা অনিমক্তা পাস তৌরে হায়না লৌরগনি। কাউন্সিলনা য়ানিংদ্রবদি মখোয়গী অপাম্বা অদু উত্তুনা এসেমব্লীদা অমুক হন্না খন্নবা থারক্কনি। এসেমব্লীনা মখোয়গী অপাম্বদু য়াওনবু ওইরবস্তু য়াওদনবু ওইরবস্তু অমুক পাস তৌরগা থারক্কনি। অকোনবগীসিদদি এসেমব্লীনা তারকপা ব্রারেপ অদু কাউন্সিলনা য়াদবা ঙমদে। অকোনবগীসিদদি কাউন্সিলনা থা অমদগী হেন্না নমশিন্দুনা থম্বা ঙমদে। থা অমা ফাওবা কাউন্সিলনা ব্রাফম অদু থারক্তুবদি এসেমব্লীনা পাস তৌখিব্রা মওং অদুদা সভা অনিমক্তা পাস তৌরবনি হায়না লৌদুনা গবর্ণরদা সহিগীদমক থাগনি।

সভা অনিমক্তা পাস তৌরদুনা থারকপা ব্রাফম অদু গবর্ণরনা য়ারদুনা সহি তৌরবা মতমদা চৎনবা য়ারবা আইন ওই। ব্রাফম অদু গবর্ণরনা য়ানিংদ্রবদি মাগী অপাম্বা ফোংদোক্তুনা অমুক হন্না খন্নবা থারকই। গবর্ণরগী অপাম্বা অদু য়াওনবু ওইরবস্তু য়াওদনবু ওইরবস্তু এসেমব্লী অমসুং কাউন্সিলনা অমুক হন্না য়ানরদুনা থারকপা মতমদদি গবর্ণরনা য়াদবা ঙমদে।

এসেমব্লীনা নত্রগা এসেমব্লী অমসুং কাউন্সিলনা য়ানরদুনা থারকপা ব্রাফম অদুনা হায়কোর্টকী শক্তিদা শোক্লবা, মথক্তা পনখ্রবা প্রজা অমগী ফংফম থোক্লবা অধিকার অদুদা শোক্লবা, ষ্টেটশিংগী মরক্তা লৈবা তুরেলনচিংবা শোক্লবা নত্রগা কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটকী অপূনবা বিষয়গী মরমদা পার্লিয়ামেন্টনা হাম্না পাস তৌখ্রবা আইন থুগাইরবা অসিনচিংবা ওইরবদি গবর্ণরনা য়াথোকপা ঙমদে। মদু মানা প্রেসিদেন্টতা য়াবিরক্লবা থাগদবনি। প্রেসিদেন্টনা য়াবস্তু য়াই নত্রগা

মাগী অপাম্বা ফোংদোক্তুনা অমুক খন্নবগী থারকপসু য়াই। প্রেসিদেন্টতা থারুরবা ৱাফম অদু মানা য়াদ্রিবমখৈ আইন ওইবা য়াদে।

**শেল-থুমগী ৱাফম :—** মতাং অসিসু কেন্দ্রগীগা অম্ফানি। অনৌবা খাজনা লৌবা, হান্না লৈরম্বা খাজনা কোকপা অমসুং ওন্থোক ওনশিন তৌবা, কনসোলিদেটেড ফণ্ডগী মতাং, ষ্টেটনা শেল পূথোক পূসিল তৌবগী থবক অসিনচিংবা ৱাফম য়াওবা অদুবু শেল-থুমগী বিল কৌই।

পৈশাগী থবক য়াওই হায়দুনসু করিগুম্বা মরম অমগীদমক ফাইন তৌবা, লাইসেন্সনচিংবগী পৈশা লৌবা অসিনচিংবা অসিদি শেল-থুমগী ৱাফম্নি হায়না লৌরোই।

মথক্তা হায়রিবা শেল-থুমগী ৱাফম অসিদি এসেম্ব্লীদগীতা পুখৎকদবনি, কাউন্সিলদগী পুখৎলকপা য়াদে। এসেম্ব্লীনা পাস তৌরগা থাগৎলকপদা কাউন্সিলনা নুমিৎ ১৪ নিদগী হেন্না চোন্থনা নমশিন্দুনা থম্বা ঙমদে। কাউন্সিলনা পাম্বা ৱাফম অদু এসেম্ব্লীনা য়াবসু য়াই য়াদবসু য়াই। নুমিৎ ১৪দগী হেন্থনা থম্লবসু নুমিৎ হেক হেনখিবগা এসেম্ব্লীনা পাস তৌখিবা মওং অদু সভা অনিমক্না পাস তৌরবনি হায়না লৌগনি অমসুং গবর্ণরদা সহিগীদমক থাগদবনি।

লৈবাক অসিদা ইমরজেন্সী লাওথোক্লবা মতমদদি ষ্টেটশিংগী আইন সভাগী মথৌ অসি ককথৎতুনা মখোয়গী থবক অসি পার্লিয়ামেন্টনা লৌশিনবা ঙম্মী।

---

# জামু অমস্তুং কাশ্মীর

জামু অমস্তুং কাশ্মীর অসিস্ত ভারতকী ষ্টেট অমনি। ভারতকী ষ্টেট পূম্নমক্কী লৈবাক ঙাকপগী মওং অমস্তুং কেন্দ্রগা মরী লৈনবগী মওং অসি সম্বিধান্দা চপ মান্ননা পী। জামু অমস্তুং কাশ্মীরগীদি অতৈ ষ্টেট পূম্নমক্কগী মওং তোঙান্না লৈ। খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১৫ দা ভারতনা স্বরাজ ফংবা মতমদা জামু অমস্তুং কাশ্মীরস্তু মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইরক্লম্মী। লৈবাক অসি মীশীংনা পাঙলনা য়াম্বা অদুগা লৈবাক ঙাকপনা হিন্দুনা ওইবা লৈবাক ওইরম্মী। ওক্টোবর তাং ২৬ (১৯৪৭) তা পাকিস্তান্না মতেং পাংদুনা আজাদ কাশ্মীর লাম্মীনা লান্দারক্লবদা লৈবাক ঙাক্লিবা নিংথৌ অদুনা ভারত্তা তিনশিনখি অমস্তুং লান্দারক্লিবা কাঙবুশিংদু ভারতকী মতেং লৌদুনা তাম্থোক্লবা হোৎনখি। জামু অমস্তুং কাশ্মীরনা ভারত্তা য়াওরকপা মতমদা ভারত সরকারগা য়ানখিবগী মতুং ইন্না লৈবাক অসিগী সম্বিধান অমস্তুং ভারত সরকারগা লৈনগদবা মরীনচিংবসি লৈবাক অসিগী প্রজানা সম্বিধান শেম্নবা সভা অমা খল্লগা লেপ্নবা তারমই। মাফম অসিগী মতুং ইন্না ষ্টেট অসিগী প্রজাশিংনা খৃঃ ১৯৫১ দা সম্বিধান শেম্নবা সভা অমা খনখি। সভা অসিনা খৃঃ ১৯৫৪ দা, লৈবাকসিগী নিংথৌনা ভারত্তা পূল্লম্বসি য়ারে হায়না লাওথোকখি। ভারত সরকারগা হান্না য়ার্নখিবা মাফম্মচিংবদু মুন্না খন্দুনা লৈনমগা সভা অসিনা জামু অমস্তুং কাশ্মীরগী হৌজিক চৎনরিবা সম্বিধান অসি শেমখি। সম্বিধান অসি শেম্বা লোইখিবনা খৃঃ ১৯৫৭ কী নবেম্বর

তাং ১৭ তনি অচুগা চৎনবা হৌরকপগী নুমিৎনা খুঃ ১৯৫৭ কী জানুৱারী তাং ১৬ তগীনি হায়না লৌই।

জামু অমসুং কাশ্মীরগী সম্বিধান্না লৈবাক অসি ভারতকী লম মচেৎ অমনি হায়না ফোংদোকই। ষ্টেট অসিগী লম অসি খুঃ ১৯৪৭ কী আগস্ট তাং ১৫ দা ওইরম্বা জামু অমসুং কাশ্মীরগী লম অদুনি ( হায়রিবা লম অসিদা হৌজিকমক পাকিস্তান্না লৌশিল্লিবা লম অসিসু য়াওরি )।

**সদর-ই-রিয়াসটঃ—** ষ্টেট অতৈগীদি গবর্ণরনা লৈবাক ঙাকপগী মকোক ওই। জামু অমসুং কাশ্মীরগীদি লৈবাক ঙাকপগী মকোকসি সদর-ই-রিয়াসটনা ওই। মহাকসি আইন সভাগী মেম্বরশিংনা চহি ৫/৫ গীদমক খল্লি। ষ্টেটকী থবক পাঙথোকপগী শক্তি পুম্বা মহোন্দা লৈ। ভারত প্রেসিদেণ্টনা মাবু লৌথোকপা ঙম্মী।

**মন্ত্রী সভা :—** মুখ্য মন্ত্রীনা লুচিংবা মন্ত্রী সভা অমনা ষ্টেট অসিগী লৈবাক ঙাকপনচিংবগী থবক পূম্নমক পুই। মন্ত্রী সভা অসি আইন সভাগী মখা পোল্লি।

**আইন সভাঃ—** লৈবাক অসিগী আইন সভাসি সদর-ই-রিয়াসট, বিধান পরিষদ ( লেজিসলেটিভ কাউন্সিল ) অমসুং বিধান সভানা ( লেজিসলেটিভ এসেমব্লী ) শাই।

**বিধান সভা :—** সভা অসিদা প্রজানা খনবা মী১০০ লৈগনি। পাকিস্তান্না লৌশিনবা লমগী সীট ২৫ নি। অদুনা হৌজিক সভা অসিদা মেম্বর ৭৫ তমক লৈ।

**বিধান পরিষদ :—** সভা অসিদা মেম্বর ৩৬ লৈ। বিধান সভাগী মেম্বরশিংনা কাশ্মীরদগী ১১ খল্লি অচুগা জামুদগী ১১ অমা

খল্লি। স্কুল অমসুং ম্যুনিসিপালিটিনচিংবনা মেম্বর ৬; পঞ্চায়েটনা মেম্বর ২ অদুগা সদর-ই-রিয়াসট না মেম্বর ৬ হাপ্লি।

**হায় কোর্ট:—** ষ্টেট অসিগী হায় কোর্ট অমা লৈ। চীফ জস্টীস অদু প্রেসিদেন্টনা সদর-ই-রিয়াসট অমসুং সুপ্রীম কোর্টকী চীফ জস্টীসকা তানরগা খল্লি।

ষ্টেট অসিগী সরকারগী লোল উর্দু নি। ষ্টেট অসিদা থবক তৌরিবা সরকারগী চাকরি পূম্নমক সদর-ই-রিয়াসটকী মখা পোল্লি।

**পার্লিয়ামেণ্টকা জামু অমসুং কাশ্মীরগা লৈনবা মরী:—** ভারতকী ষ্টেট অতৈগা পার্লিয়ামেণ্টকা লৈনরিবা মরী অসিগা জামু অমসুং কাশ্মীরগা লৈনরিবা মরী অসিগা খেন্নে। কেন্দ্রগী বিষয়দা হায়রিবা হিরমশিং অদুতদা পার্লিয়ামেণ্টনা আইন শেম্বা ঙমই। কেন্দ্রগী বিষযদগীসু খুৎশা হৈবগী থবক অমসুং খনিগী (mineral)থবক চাওখৎহনবা, মীকোকথীবা অসিনচিংবা হিরম খরদদি কেন্দ্রনা খুৎ থিংজিন্দে। কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটকী অপূনবা বিষয় অমসুং লেমহৌরিবা বিষয়শিং অদু জামু অমসুং কাশ্মীরগী মতাংদদি ষ্টেটকী মথৌনি। কেন্দ্রনা খুৎ থিংজিন্দে। ষ্টেট অসিগী মমিং হোংদোক হোংজিন তৌবা, লম ওস্থোক ওনশিন তৌবা অসিনচিংবগী মতাংদদি ষ্টেট অসিগী আইন সভানা য়াদ্রবদি কেন্দ্র সরকারনা আইন শেম্বা ঙমদে। ষ্টেট অসিগী সম্বিধান অমসুং হায় কোর্টনচিংবগী মতাংদসু কেন্দ্র সরকারনা খুৎ থিংজিন্দে।

পার্লিয়ামেণ্টতা লাকপা মীহুৎসু অতৈ ষ্টেটশিংদদি প্রজানা খল্লি। অদুগা ষ্টেট অসিগীদি ষ্টেটকী আইন সভানা হায়বা মতুং ইন্না প্রেসিদেণ্টনা খল্লি।

ষ্টেট অসিদা অতৈ ষ্টেটশিংদগী হেন্না খুদোংচাবা পীব্বিবসি ষ্টেট অসিগী সম্বিধান চংনবা হৌখিবা ( খৃঃ ১৯৫৪ ) মতমদগী চহি ১৫ ফাওবতনি। খরা খরা অস্নুম শেমদোরক্কুনা হৌজিক্তি শেল-থুমগী মতাং অমসুং সুপ্রীম কোর্টকী শক্তিনচিংবসি অতৈ ষ্টেটশিংগা লৈনম্বিবা মরী অদুগুম্না ষ্টেট অসিগসু লৈনরে। ইমরজেন্সীগী মতম নত্রগা সম্বিধানগী মতুং ইন্না লৈবাক ঙাকপা ঙম্মক্ত্রবা মতমদা ষ্টেট অমগী শাসন প্রেসিদেণ্টনা পায়শিনবা ঙম্বগী শক্তি অদু হৌজিক্তি ষ্টেট অসিগী মতাংদসু প্রেসিদেণ্টতা লৈরে।

---

# নাগালেণ্ড

নাগালেণ্ড অসি য়াম্না পীকপা ষ্টেট অমনি। মসি খৃঃ ১৯৬২ গী ডিসেম্বর থাদা ষ্টেট অমা ওইনা শেমখিবনি। ষ্টেট অসিগী পাক চাওবা বর্গ কিলোমিটর ১৬,৪৮৮ নি অদুগা খৃঃ ১৯৬১ গী মীকোক থীখিবগী মতুং ইন্না ষ্টেট অসিগী মীশীং ৩,৬৯,২০০ নি।

জাম্মু অমসুং কাশ্মীরগী মতৌগুম্না হিরম খরদা ভারতকী ষ্টেট অতৈদগী হেন্না খুদোংচাবা ফংই। নাগাশিংগী ধর্ম্মগী, মখোয়গী সমাজগী চংনরোল, মখোয়গী হান্নদগী চংনজরকপা আইন (চংনবী), মখোয়গী লম অমসুং লমশিং অদুদগী থোকপা পোৎচৈশিং য়োম্লোক য়োম্সিন্নচিংবগী মতাংদা ষ্টেট অসিগী আইন সভানা য়াদ্রবদি কেন্দ্রগী আইন চংনবা য়াদে। ষ্টেট অসিগী মনুংদা শান্তি লৈত্রিমখৈদ

(হোষ্টাইলগী থবক লেপত্রিমখৈ), ষ্টেট অসিগী মন্নুংদা শান্তি থম্লনবগী থবক্কচিংবদা গবর্ণরগী, অতৈদগী হেন্দোক থোইদোকপা শক্তিনচিংবা লৈ।



# ইউনিয়ন টেরিটোরী

হৌজিক লৈবাক অসিদা ইউনিযন টেরিটোরী হাযবদি কেন্দ্রনা শাসন তৌবা লম ১১ লৈ। হাযরিবা লমশিং অসিদি প্রেসিদেণ্টনা মাগী মহুৎশিনবা মী থাদুনা শাসন তৌই। প্রেসিদেণ্টনা করিগুম্বা টেরিটোরী অমগী নক্লবা স্টেটকী গবর্ণরবু মাগী মহুৎশিনবা ওইনা খন্দুনা লৈবাক ঙাকহনবসু ঙম্মী।

খৃঃ ১৯৬২ দা পালিয়ামেন্টনা পাস তৌখিবা 'গবর্ণমেণ্ট ওফ ইউনিয়ন টেরিটোরীজ এক্ট' কী মতুং ইন্না টেরিটোরী অয়াম্বদা বিধান সভা অমমম লিংখৎখ্রে। বিধান সভাশিং অসিগী মপুন্সি চহি ৫ নি অমসুং মখোয়না স্টেট লিস্ট অমসুং কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটকী অপূনবা লিষ্টতা য়াওবা বিষয়শিং অদুগী মরমদা আইন শেম্বা ঙমই। টেরিটোরী খুদিংমক্তা প্রেসিদেণ্টনা হাপ্লকপা এডমিনিষ্ট্রেটর অমমম লৈ। বিধান সভানা তারকপা ৱারেপশিংদু এডমিনিষ্ট্রেটরদা পী। এডমিনিষ্ট্রেটরনা ৱারেপশিং অদু প্রেসিদেণ্টকা খন্নবগীদমক থম্মী।

টেরিটোরীশিং অসিদা মুখ্য মন্ত্রীনা লুচিংদুনা মন্ত্রী সভা অমময় লৈ। মন্ত্রীশিং অসি বিধান সভাগী মখা পোল্লি। মখোয়না বজেৎনচিংবা শেম শাই। করিগুম্বা হিরম অমগী মতাংদা এডমিনিষ্ট্রেটরগা মন্ত্রী সভাগা মত খেন্নরক্লবদি রাফম অদু প্রেসিদেণ্টকা ত্যনৈ।

বিধান সভা লৈজরবসু টেরিটোরীশিংদা লৈরিবা আইন সভাশিং অসি শেল থুমগী মতাংদা অমসুং আইন্নচিংবা শেম্বদা ষ্টেটকী বিধান সভাগী মতৌগুম্না মনিং মখা তমদে অমসুং মপাঙ্গল কন্দে। বিধান সভাশিং অসিদা পীরিবা শক্তিশিং অসি অকন্নবা খরতা পিবনি।

---

# মণিপুর

**মণিপুর ঃ—** ঐখোযনা লৈরিবা মণিপুর অসিসু ইউনিয়ন টেরিটোরী অমনি। লৈবাক অসিসু ভারতনা স্বরাজ ফংবা মতমদা মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইরক্লম্মী। মতম অদুদা লৈবাক অসি মৈতৈগী নিংথৌনা লৈবাক ঙাক্লম্মী। ভারত্তা নিংথৌ পানবা লৈবাক অতৈ পূন্সিন্নরকপা মতম অদুদা খৃঃ ১৯৪৯ গী ওক্টোবর তাং ১৫ দা লৈবাক অসি ইণ্ডিযান ইউনিযন্দা পূন্সিনখি।

মতম অসিদগী হৌদুনা লৈবাক অসি প্রেসিদেণ্টনা হাপ্পকপা চীফ কমিসনার অমনা লৈবাক ঙাক্লক্লি। অহানবদা মী ১৪ না

শাবা কমিটি অমনা চীফ কমিসনার অসিগী লৈবাক ডাকপদা ডাননবা ওইনা লৈরম্মী। মতুংদা মী ৫ না শাবা এডভাইজরি কাউনসিল হায়বা অমনা লৈবাক ডাকপদা চীফ কমিসনারগী মতেং পাংবা ওইনা লৈরম্মী। খৃঃ ১৯৫৬ তা পার্লিয়ামেণ্টনা পাস তৌখিবা টেরিটোরীয়েল কাউন্সিলগী এক্ট কী মতুং ইন্না মণিপুরদা খৃঃ ১৯৫৭ তগী হৌনা প্রজানা খন্বা মী ৩০ না শাবা টেরিটোরীয়েল কাউন্সিল হায়বা অমা লৈরম্মী। কাউন্সিল অসিনা অরায় অরায়বা বিষয় খরদা আইন শেমদুনা অমসুং চীফ কমিসনারগী মতেং পাংদুনা লৈবাক ডাক্লম্মী। খৃঃ ১৯৬২ গী ১৪ য়ক শুবা ওইনা সম্বিধান শেমদোখিবগী মতুং ইন্না হান্না লৈরম্বা টেরিটোরীয়েল কাউন্সিল অদু খৃঃ ১৯৬৩ গী জুলাই তাং ২২ দগী এসেমব্লী ওন্থোকখি। মতম অসিদগী হৌনা লৈবাক ডাকপা অমসুং শেল-থুম্নচিংবগী মতাংদা অকন্নবা শক্তি খরতমক লৈবা এসেমব্লী অসিগা চীফ কমিসনারগনা লৈবাক ডাক্লক্লি। হৌজিক শ্রীকোইরেং সিংহনা লুচিংবা মন্ত্রী সভা অমনা চীফ কমিসনারগী মতেং পাংদুনা লৈবাক ডাক্লি। জুডিসিয়েল কমিসনারনা হায় কোর্টকী মথৌ পুই।

---

# ভারতকী ৱায়েলশং

ঐখোয়গী হৌজিক ঙাক্লিবা লৈবাক মঙাক অসিদা কেন্দ্রগী অমসুং ষ্টেটকী হায়দুনা সরকার অনি লৈ অদুগা মখোয়গী মখোশিংসু য়েম্ভোক্লে হায়বা মথক্তা হায়খ্রে। মখোয়গী মখোশিংদু হেন্দোক হেল্লিন্নচিংবগী খৎনরকপা মতাংদা বিচার তৌননবগী ৱায়েলশং লৈতবা য়াদে। সম্বিধান্দা ঐখোয় প্রজাশিংগী অধিকার কয়ামরুমগু পীরি। অধিকারশিং অসি সম্বিধান্দা পী হায়দুনসু ঐখোয়না নিংথিনা ফংজবা ঙমদ্রবদি সম্বিধান্দা পীবগী অর্থ অমত্তা লৈতে। মরম অসিনা সম্বিধান্দা হায়খিবা ৱাফমশিং অদু থবক পুরিবা কাঙবুশিংনা থুগাইহন্দনবা, কেন্দ্রগা ষ্টেটকা নত্রগা ষ্টেট মশেল খৎনরকপদা বিচার তৌনবা অমদি ঐখোয়গী অধিকারশিং অদু নিংথিনা ফংহন্নবগীদমক থবক পুরিবা কাঙবুশিংগী মখা পোন্দবা ৱায়েলশং কয়ামরুম লৈ। ৱায়েলশংশিং অসি অপিক অপিকপা ৱাখোকী বিচার তৌনবা পঞ্চায়েটকী ৱায়েলশংদগী হৌদুনা দিষ্ট্রিক্ট খুদিংগী দিষ্ট্রিক্ট কোর্ট, ষ্টেট খুদিংগী হায় কোর্ট অমসুং ভারত পুম্বগী ওইনা সুপ্রাম কোর্ট লৈ। করিগুম্বা কোর্ট অমনা লান্না বিচার তৌদুনা ঐখোয়না অচুম্বা ফংঙক্ত্রবা মতমদা কেশসগী মওং মওংগী মতুং ইন্না খ্বাইদগী পিকপা কোর্টতগী মথং মথং সুপ্রীম কোর্ট কাওবা আপীল তৌবা য়ানবগী খুদোং চাবদুসু সম্বিধান্না ঐখোয়দা পী।

---

# সুপ্রীম কোর্ট

সুপ্রীম কোর্টনা ভারতকী খ্বাইদগী হেন্না চাওবা ব্বায়েলশংনি। ষ্টেট মশেল খংনরকপা, কেন্দ্রগা ষ্টেটকা নত্রগা ষ্টেটশিংগা খংনরকপনচিংবগী বিচার তৌই। লৈবাক ওাক্লিবশিংনবু ওইরবসু নত্রগা কনাগুম্বনবু ওইরবসু সম্বিধানগী নিয়ম থুগাইহন্দনবা ব্বায়েলশং অসিনা ভাক-শেল্লি। মথাগী ব্বায়েলশংশিংনা তৌবা বিচারদা পেন্দদুনা মথং মথং ব্বাকংলকপগী খ্বাইদগী চাওবা ব্বায়েলশংনি। সুপ্রীম কোর্টনা পীরকপা রায় অদুদি অরোইবনি। মদুদগী অমুক আপীল তৌকম লৈত্রে।

**করম্না শেম্মী :—** সুপ্রীম কোর্টসি খৃঃ ১৯৫০ গী জানুবারী তাং ২৬ তা সঙ্গাখি। হৌজিক মসি দিল্লীদা লৈ। পার্লিয়ামেন্টনা মসিগী মওং, লৈফম অমসুং মথৌনচিংবা শেমদোক শেমজীন তৌবা ঙম্মী। ব্বায়েলশং অসিদা চীফ জস্তীস হায়বদি মকোক থোংবা বিচারপতি অমা অমসুং অতৈ জজ ৭ তগী হেন্দনা লৈ। থবক য়াম্না লৈরক্লবা মতমদা জজ মশীং হেনগংহনবা ঙম্মী। চীফ জস্তীস অসি হায় কোর্টকী জজনচিংবগা তানরগা প্রেসিদেন্টনা হাপ্পি। অতৈ জজশিং অদুনা চীফ জস্তীসকা তানরগা প্রেসিদেন্টনা হাপ্পি।

**থবক তোকপা :—** কনাগুম্বা জজ অমনা থবক তোক্লিংলবদি প্রেসিদেন্টতা দরখাস্ট থারগা থবক তোকপা য়াই। য়াম্না চাওবা মরাল লৈরক্লবা নত্রগা মথৌ নিংথিনা তৌবা ঙম্মক্তবা মতমদা, পার্লিয়ামেন্টনা য়ারগা প্রেসিদেন্টনা মখোয়বু লৌথোকপা ঙমই।

জজ অমবু লৌথোক্কে হায়রবদি সভা খুদিংনা হায়রদি রাজ্য সভা অমসুং লোক সভানা মথোয়গী অয়াম্বা মেম্বরশিংনা য়ানরদুনা অদুগা জজ লৌথোক্লবগী রাফম অদু খন্নবা নুমিত্তা লাকপা মেম্বরশিংগী ২ না য়ারগা রারেপ তানদুনা প্রেসিদেন্টতা পীখৎলক্লবা মতমদতা প্রেসিদেন্টনা জজ অমবু লৌথোকপা ঙম্মী।

**জজ :—** ভারতকী প্রজা নত্তবা মীরৈবাকী মীনা সুপ্রীম কোর্টকী বিচারপতি ওইবা য়াদে। হায় কোর্ট অমগী, তারবদা চহি ৫ জজ ওইরক্লবা নত্রগা হায় কোর্ট অমদা নত্রগা অমদগী হেনবদা চহি ১০ উকীল ওইরক্লবা মীওইশিংবু সুপ্রীম কোর্টকী জজ ওইনা খনবা য়াই। চহি কয়া শুদ্রবদি জজ ওইবা য়াদবগে অমসুং চহি কয়া থবক তৌরগা থবক তোক্কদগে হায়বদু শেংনা তাক্তে। অমুক্তং সুপ্রীম কোর্টকী জজ ওইনা খনখ্রবদি মশাগী চহি ৬৫ শুদ্রিবা ফাওবা থবক তৌবা য়াই।

**জজগী তলব :—** সুপ্রীম কোর্টকী চীফ জস্তীস থাদা লুপা ৫০০০ ফংই অদুগা অতৈ জজশিংনা থাদা লুপা ৪০০০ ফংই। খনবা মতমদা কনাগুম্বা জজ অমনা হান্না থবক তৌরম্বগী পেন্সন্নচিংবা ফংলম্লবদি, সুপ্রীম কোর্টতা মানা ফংফম থোকপা তলব অদুদগী মাগী পেন্সন্নচিংবগী ফংলিবা পৈশা অদু ককথগদবনি। জজশিং অসিগী তলবনচিংবসি পার্লিয়ামেণ্টনা লেপ্পি অমসুং শেমদোক শেমজিন তৌবা ঙম্মী। অদুবু কনাগুম্বা জজ অমা মানা থবক তৌবা হোবা মতমদা ফংবা তলব অমসুং খুদোংচাবশিং অদু মানা থবক তোক্তিদ্রিবৈগী গম্মুংদা হন্থহনবদি য়াদে। প্রেসিদেন্টনা

'ফাইনেন্সিয়েল ইমরজেন্সী' হায়রবদি লৈবাক অসিগী শেল-থুমগী ফিভম ফত্রে হায়দুনা লাওথোক্লবা মতমদতা মখোয়গী তলবনচিংবা হন্থহনবা ঙম্মী। সুপ্রীম কোর্টকী জজ ওইরম্বা মী অমনা থবক তোক্লগা করিগুম্বা কোর্ট অমদা উকিলনচিংবগী থবক তৌবা য়াদে।

**মথৌ :**— সুপ্রীম কোর্ট অসি ভারত পুম্বগী খ্বাইদগী চাওবা রায়েলশংনি। কোর্ট অসিনা পীখিবা রায় অমসুং বিচারনচিংবগী মওংদু ইশিন্দুন্দা থমই। মসিগী রায় অমসুং রারেপশিং অদু ভারতকী কোর্ট অতৈদা লমজীং ওইনা শিজিন্নবা য়াই। সুপ্রীম কোর্টকী মথৌ অসি চাওরাক্লা মশাগী তৌফম থোকপা মথৌ, কোর্ট অতৈদগী রাকৎলকপশিং হায়রবদি আপিল তৌরকপশিং অদু বিচার তৌবগী মথৌ অমসুং পাওতাক পীবগী মথৌ হায়দুনা খায়দোকপা য়াই।

**মশাগী মথৌ :**— ষ্টেট অমগা নত্রগা ষ্টেট খরগা কেন্দ্রগা, নত্রগা ষ্টেটশিংগী মরক্তা সম্বিধান্না য়েন্থোক্লরিবা মখোয়গী মথৌশিং অদুদা হেন্দোক হোঞ্জল তৌবগী ৼৎনরক্লবদি মদু কোর্ট অতৈনা বিচার তোবা য়াদে। মসিগুম্বগী বিচার তৌবসি সুপ্রীম কোর্টকী মথৌনি। সম্বিধান অসি চংনবা হৌদ্রিঙৈদা হায়বদি খৃঃ ১৯৫০ গী জানুৱারী তাং ২৬ কী মমাংদা তৌনখিবা সন্ধি অমসুং য়ানখিবা রাফন্ধচিংবগী মতাংদি সুপ্রীম কোর্টকী মথৌগী মনুং চন্দে। সম্বিধান্না ঐখোয়দা পীরিবা অধিকারশিং অদু সুপ্রীম কোর্টনা ঐখোয়দা ফংহন্নবা হোৎনৈ। কোর্ট অসিনা ঐখোয়গী অধিকার ফংহন্নবগীদমক লৈবাক ঙাক্লিবন-চিংবদা য়াথং পীবা ঙম্মী, মথাগী রায়েলশংশিংদসু ঐখোয়গী অধিকার

ফংহন্নবগীদমক য়াথং পীবা ওম্মী। লৈবাক ভাক্লিবনচিংবনা লাল্লা কনাগুম্ববু ফাজিন্দুনা থম্লবা মতমদা সুপ্রীম কোর্টনা ফাল্লিবা মী অদু নমদুনা কোর্টতা পুথোকহন্নবগী য়াথং পী। সন্বিধান্দা পীরিবা প্রজাগী অধিকার অদু থুগাইদুনা স্টেটকী আইন সভানা নত্রগা পার্লিযামেন্টনা শেম্লকপা আইন অদু লাল্লি হায়দুনা সুপ্রীম কোর্টনা চৎনহন্দবা ওম্মী।

**রাকৎ মথৌ** ঃ— মথাগী রাযেলশংশিংনা হায়বদি হায কোর্ট ফাওবনা তৌবা বিচার অদুদা পেন্দ্রগা সুপ্রীম কোর্টতা রাকৎপা (আপীল তৌবা) যাই। তৌনরিবা কেস অদুনা সন্বিধানগী নিয়ম অকায় কাযদগী রাফম ওইরবা নত্রগা কেস তৌনরিবা পোৎতুগী মমল লুপা ২০,০০০ দগী ত'দবনি হাযনা হায় কোর্টনা হায়রবা অমসুং সুপ্রীম কোর্টতা আপীল তৌগে হাযবদু হায কোর্টনা য়ারবদি রাফম অদু হায কোর্টনা পীরক্লিবা রায অদুগী মথক্তা সুপ্রীম কোর্টতা অমুক হন্না রাকৎপা য়াই। করি করিগুম্বা মতাংদা হায় কোর্টকী রায় অদুগী মথক্তা আপীল তৌগে হায়রসি হায় কোর্টনা য়াদ্রবসু, রাকৎপা হাযবদি আপীল তৌনবগী য়াথং অদু সুপ্রীম কোর্টনা পী। হাৎনা শুনবগী মতাংদদি অয়াম্বা মতমদা হায় কোর্টকী রায়েপনা অরোইবা ওইনৈ। করিগুম্বা কোর্ট অমনা থাদোক্নবগী রায় পীরবা মা অমবু হায় কোর্টতা আপীল তৌবদা হায কোর্টনা শিবগী দণ্ড পীরবা নত্রগা মখাদা লৈবা কোর্ট অমদগী করিগুম্বা কেস অমা হায় কোর্টনা লৌথোক্লুনা বিচার তৌবদা শিবগী দণ্ড পীরবা, হায়রিবা মতাং অসিদা সুপ্রীম কোর্টতা আপীল তৌবা যাই। নত্রগা হাৎনা শুনবগী করিগুম্বা কেশ অমা লৈবাকী ওইনা মরু

ওই নত্রগা সম্বিধানগী নিয়ম শোকই অদুনা সুপ্রীম কোর্টতা খনবা দরকার ওই হায়না হায কোর্টনা যারবদি রাকম অদু সুপ্রীম কোর্টতা আপীল তৌবা যাই।

**পাওতাক পীবা :—** লৈবাকী ওইবা কয়িগুম্বা আইন অমা নত্রগা রাকম অমগী মতাংদা সুপ্রীম কোর্টকী পাওতাক লৌবা দরকার ওই হায়না খনবা মতমদা প্রেসিদেন্টনা সুপ্রীম কোর্টকী মত লৌই। মসিদা সুপ্রীম কোর্টনা পীরক্লিবা মত অদু কেশকী রায ওইনা লৌদে। পাওতাক পীরকপা ওইনা লৌই হাযবদি পীরক্লিবা মত অদু সোইদনা ইন্দবা যাদে হাযবা লৈতে।

**রায় পীবা :—** অকোংবা কোর্টতা নহুনা লোন্না থুপ্না সুপ্রাম কোর্টকী রায পীবা যাদে। কয়িগুম্বা রায অমা পীবদা সুপ্রীম কোর্টতা লৈরিবা জজশিংগী অযাম্বা জজগী মত লৌরগা পী।

# হায় কোর্ট

সম্বিধানগী আর্টিকল ২১৪ গী মতুং ইন্না ষ্টেট খুদিংমক্কী হায় কোর্ট অমমম লৈগনি। অদুবু পার্লিয়ামেন্টনা ষ্টেট অনিগী নত্রগা অহুমগী পূন্না হায় কোর্ট অমনা থবক পুহন্নবা নিয়ম শেম্বা ঙমই। হায় কোর্টনা ষ্টেট অমগী খ্বাইদগী চাওবা বায়েলশংনি। হায় কোর্টকী শক্তি অমসুং মগৌ অসি হায় কোর্ট অদুনা কোল্লিবা অকরুবা ষ্টেট নত্রগা ষ্টেটশিং অদুতগীনি।

হায় কোর্ট খুদিংগী চীফ জস্তীস হায়বদি মকোকথোংবা বিচার-পতি অমা অমসুং প্রেসিদেন্টনা মতম মতমগী মতুং ইন্না মশীং লেপ্পা জজ অতৈশিং লৈ। কোর্টকী থবক য়াম্না চিল্লকপা মতমদা প্রেসিদেন্টনা মতম খরগী ওইনা থবক পু-ন-বা জজ অতৈ হাপ্পা ঙমই। অসুম্না হাপ্লিবা জজ নত্রগা জজশিং অদু চহি ২ দগী হেনবদি য়াদে। হায কোর্টকী চীফ জস্তীসসি সুপ্রীম কোর্টকী চীফ জস্তিস অমসুং ষ্টেট অদুগী গবর্ণরগা তানরগা ভারতকী প্রেসিদেন্টনা হাপ্পি। মহাক্না থবক হৌদ্রিঙৈদা গবর্ণরগী মমাংদা বাশক লৌই।

হায় কোর্ট অমগী চীফ জস্তীস অসি থাদা লুপা ৪০০০ ফংই। অদুগা অতৈ জজশিংনা থাদা লুপা ৩৫০০ ফংই। থাগী ফংলিবা তলবশিং অসিগী মথক্তা মশাগী মথৌ পাঙথোক্লবগীদমক চংথোক চৎশিন্নচিংবা তৌবগী এলারেন্সনচিংবা অতৈসু ফংই।

কনাগুম্বা জজ অমনা থবক তৌরিবৈগী মনুংদা মাগী তলব অমসুং অতৈ খুদোংচাবশিং হন্থহনবা যাদে।

হায় কোর্টকী জজসি ভারতকী প্রজা নত্তবা মীরৈবাক মচানা ওইবা যাদে। হায কোর্টকী জজ ওইননবগীদমক মীশক অদু আইনগী ওফিস অমদা চহি ১০ থবক তৌরক্লবা নত্রগা হায়কোর্ট অমদা চহি ১০ উকীলগী থবক তৌরক্লবা, অসিনচিংবা মগুন চেনবা ওইবা তাই।

ভারত্তা লৈরিবা রায়েলশংশিং অসি লৈবাক ঙাক্লিবা কাণ্ডবুশিংগী মথা পোলহন্দনবা সম্বিধান্না চেকশিন্না হোৎনৈ। হায় কোর্টসু মনিং মথা তম্না লৈহন্নবগীদমক, কোর্ট অসিদা থবক তৌরিবা মীশিং খনবা অমসুং মখোযগী থবক ইনথাংনচিংবগী মওং লেপ্পসি চীফ জস্তীস অডুনা নত্রগা অতোপ্পা জজ অমনা তৌই। থবক তৌরিবৈ মনুংদা, ফাইনেনসিযেল ইমরজেন্সীগী মতমদতা নত্রবদি জজশিংগী তলবনচিংবা হন্থহনবা য়াদে। য়াম্না চাওবা মরাল লৈরক্লবা মতমদা পার্লিযামেন্টকী সভা অনিমকনা য়ারদুনা প্রেসিদেণ্টনা লৌথোকপা নত্তনা হায কোর্টকী জজ অমবু লৈবাক ঙাক্লিবা কাণ্ডবুনচিংবনা লৌথোকপা ঙমদে। অ-ুক্তং হাপথবদি হায কোর্টকী জজসি মশাগী চহি ৬২ শুদ্রিবা ফাওবা থবক তৌই। মখোয় মশানা থবক তোকচগে হায়রবদি তোকপা য়াই।

হায় কোর্ট অমগী জজনা থবক তোক্লগা সুপ্রীম কোর্টতা নত্রগা মানা থবক তৌরম্বা কোর্টতু নত্তবা অতৈ হায় কোর্টঙা উকিলনচিংবগী থবক তৌবা য়াই।

হায় কোর্টনা ষ্টেট অমগী নত্রগা মানা কোল্লিবা লম অদুগী খ্বাইদগী চাওবা ব্রায়েলশংনি। মানা কোল্লিবা লমশিং অদুদা লৈরিবা প্রজাশিংগী সম্বিধানদা পীরিবা অধিকারশিং অদু ফংহন্নবা হায় কোর্টনা হোৎনৈ। মখাদা লৈরিবা কোর্টশিংদা অমদি লৈবাক ভাক্লিবা কাওবুশিংদা প্রজাগী অধিকার মাংহন্দনবা মসিনা য়াথং পীবা ঙম্মী। মানা কোল্লিবা লমশিং অদুদা লৈরিবা ব্রায়েলশংশিংগী থবক্কী মওংনচিংবা য়েংথোক য়েংশিল তৌই। অদুবু করিগুম্বা আইন অমগী মখাপোন্না চলায়রিবা মিলিটরীগী কোর্টতদি হায় কোর্টনা খুৎ থিংজিনবা ঙমদে।

মখাদা লৈবা কোর্ট অমনা মাগী লম অমসুং শক্তিগী ব্রাংমদা থবক তৌরক্লবা, মখাগী কোর্ট অদুদা থোক্লিবা ব্রাফম অদুনা সম্বিধানগী নিয়ম শোক্লবা, মখাগী কোর্টনা অন্নানবা রায় পীরবা হায়রিবশিং অসিগী মতাংদা হায় কোর্টনা মখাগী কোর্টশিংগী মথক্তা থবক তৌই। সিভিল অমসুং রিভিনিয়ু কোর্ট অনিগী মরক্তা মথৌ হেন্দোক হেঞ্জিল তৌবগী খৎনরক্লবসু হায় কোর্টনা বিচার তৌই।

হায় কোর্টকী মখাদা জিলাশিংদা **দিষ্ট্রিক্ট কোর্ট** লৈ। দিষ্ট্রিক্ট কোর্টকী জজশিংসি ষ্টেট অদুগী গবর্ণরনা হায় কোর্টকা তানরগা হাপ্পি। দিষ্ট্রিক্ট কোর্টকী মখাদা সবোর্দিনেট জজ, মুন্সিফ অসিনচিংবা অপিক অপিকপা ব্রাথোকশিংগী বিচার তৌনবা ব্রায়েলশংশিং লৈ।

ন্যায় পঞ্চায়েট, পঞ্চায়তী অদালটনচিংবা খুল খুলগী ওইবা ব্রায়েলশংশিং অসিনা অপিক অপিকপা কেস মচা মচাগী বিচার

তৌই। মুন্সিক কোর্টনা লুপা ১০০০ দগী ৫০০০ ফাওবগী বিচার তৌই। মখোয় অসিদগী মথং মথং লাকপনা জিলা অমদা দিষ্ট্রিক্ট কোর্টনা লোইরে। মসিগী মথংদা হায কোর্টতা অদুদগী সুপ্রীম কোর্টতা মথং মথং আপিলনচিংবা লাকপা য়াই।

---

# সম্বিধান শেমদোকপা

ঐখোয়গী সম্বিধান অসি ইথোক্কুনা চেন্নবা য়ারোইদোবা মওংদা লৈ। অদুবু মতম মতমগী সমাজগী মওং হোংলকপা চাও-খৎলকপা অমসুং দরকার ওইরকপগী মতুং ইন্না প্রজানা পাম্বা মওংদা সম্বিধান অসি শেমদোক শেমজীন তৌবা য়াননবগী মওংসু সম্বিধান অসিদা য়াওরি। সম্বিধানগী আর্টিকল ৩৬৮ শুবদা সম্বিধান শেমদোক্লবগী মওং অদু তাক্লি। লোক সভাদগী নত্রগা রাজ্য সভাদগী সম্বিধান শেমদোক্লবগী রাফম অদু পুশিল্লকপা য়াই। রাফম অদু সভা অনিমক্কী অপূনবা মীশীংগী অয়াম্বনা য়ানরবা অমসুং মিটিং সুমিৎ অদুদা লাকপা মীশীংগী ২ না যানদুনা সভা অনিমক্কা রাষ্ট্রেপ তারক্লগা প্রেসিদেন্টনা যাদুনা সহি তৌরবদি সম্বিধান শেমদোকপা য়ারে। সুপ্রীম কোর্ট, হায় কোর্ট, কেন্দ্রগা ষ্টেটকা বিষয় য়েন্থোক্লবগী মতাং, সম্বিধান শেমদোকপগী মওং অসিনচিংবগী মতাং শেমদোক-পদদি রাজ্য সভা অমসুং লোক সভানা য়াররবসু ষ্টেটশিংগী আইন

সভানা য়াদ্রবদি শেমদোকপা য়াদে। ঐখোয়গী সম্বিধান অসি খৃঃ ১৯৫০ গী জানুৱারী তাং ২৬ তগী চৎনবা হৌরকপদগী মথাগীশিং অসি শেমদোকখ্রে ঃ—

১বা শেমদোকপাঃ — খৃঃ ১৯৫১ দা অহানবা ওইনা সম্বিধান শেমদোকখি। মসিদা লৈবাক্কা মী অমগা অমগা নুঙাইনদবা থোক্লনবা অমদি মীরৈবাক্কা নিংথিনা লৈনবা মরীনচিংবা কায়দনা থম্বা য়ানব-গীদমক প্রজাগী মনিং তৌনা ৱা ঙাংবগী অধিকার অদু থরা ককথখ্রে। ষ্টেটনা করিগুম্বা থবক অমা ময়ামগী ফননবগীদমক সরকারগী ওইনা লৌশিনবা ( Natio·ıalisation ) য়াননবা প্রজাগী মনিং তৌনা অপাম্বা লল্লোন ইতিক্লচিংবা তৌনবগী অধিকার অদু ককথখ্রে।

২ বা শেমদোকপাঃ— খৃঃ ১৯৫৩ গী মে থাদা। খৃঃ ১৯৫১গী মীকোক থীবা লোয়রবা মতুংদা লোক সভাদা লাক্কদবা মীহুৎ মশীং শেমদোকখি।

৩ বা ঃ— খৃঃ ১৯৫৪ গী ফেব্রুৱারী থাদা। কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটকী অপূনবা বিষয়দা চান থক্লবা পোৎশিং, লশিং, শা শলগী মচিঙ্গাক অমসুং লীমোন্নচিংবা হাপচিনখি।

৪ বা ঃ— খৃঃ ১৯৫৫ দা। মীয়ামগী স্বার্থদা ষ্টেটনা করিগুম্বা লম অমা প্রজাদগী লৌশিনবদা পীরিবা ক্ষতিপুরন অদু য়ামই য়ামদে হায়দুনা কোর্টতা ৱাকৎপা থিংখি।

৫ বা ঃ— খৃঃ ১৯৫৫ দিসেম্বর। করিগুম্বা ষ্টেট অমগী পাক-চাওবা, ওমথৈ অমসুং মমিং হোংদোক হোংজিন্নচিংবগী ৱাকম য়াওবা

বিল প্রেসিদেন্টদা হান্ননা ষ্টেট অতুগী আইন সভাদা তানরগা য়ারে হায়রিবমখৈ পার্লিয়ামেন্টতা পুসিনবা য়াদে। স্টেট অদুনা মখোয়গী মত পীরকপগী মতমসু লেপখি।

৬ শুবা :— খৃঃ ১৯৫৬ সেপটেম্বর। কেন্দ্রগী বিষয়দা ষ্টেট-শিংগী মরক্তা পোৎ লৈবা অমসুং য়োনবগী থবক তৌবদা খাজনা লোখৎপা য়াবনচিংবা হাপচিনখি।

৭ শুবা : - ওক্টোবর ১৯৫৬। ষ্টেটশিংগী মশীং অমসুং চাওবনচিংবা শেমদোক শেমজিন তৌখি। স্টেটশিংদগী রাজ্য সভদা খারকদবা মীশীং শেমদোক শেমজিন তৌখি। লোক সভাগী মেম্বর মশীং, খনদ্রবা মওংনচিংবা শেমদোকখি। আইন স্টেটশিংগী সভাগী মীশীং, ইউনান টেরিটোরীগী মওং, হায় কোর্টকী মতাংনচিংবা শেমদোক শেমজীন তৌখি।

৮ শুবা :— জানুয়ারী ১৯৬১। সিড্যুল কাস্ত, সিড্যুল ট্রাইব অমসুং এংগ্লো ইন্দিয়ানশিংগী সম্বিধান হৌবদগী চহি ১০ কাওবা প্রেসিদেন্টনা মীহুং হাপ্পা ওন্মি হায়বদু চহি ২০ কাওবা শাংদোকহনখি।

৯ শুবা :— দিসেম্বর ১৯৬০। সুপ্রীম কোর্টনা পীরকপা পাওতাক মতুং ইন্না পাকিস্তান্দা লম খরা পীথোকখিবা য়ানবা সম্বিধান শেমদোকখি।

১০ শুবা :— আগস্ট ১৯৬১। দাদ্রা অমসুং নগর হবেলিবু ইউনিয়ন টেরিটোরী কয়া ওইনা শেমখি।

১১ শুবা :— মাচ ১৯৬১। ভাইস প্রেসিদেন্ট খনবদা রাজ্য সভা অমসুং লোক সভা পূন্না তিন্নগনি হাযবদু পূন্না মফম অমদা তিন্নদ্রবসু য়াই হায়না শেমদোকখি। প্রেসিদেন্ট অমসুং ভাইস প্রেসিদেন্ট খনবদা আইন সভাশিংদা 'সট খরা হাঙদুনা লৈরবসু মখোয় অদু য়াংনা খনখিবদা কাযদে হায়দুনা হায়খি।

১২ শুবা :-- মার্চ ১৯৬২। গোআ, দামন অমসুং দিউবু ইউনিয়ন টেরিটোরী ওইনা শেমখি।

১৩ শুবা :— দিসেম্বর ১৯৬২। নাগালেণ্ডবু স্টেট অমা ওইনা শেমখি অমসুং স্টেট অসিদা করি করিগুম্বা থিরম খরদা কেন্দ্রনা খুৎ থিংজিনবা য়াদবনচিংবা লেপ্‌খি।

১৪ শুবা :— দিসেম্বর ১ ৬২। হিমাচল প্রদেশ; মণিপুর; গোআ; দামন অমসুং দিউ; হায়রিবা ইউনিয়ন টেরিটোরীশিং অসিদা আইন সভা লিংখৎখি। পার্লিয়ামেণ্টতা লাক্কদবা ইউনিয়ন টেরিটোরীশিংগী মেম্বর মশীং অদুসু ২৫ ফাওবা য়াই হায়না শেম-দোকখি। ইউনিযন টেরিটোরীশিংদা মন্ত্রী সভা লিংখৎখি।

১৫ শুবা :— ওক্টোবর, ১৯৬৩। হায় কোর্টকী জজগী থবক তোক্কবগী চহি ৬০ হাযবদু ৬২ দা ওন্থোকখি। গবর্ণমেন্ট চাকরীগী মথক্তা দিসিপ্লিনরি এক্সন নিংথিনা লৌবা য়ানবা শেমখি।

১৬ শুবা :— ওক্টোবর ১৯৬৩। ভারতকী একটা অমসুং মনিংতম্বা ঙাক্লনবগীদমক প্রজাশিংগী অধিকার অদু খরা ককথখি। ভারতকী আইন সভাশিংগী মেম্বর, সুপ্রীম অমসুং হায় কোর্টকী

জজশিং ভারতকী অউদিটর জেনেরেলনচিংবসি ভারতকী একটা অমস্তুং মনিংতম্বা ওাকনি হায়না ব্রাশকহন্নবা সম্বিধান শেমদোকখি।

**১৭ শুবা :—** জুন ১৯৬৪। কনাগুম্বা অমনা লৌ উদুনা শিজিন্নরিবা লম অদু সরকারনা লৌশিনবা তারবদি লম অদুগী মতম অদুগী কৈথেলগী মমল ক্ষতিপুরন ওইনা পীগদবনি, অসিনচিংবা শেমদোকখি।

**১৮ শুবা :—** সম্বিধানগী আর্টিকল ৩ শুবদা পার্লিয়ামেন্টনা ষ্টেট অমদগী লম লৌথোক্লগা নত্রগা ষ্টেট অমা নত্রগা অনি পূন্সিল্লগা অনৌবা ষ্টেট অমা শেম্বা, ষ্টেট অমদগী লম লৌথোক্লগা অতোপ্পা ষ্টেট অমদা হাপচিনবা অসিনচিংবা ওম্মী হায়দুনা ইরি। আর্টিকল অসিদা ষ্টেটত্তমক হায, টেরিটোরী যাওদে। মরম অসিনা ১৮ শুবা শেমদোকপা অসিদা ইউনিযন টেরিটোরী হায়বা ব্রাৈ অসি আর্টিকল অসিদা য়াওহনখি।

**১৯ শুবা :—** ইলেক্সন কমিসন্না খৃঃ ১৯৬২ গী জেনেরেল ইলেক্সন মতুংদা পীখৎলকপা ইলেক্সন ট্রিবুনেল মুথৎপা অমস্তুং হায় কোর্টনা ইলেক্সনগী ব্রাকং তাবা হাযবা ব্রাক্ষম অদু য়াখি।

**২০ শুবা :—** দিষ্ট্রিক্ট জজগী ট্রান্সফর অমস্তুং থনদোক খক্সিনচিংবগী মরমদা শেমদোক শেমজিন তৌখি।

**২১ শুবা :—** সিন্ধি লোল অসি নিপালশুবা সিদ্যুলদা য়াওব্রিবা ভারতকী মরু ওইবা লোলশিংগী মরক্তা হাপচিনখি।

---

# পব্লিক সার্ভিস কমিসন

নীং তম্নবা ঐখোয়গী ভারত অসিদদি থবক ইনখাং শুজ নোমজবদা অমদি সরকারগী থবকচিংবা তৌবদা প্রজা খুদিংমক চপ মান্নবা খুদোংচাবা ফংবগী অধিকার লৈরে। মমাংদৈদা চংনরম্বা মতিক চাই খণ্ডদে, চাদে খণ্ডদে, শাগৈ জাৎ ফবা মীনা অচৌবা থবক তৌবা, শাগৈ জাৎ অতোনবা মীনা মতিক চাজরবসু অচৌবা থবকচিংবা তৌবা ফংলমদবা মতম অদু হৌখ্রে। সম্বিধানগী মতুং ইন্না শাগৈ, জাৎ, নুপা, নুপী অমদি ধর্ম্ম যেংদনা মতিকচাবা মীশিংনা মাগী মাগী মতিক মথৌনাগী মতুং ইন্না মপা চাবা থবক ফংজবা য়ারে।

সম্বিধানগী আর্টিকল ৩১৫ শুবগী মতুং ইন্না **ভারত পূম্বগী পব্লিক সার্ভিস কমিসন** অমা লৈ অমসুং ষ্টেট খুদিংমকীসু **ষ্টেট পব্লিক সার্ভিস কমিসন** অমমম লৈ। য়ানবগী মতুং ইন্না ষ্টেট অনি নত্রগা অনিদগী হেনবগী অপূনবা পব্লিক সার্ভিস কমিসন অমথক্তা লৈবসু যাই। ষ্টেট অমগী গবর্ণরনা হায়জরকপদা প্রেসিদেন্টনা য়াববদি ভারতকী পব্লিক সার্ভিস কমিসন্না ষ্টেট সার্ভিস কমিসনগী থবক তৌবা য়াই।

ভারত পূম্বগী নত্রগা ষ্টেটশিংগী অপূনবা কমিসনগী চিয়ারমেন প্রেসিদেন্টনা খল্লি অদুগা ষ্টেটকী সার্ভিস কমিসনগীনা গবর্ণরনা খল্লি। কমিসনগী মেম্বরলিঃ অসি ষ্টেটকী নত্রগা ভারতকী তারবদা চহি ১০ থবক তৌরক্লবা মীওই ওইগদবনি। মেম্বরশিংগী থবক তৌবগী মতম চহি ৬ নি। ষ্টেটকীনা মশাগী চহি ৬৯ অদুগা ভারত

পূম্বগীনা মশাগী চহি ৬৫ হেল্লবা মীনা মেম্বর ওইবা য়াদে। থবক তোক্লবা মেম্বর অমবু অমুক হন্না খনবস্ত য়াদে। প্রেসিদেণ্ট অমস্তুং গবর্ণরনা মথংশিংনা ভারত অমস্তুং ষ্টেট কমিসনগী মেম্বর মশীং লেপ্পি।

পব্লিক সার্ভিস কমিসনশিং অসিনা আইবগী অমস্তুং মৌখিকী পরীক্ষানচিংবা লৌদুনা ভারত পূম্বগী অমস্তুং ষ্টেটশিংগী থবক তৌনবগী, মতিক চাবা মীশিংবু খন্দুনা হাপ্পি। থবক তৌরিবা মীশিংনা অকি অথং লৈতনা মথৌ নিংথিনা পাঙথোকচবা ভুম্নবগী মওং, সরকারগী চাকরী খনবদা ইনগদবা নিয়মচিংবা কমিসনশিংসিনা য়েংই।

চহি খুদিংগী প্রেসিদেণ্টতা অমদি গবর্ণরদা মখোয়না তৌখিবা থবকশিংগী রিপোর্ট কমিসনশিং অসিনা থাগংলি। প্রেসিদেণ্টনা অমদি গবর্ণরনা রিপোর্টশিংদুগী কোপি পার্লিযামেন্টতা অমদি ষ্টেটকী আইন সভাশিংদা পুথোকই।

---

# ইলেক্সন কমিসন

ঐখোয়গী হৌজিক চৎনব্নিবা লৈবাক মঙাক অসি গনতন্ত্রগী লৈবাক মঙাক্নি হায়বদি প্রজা ময়াম পূন্দুনা ঐখোয়না পাম্বা মওংদা লৈবাক ঙাকচবনি। ঐখোয় ময়াম পূন্নমক পূন্দুনা লৈবাক ঙাকপদি খুদোং চাদবনিনা ঐখোয়না পাম্বা মীহুৎ খল্লগা সরকারগী থবক ইনখাং অদু পুহনবনি। ঐখোয়না পাম্বা মীহুৎ খনবগী থবক অদুবু ইলেক্সন" কৌই হায়বসিদি মীপুম খুদিংমক্না খঙনরবা ৱাফম্নি। ইলেক্সন অসিদা প্রজা ময়ামনা অচুম্বা অমসুং মতিকচাবা মীহুৎ খনখ্রগতা ঐখোয়গী সরকারগী মওং অসি চুম্না চলায়বা য়াগদবনি। মরম অসিনা ইলেক্সন অসি চুম্না নিংথিনা অমসুং নম হাবা য়াওদনা তৌবা য়াননবগীদমক সম্বিধান অসি শেম্মম্মীবা কাঙবুশিংনা খুজিল থৌরাং তৌরম্মী।

সম্বিধানগী আর্টিকল ৩২৪ শুবদা ইলেক্সন কমিসন অমা লিংননবগী হায়রম্মী। ইলেক্সন কমিসন অসিগী চীফ ইলেক্সন কমিসনার অমা অমসুং মতম মতমগী মতুং ইন্না মশীং লেপ্পা মেম্বর অতৈশিং লৈ। কমিসন অসিনা মওং চুম্না অমসুং কনাগীসু নমজা নমথেক্লবা য়াওদনা ইলেক্সনগী থবক অদু চথবা য়ানবা হায়দুনা ইলেক্সন কমিসনার অমসুং অতৈ মেম্বরশিং অসি হায় কোর্ট অমসুং সুপ্রাম কোর্টকী জজশিংগী মতৌগুম্না লৈবাক ঙাক্লিবা কাঙবু খরনা ইরায় লায়না লৌথোকপা ঙমদে। পার্লিয়ামেণ্ট অনিমক্কী অয়াম্বা মেম্বরশিংনা য়ানদুনা ৱারেপ তাৱবতদা মখোয়বু লৌথোকপা য়াই।

কমিসন অসিনা প্রেসিদেন্ট, ভাইস প্রেসিদেন্ট, পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বরশিং অমসুং স্টেটকী আইন সভাশিংগী মেম্বরশিং খনবগী থবক্তা য়েংশিল্লি। অমসুং হায়রিবশিং অসি খনবগী মওং অমসুং নিয়মচিংবা পূরমক অদু কমিসন অসিনা শেম্মী। জেনেরেল ইলেক্সনগী মমাংদা লম লমগী ইলেক্সন কমিসনারনচিংবশু প্রেসিদেন্টনা কমিসন অসিগা তানরগা খল্লি।

---

## সম্বিধান অমসুং ঐখোয়

ঐখোয়গী সম্বিধান অসিগী অশোয়বা অমসুং অরাংপা কয়ামরুম লৈ হায়দুনা মী কয়ানা কন্না যেংলি। মখোয়না মরু ওইনা পুখোক্লিবা অশোয়বশিংদি—কেন্দ্রদা শক্তি য়াম্না পীমনখিদুনা স্টেটশিংগী মপাঙ্গল লৈহন্দ্রে, স্টেটকী থৌওং তাকপনচিংবসি কান্নদবদা হাপ্পনি, প্রেসিদেন্টনা ইমরজেন্সী লাওথোকপা ঙম্বসি গনতন্ত্রগী মওং নত্তে, সম্বিধান অসি কা হেন্না শাংমনখ্রে—অসিন-চিংবা অসিনি। চুম্মি, সম্বিধান অসিগী অশোযবা অমসুং অরাংপা কয়ামরুম লৈ। মতম অমসুং সমাজগী মওং হোংলকপগা লোয়ননা হৌজিক্তি ফরিবা মতাঙ কয়াস্থ অশোয়বা অমসুং ফত্তবা ওইরকপা য়াই। অদুবু করিগুম্বা সম্বিধান অমা ফহনবা অমসুং ফংহন্দবা হায়বসি, সম্বিধান অদুবু শিজিন্নরিবা মীশিং অদুদা লৈরে। আলেকজেন্দর পোপনা ইরম্মী—"সরকারগী মওংগীদমক্তি অপঙবশিংনা খংনজসনু,

নিংথিনা শাসন তৌরিবা (সরকার) অদুনা খ্বাইদগী হেন্না ফরবনি।"

সম্বিধান অসি শেমদোক্লবগী মওং অমস্তুং পার্লিয়ামেন্টনা শেম্বা আইন্নস্ত সম্বিধান অসিগী সরুক অমা ওই হায়বা মথক্তস্ত হায়খ্রে। হৌজিক ফাওবদা সম্বিধান অসি কয়ারক হন্নস্ত শেমদোকখ্রে। সম্বিধান চংনবা হৌরকপদগী শক্তি পায়দুনা লাক্লবা কংগ্রেসকী মপাঙ্গল হন্দক্কী ইলেক্সন অসিদা খঙহন হন্থরকপা অসিনা প্রজানা মতৌ করম্না সম্বিধানগী মতুং ইন্না ঐখোয়গী অপাম্বা মওংদা লৈবাক গাকচবা য়াবগে হায়বদু ময়েক শেংনা উংলে। মরম অসিনা সম্বিধান অসি নিংথিনা চংনহনগে নত্রগা চংনহল্লোই হায়বসি, ডাঃ বি, আর আম্বেদকরনা হায়রম্বগুম্না ঐখোয় প্রজাশিংগী খুত্তা লৈ।

---

# এপেনদিক্স

## ১। ভারতকী মরু ওইবা রাজনীতি দলশিং।

গনতন্ত্র শাসন চৎপা লৈবাক অমদা রাজনীতিগী ৮০ লৈবা হায়বসি তঙাই ফদ্রবা রাযম্নি। গনতন্ত্রগ শাসনদদি ।জাগী অপাম্বা মত মতুং ইন্না লৈবাক ঙাকই। লৈবাক অড়ুম নরিবা মী খুদিংমক্কী অমমমতা ওইনা মত লৌব গাযবসি ও, াক্লবা রাফম্নি। খুদম ওইনা হায়রবদা মী কোটি ৪০ হেন্না লৈবা ভারতকী প্রজা খুদিংমক্কী তে ঙান তোঙান্ন অপাম্বা মত লৌবা হাযবসি ওইব ৷বা রাকম নত্তে। মরম আসনা মত অমস্তং অপাম্বা মান্ন মান্নবা মী মরুম পূল্লগা তোঙান তোঙানবা রাজনীতিগী দল কয়াঃ কম শে. । দলশিং অসিনা ইলেক্সনগী মতমদা মীহুৎ থাগক্তুনা মখোযনা পাম্বা মওংদা লৈবাক ঙাক্লবা হোৎনৈ অমস্তং সরকারগী থবক ইনথাংশিংদা মখোয মখোযগী অপাম্বা মতশিং অড়ু পী।

গনতন্ত্র চৎলিবা ভারত্তা লৈরিবা প্রজা ঐখোয পূম্নমক চহি২১গুবদা ইলেক্সন্দা ভে ৎ থাদনগী অধিকার ফংই। ইলেক্সন্দা অফবা অমস্তং

অচুম্বা মী খন্দুনা থাগৎখ্রগতা ঐখোয়গী সরকারগী মওং চুমগদবনি অমসুং ঐখোয়গীস অফবা ওইগদবনি। ইলেকসনগী মতমদা তোঙান তোঙানবা দলশিং অসিগী প্রতিনিধি থাগৎলকই। দলশিং অসিগী মওং, মখোয়গী অপাম্বা অমসুং থাগৎখ্রবা মতুংদা মখোযনা তৌরক্কদবা থবক্চিংবা মুন্না খঙলবতদা ঐখোযনা অচুম্বা অমসুং ঐখোয়না পামজবা মীশক চুম্বা খনবা ঙমগনি। মরম অসিনা প্রজা পুন্নমকনা ভারত্তা লৈরিবা রাজনীতি দলশিং অসি মুন্না খঙবা দরকারনি। মখাদা ইরিবশিং অসি ভারতকী মরু ওইবা রাজনীতি দলশিংনি :—

**ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেস** :— খৃঃ ১৮৮৫ দা অলান ওক্টোভিয়ান হ্যুম কৌবা ইংলিসমেন অমনা হৌদোকখিবনি। স্বরাজ ফংননবা হোৎনরকপসি মরু ওইনা দল অসনা হোৎনরকপনি। ভারতকী মনুংদা খ্বাইদগী কুইরবা অমসুং মরা চেৎপা রাজনীতি দলদি মসিনি। খৃঃ ১৯৪৮ দা লেপ্নখিবগী মতুং ইন্না দল অসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি ভারতকী প্রজাশিংগী ফননবা হোৎনবা, চাও-খৎহনবা অমসুং শন্তিপুর্ণ ওইবা মওংদা প্রজাশিংদা রাজনীতিগী, শেল-থুমগী, অমসুং সমাজগী ফিভম মান্ননা ফংহন্নবা হোৎনবা অসিনি। পৃথিবী পুম্ববু মরুপ ওইনবা অমসুং শান্তি পীনবা হোৎনবা অসিস দল অসিগী উদ্দেশ্যনি। ভারতনা স্বরাজ ফংলকভেদ খৃঃ ১৯৬২ গী ইলেকসন ফাওবদদি কেন্দ্র অমসুং ষ্টেটশিংগী শাসন পুন্নমক দল অসিনা পায়রম্মী। হন্দক্কী ইলেকসন অসিদদি ষ্টেট কয়ামরুমদা দল অসিনা শাসন পায়বা ঙমদ্রে, হায়বদি কংগ্রেসপু প্রজানা পাম্নবসি য়াম্না হন্থরক্লে।

**কম্যুনিষ্ট পার্টি**:— ভারতকী কম্যুনিস্ট পার্টি অসি খৃঃ ১৯২৪ দা শেমখিবনি। পার্টি অসিনা কার্ল মার্ক্স অমসুং লেনিনগী পাওতাক মতুং ইন্না সমাজগী মওং শেম্বা পাম্মী। রুশিয়াগী মওং মতৌ যেংদুনা সমাজগী মওং শেম্নবা হোৎনৈ। মখোয়গী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি কল কারখানাশিংবসি সরকারগী ওইহনবা, মশানা থবক নোমজরিবা কাংবুশিংনা চলাহনবা সরকার লিংখৎপা, ইনাক কৈরাকখুনবা শেঞ্জাও পাযবা কাংদুনা লাযরবা অমসুং লোনাশিংনা শুজ নোমজবগী অনোম্বনগী শেন্দোং চাদুনা লৈরিবা অসি লৈহন্দবা অসিনচিংবাস মখোয়গী উদ্দেশ্যনি। মখোয়না পাম্লিবা সমাজ অসি পুররকবা হোৎনবদা লাল খড়দে, য়ুনবা খড়রে অযাবা পাম্বে অমা শিজিন্নবদা মখোয়না চিংনদে। রুশিয়াগী কম্যুনিস্ট মওংবু যাবা অমসুং চিনাগী মওংবু যাবা অমসুং পাম্বা কাংবু অনি থোক্লক্কুনা কম্যুনিষ্ট পার্টি অসি চন্দক্কা শকক অনি থোক্লা খাযদোকখ্রে।

**ফোর্বার্দ ব্লোক**:— খৃঃ ১৯৩৮ দা সুভাসচন্দ্র বসুনা শেমখিবনি। মতম অদুদা ভারত স্বরাজ ফংননবা ইংগ্রেজবু ভারতগী তান্থোকপগী মতাংদা কংগ্রেস পার্টিনা যাম্না তপ্না থবক পাইখৎপদু য়ানিংদদুনা শেমখিবনি। মতম অদুদা পার্টি অসিনা পামলম্বদি খুৎলাই পাবদুনা ইংগ্রেজবু নমদুনা ভারতগী তান্থোকপনি। হৌজিক্কী মতমদা পার্টি অসিনা পাম্লিবনা ভারত অসি কমনরেলটতগী তোকপা অমসুং ভাবত্তা সমাজবাদ লিংখৎপা অসিনি। খৃঃ ১৯৫০ গী জানুয়ারীদা পার্টি অসিদগী ফোর্বার্দ ব্লোক মার্ক্সিস্ত হাযবা মচেৎ অমা তোঙান্না চোংথোকখি।

**প্রজা সোসিয়েলিষ্ট পার্টি :—** কংগ্রেসকী মন্নুংদা কংগ্রেসপু য়াদবা ভারতা সোসিয়েলিজম পুরকপা পাম্বা কান্নবু অমা লৈরম্মী। খৃঃ ১৯৪৮ দা কান্নবু অসি সোসিয়েলিষ্ট পার্টি হায়দুনা তোঙানবা রাজনীতি দল অমা ওইনা চোংথোকখি। মমৈথংদা খৃঃ ১৯৫২ গী ইলেকসন মতুংদা কৃষক মজদুর সভা, ফোরোয়ার্দ ব্লোক্কী মচেৎ খরা, সোসিয়েলিষ্ট পার্টি অসিগা পুন্সিনবগা প্রজা সোসিয়েলিষ্ট পার্টি শেমখি। পার্টি অসিনা জমিন্দারী মুথংগা, খুৎশা হৈবগী থবক মচা মচাশিং চাওখৎনবা অমসুং মরু ওইবা ইন্দষ্ট্রিশিংবসি ষ্টেটনা পায়শন্দুনা চলাইনা অসিনাচংবা পাম্মী।

**সংযুক্ত সোসিয়েলিষ্ট পার্টি :—** রাম মনে হর লোহিয়ানা লুচিংলম্বা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগা, প্রজা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগা পুন্সিন্নবগা খৃঃ ১৯৬৪ গী জুন থাদা শেমখিবনি। পার্টি অসিসু ভারতা সমাজবাদ পুরকপা পাম্মী।

**হিন্দু মহাসভা :** পার্টি অসিগীদি মমিংনা তাকপা মতুং ইন্না হিন্দশিংগী শাক্তং লোনংৎকী মতুং ইন্না হিন্দুশিংগী ওইবা রাজ্য অমা সম্বিধাননী মতুং ইন্না লিংখৎনবা হোৎনবা অসিনা পার্টি অসিগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যনি।

**স্বতন্ত্র পার্টি :–** খৃঃ ১৯৫৯ দা চক্রবর্তী রাজাগোপালচারীনা শেমখিবা দলনি। দল অসিনা ভারতকী খুৎশা হৈবগী থবকচিংবসি মীরৈবাকগী শেল পদনা চাওখৎহন্নবা হোৎনবা পাম্মী। লৌউ শিংউবা অমসুং অপিক অপিকপা খুৎশা হৈবগী থবক চাওখৎহনবা দল অসিনা পাম্মী। ভারতকী নন এলাইমেন্ট পোলিসি দল অসিনা য়াদে।

মথক্তা ইরিবা রাজনীতিদলশিং অসিতা নত্তনা ভারত্তা লম লমগী ওইনা তৌবা দল কয়ামরুম লৈ। মখোযশিংদুগী মরক্তগী খরা মচিন তোংবশিংদি ঃ— অকালী দল, কিসান পার্টি, জন সংঘ, রাষ্ট্রিয় স্বযম সেবক সঙ্ঘ, দি এম কে ( দ্রাভিদা মুন্নেত্রা কাজ্জগম ), অসিনচিংবা দল মচা মচা কযামরুম লৈ।

গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক খুদিংমক্তা মীথন্দা খ্বাইদগী মশীং হেন্না ক'রকপা দল অদুনা লৈবাক ঙাক্লে। অদুনা অমগা অমগা মত মান্নদবা রাজনীতি দল যাম্না লৈবসি থোগৎনিংঙাইগী মওং নত্তে। মরুওইবা দল অনি অহুমগুম্বদং লৈবনা যাম্না খুদোং চাবা হেল্লি। ইন্দক্তা পাটনাদা ভারত পূম্বগী, কংগ্রেসকী মাযোক্তা রাজনীতি দল অমথক্তা থম্নবা হাযদুনা বিহারগী মুখ্য মন্ত্রীনা সভাপতি ওইদুনা ভারতীয ক্রান্তি দল হাযনা অমা শেমখ্রে। রাজনীতি দল মচা মচাশিং অসিগী মতুত্তা মওংওইবা দল খরতমক লৈরকনবা হায়দুনা আশা তৌশি।

# ২। ভারতকী ওফিসকী লোল
## ( রাষ্ট্রভাষা )

সম্বিধানগী আর্টিকল ৩৪৩ দগী ৩৫১ ফাওবদা ভারতকী ওফিসকী লোলগী মরমদা নৈনৈ। ভারতকী লোল অসি সম্বিধন চৎনবা হৌবদগী হায়বদি ১৯৫০ জান্যু, ২৬ তগী চহি ১৫ ফাওবদি ইংলিস লোলনা ওইগনি। মসিগী মতুংদা ( আর্টিকল ৩৪৩ ) ভারতকী ওফিসকী লোল অসি দেবনাগরী মযেক্তা ইবা হিন্দী লোলনা ওইগনি। অদুগা অঙ্ক মযেক্তা তন্তরজাতিক্কী ওইনা শিজিন্নরিবা ভারতকী অঙ্ক মযেক অসিনা ওইগনি। চহি ১৫ অসিগী মনুংদা প্রেসিদেন্টনা ইংলিসকা লোয়ননা হিন্দী লোন অমসুং দেবনাগরীগী অঙ্ক ময়েক চৎনহন্নবগী ওর্দর পীবা য়াই। ( আর্টিকল ৩৪৫ ) করিগুম্বা ষ্টেট অমনা আইন পাস তৌদুনা ষ্টেট অদুদা লোন্নরিবা লোল নত্ত্রগা হিন্দীবু ষ্টেট অদুগী ওফিসকী লোল ওইনা শিজিন্নবা য়াই। অনৌবা শেমদ্রবদি ইংলিসনা ওফিসকী লোল ওইগনি। ( আর্টিকল ৩৪৬) ষ্টেট অমগা ষ্টেট অমগা ঈ-পাও চৎনবা অসি ভারতকী ওফিসকী লোল ইংলিসতা ওইগনি। অদুবু ষ্টেট মশেল য়ানজরবদি হিন্দীদা ঈ-পাও চৎনজবসু য়াই। চহি ১৫ অসি শুদ্রিডৈদা হায় কোর্ট, সুপ্রীম কোর্ট অমসুং আইন সভাশিংগী লোল শেমদোকনবগী বাকম প্রেসিদেণ্টনা য়াদ্রবদি পার্লিয়ামেণ্টতা পুশিল্লকপা য়াদে।

আর্টিকল ৩৪৪ দা চহি ৫ গী মতুংদা কমিসন অমা শেমদুনা লোলগী মরমদা ষেংশিনগদবনি হায়। মসিগী মতুং ইন্না বি, জি, খেরনা

চিয়ারমেন ওইদুনা লোল যেংশিন্নবগী কমিসন অমা শেমখি অমসুং কমিসন অসিনা লোলগী মরমদা প্রেসিদেন্টতা রিপোর্ট থাগৎখি।

চহি ১৫ গী মতম শুরক্কদোববা মতম অসিদা খা ভারতলোমদা ইংলিসপু ওফিসকী লোল ওইহন্নবা কন্নবা আন্দোলন তৌরকখি। আন্দোলনগী ইরাং অসিনে অদুগা খের কমিসন্না পিখৎলকপা রিপোর্টনে মুন্না নৈনরগা খৃঃ ১৯৬৩-দা ও ফ শিয়েল লেঙ্গোইজ এক্ট পাস তৌখি। এক্ট অসিগী মতুং ইন্না জানুৱারী ২৬, ১৯৬৫ গী মতুংদসু হিন্দীগা লোযননা ইংলিস আস ভারতকী ওফিসকী লোল ওইনা লৈখিগনি অমসুং পার্লিয়ামেন্টকা থাক ইনথাং পূম্নমক ইংলিস লোন্দা চংনখিগান। কেন্দ্রগা কয়িগুম্বা আইন নত্রগা ওর্দর অমা প্রেসিদেন্টনা যাদুনা হিন্দী লোন্দ হন্দোক্তুনা ফোংলবদি মদু অউথোরিটি ওইগনি। পার্লিয়মেন্টতা আইন শেম্ব পুশিল্লকপা বিলশিংগী লোল অদু ইংলিস ওইজরবসু হিন্দীদা অদু হন্দোকপা কপি অমমম লোযনরক্কদবনি। কয়িগুম্ব ষ্টেট অমদা আইন শেমদুনা হিন্দী নত্তবা লোন্না আইন্নচিংবা শেন্নদা শিজিন্নরবাদ, আর্টিকল ৩৪৮ গী মতুং ইন্না, শেম্লিবা আইন্নচিংবা অদু ইংলিস লোন্দা হন্দোক্তুনা ফোংগান। মখোয়শিং অদু হিন্দী লোন্দা হন্দোক্তুনা ফোংলবসু, হিন্দীগী কপি অদু ইংলিসকা কপিগা মপাঙ্গল চপ মান্ননা লৈগনি। প্রেসিদেন্টনা য়াবদ পেটা অমগা গবর্নরনা হায় কোর্টকী লোল আস, হিন্দী নত্রগা ষ্টেট অদুগী ওফিসকী লোন্দা চৎনহনবা ঙম্মী। আসগুম্বা মতাং হাইকোর্টকী য়ায়র্নচিংবা পূম্নমক অদুগী ইংলিসতা হন্দোক্তুনা ফোংগদবনি।

— —

## ৩। নিপালশুবা সিদ্যূল

### ভারতকী মরুওইবা লোলশিং

১। আসামী ২। বেঙ্গোলী ৩। গুজরাটী ৪। হিন্দী ৫। কন্নাডী ৬। কাশ্মীরী ৭। মলযালম ৭। মরাঠী ৯। ওরিয়া ১০। পঞ্জাবী ১১। সংস্কৃট ১২। টামিল ১৩। টেলেগু ১৪। উর্দু ১৫। সিন্ধী।

---

## ৪। ভারতকী ষ্টেট অমসুং ইউনিয়ন টেরিটোরী

### ষ্টেটশিং

| মমিং | পাকচাওবা (স্কোয়ার কিলোমিটর) | কোনুং | মীশীং |
|---|---|---|---|
| ১। অন্ধ্র প্রদেশ | ২,৭৫,২৮১ | হায়দরাবাদ | ৩,৫৯,৮৩,৪৪৭ |
| *২। আসাম — | ২,০৩,৩৮৯ | শিলোং — | ১২২,০৯,৩৩০ |
| ৩। বিহার — | ১,৭৪,০৩৮ | পাটনা — | ৪,৬৪,৫৫,৬১০ |
| ৪। গুজরাট — | ১,৮৭,১১৫ | অহমদাবাদ — | ২,০৬,৩৩,৩৫০ |
| ৫। হরিয়ানা — | ৫০,২৫৫ | চন্দীগর — | ৭৫,৯৯,৭৫৯ |
| ৬। জামু অমসুং কাশ্মীর | ২,২২,৮০০ | শ্রীনগর — | ৩৫,৬০,৯৭৬ |

* নেফা ( Nefa ) গী য়াওদনি।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৭। | কেরালা — | ৩৮,৮৫৫ | ত্রিবান্দ্রম — | ১,৬৯,০৩,৭১৫ |
| ৮। | মধ্য প্রদেশ — | ৪,৪৩,৪৫২ | ভোপাল — | ৩,২৩,৭২,৪০৮ |
| ৯। | মদ্রাজ — | ১,৩০,৩৫৭ | মদ্রাজ — | ৩,৩৬,৮৬,৯৫৩ |
| ১০। | মহারাষ্ট্র — | ৩,০৭,৪৭৭ | বোম্বে — | ৩,৯৫,৫৩,৭১৮ |
| ১১। | মহিশুর — | ১,৯২,২০৪ | বঙ্গালোর — | ২,৩৫,৮৬,৭৭২ |
| ১২। | ওরিষ্যা — | ১,৫৫,৮২৫ | ভুবনেশ্বর — | ১,৭৫,৪৮,৮৪৬ |
| ১৩। | পঞ্জাব — | ৫০,৩২৮ | চন্দীগর — | ১,১১,৩৫,০৬৯ |
| ১৪। | রাজস্থান — | ৩,৪২,২৭৪ | জয়পুর — | ২,০১,৫৫,৬০২ |
| ১৫। | উত্তর প্রদেশ | ২,৯৪,৩৬৪ | লখ্নৌ — | ৭,৩৭,৪৬,৪০১ |
| ১৬। | নোংচুপ বেঙ্গোল | ৮৭,৬১৭ | কলিকাটা — | ৩,৪৯,২৬,২৭৯ |
| ১৭। | নাগালেণ্ড — | ১৬,৪৮৮ | কোহিমা — | ৩,৬৯,২০০ |

## টেরিটোরী

| | মমিং | পাকচাঙ্বা কাপ্পুং (স্কোয়ার কিলোমিটর) | মমিং | মীশীং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | দিল্লী — | ১,৪৮৪ | নয়ী দিল্লী — | ২৬,৫৮,৬১২ |
| ২। | হিমাচল প্রদেশ | ২৮,১৯২ | সিমলা — | ১৩,৫১,১৪৪ |
| ৩। | মনিপুর — | ২২,৩৪৭ | ইম্ফাল — | ৭,৮০,০৩৭ |
| ৪। | ত্রিপুরা — | ১০,৪৫৩ | আগরটলা — | ১১,৪২,০০৫ |
| ৫। | পন্দিচারী — | ৪৭৯ | পন্দিচারী — | ৩,৬৯,০৭৯ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ৬। | নেফা (NEFA) | ৮১,৪২৪ | সিল্লোং — | ৩,৩৬,৫৫৮ |
| ৭। | গোৱা ডামন অমসুং দিউ | ৩,৬৯৩ | পঞ্জিম — | ৬,২৬,৬৬৭ |
| ৮। | লেকেদিপ, মিমিকোয অমসুং অমিনদিভি দ্বীপ | ২৭,৮৭ | কবরতী — | ২৪,১০৮ |
| ৯। | আন্দামান অমসুং নাইকোবর দ্বীপ | ৮,৩২৮ | পোর্ট ব্লেযার — | ৬৩,৫৪৮ |
| ১০। | দাদ্রা অমসুং নগর হবেলী | ৪৮৯ | সিলবসা — | ৫৭,৯৬৩ |
| ১১। | চন্দীগর | — | চন্দীগর — | ১,২২,০৩২ |

## ৫। ষ্টেট অমসুং টেরিটোরীশীংগী লোল অমসুং পার্লিয়ামেণ্টকী সীট মশীং

### ষ্টেট

| | | রাজ্য সভাগী সীট মশীং | লোক সভাগী সীট মশীং | লোল |
|---|---|---|---|---|
| ১। | অন্ধ্র প্রদেশ | ১৮ | ৪১ | টেলেগু |
| ২। | আসাম | ৭ | ১৪ | আসামী<br>বেঙ্গোলী |
| ৩। | বিহার | ২২ | ৫৩ | হিন্দী |
| ৪। | গুজরাট | ১১ | ২৪ | গুজরাটী |
| ৫। | হরিযানা | ৫ | ৯ | হিন্দী |
| ৬। | কেরালা | ৯ | ১৯ | মলয়ালম |
| ৭। | মধ্য প্রদেশ | ১৬ | ৩৭ | হিন্দী |
| ৮। | মদ্রাজ | ১৮ | ৩৯ | টামিল |
| ৯। | মহারাষ্ট্র | ১৯ | ৪৫ | মারাঠী |
| ১০। | মহিশুর | ১২ | ২৭ | কনাড়ী |
| ১১। | ওরিষ্যা | ১০ | ২০ | ওরিয়া |
| ১২। | পঞ্জাব | ৭ | ১৩ | পঞ্জাবী |
| ১৩। | রাজস্থান | ১০ | ২৩ | রাজস্থানী<br>হিন্দী |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১৪। | উত্তর প্রদেশ | ৩৪ | ৮৫ | হিন্দী |
| ১৫। | নোংচুপ বেঙ্গোল | ১৬ | ৪০ | বেঙ্গোলী |
| ১৬। | জামু অমসুং কাশ্মীর | ৪ | ৬ | কাশ্মীরী দোগ্রী, উর্দু |
| ১৭। | নাগালেণ্ড | ১ | ১ | — |

# টেরিটোরী

| | | রাজ সভা | লোক সভা | লোল |
|---|---|---|---|---|
| ১। | দিল্লি | ৩ | ৭ | হিন্দী, পঞ্জাবী উর্দু |
| ২। | হিমাচল প্রদেশ | ২ | ৬ | হিন্দী, পহাড়ী |
| ৩। | মণিপুর | ১ | ২ | মণিপুরী |
| ৪। | ট্রিপুরা | ১ | ২ | বেঙ্গোলী |
| ৫। | পণ্ডিচাড়ী | ১ | ১ | টামিল |
| ৬। | গোৱা, ডামন অমসুং দিউ | — | ২ | মরাঠী, কোঙ্কণী |
| ৭। | আন্দামান অমসুং নাইকোবর | | ১ | — |
| ৮। | চন্দীগর | | ১ | — |
| ৯। | দাদ্রা অমসুং নগর হবেলী | | ১ | — |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১০। | লেকেদিপ অমসুং মিনিকোয | ১ | — |
| ১১। | নেফা | ১ | — |

লোক সভাদা এংগ্লো ইণ্ডিয়ানগী সিট ২ গা, পূন্না সীট ৫২৩ লৈ।

রাজ্য সভাদা প্রেসিদেণ্টনা মেম্বর ১২ অমগা খল্লগা হাপ্লি।

---

## ৬। ভারত সরকারগী কেবিনেট মন্ত্রীশিং

| নিং | | মথৌ |
|---|---|---|
| ১। | শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধী ... | প্রধান মন্ত্রী — এটোমিক ইনরজী |
| ২। | মোরারজী দেসাই .... | দিপুটী প্রাইম মিনিষ্টর ফাইনেন্স |
| ৩। | জগজ্জীবন রাম ... | চিঞ্জাক অমসুং লৌউশিংউবগী মন্ত্রী |
| ৪। | ৱাই ভি চবান ... | হোম মিনিষ্টর |
| *৫। | এম সি চগ্লা ... | মপানগী থৌরম পুবা মন্ত্রী |
| ৬। | স্বরন সিং | দিফেন্স পুবা মন্ত্রী |
| ৭। | ফক্রুউদ্দিন আলি অহমদ ... | ইন্দস্ত্রি অমসুং কম্পানীগী থবক পুবা মন্ত্রী |
| ৮। | দিনেশ সিংহ ... | ললোন ইত্তিক পুবা মন্ত্রী |
| ৯। | জয় সুখ লাল হাথী ... | লেবর অমসুং রিহেবিলিটেসন |

১০। ডাঃ করন সিংহ ... টুরিজন অমসুং সিভিল এভিএসন ( লম কোয়খোক কোয়সিন অমসুং প্রজাগী এরোপ্লেনগী থবক )

*১১। অশোক মেহটা ... প্লান্নিং পেট্রোলিয়ম, রসায়নিক অমসুং সোসিয়েল ৱেলফিয়ার।

১২। পি গোবিন্দ মেনন ... লো ( আইন )

১৩। সিত্রম পুনাচা ... রেলৱে

১৪। ডাঃ রাম সুভাগ সিং ... পার্লিয়ামেণ্টকী থবক অমসুং ই, পাও

১৫। ডাঃ ভি কে আর ভি রাও ... ট্রানসপোর্ট অমসুং সিপিং

১৬। ডঃ এম চেনা রেদ্দী ... ষ্টিল, মাইনস অমসুং মেটালস

১৭। ডঃ ত্রিগুনা সেন .... ইদুকেসন

১৮। কে কে সাহ .... ইনফোরমেসন অমসুং ব্রোডকাষ্টিং

১৯। সত্য নারায়ন সিনহ .... থো পুদবা মন্ত্রী

* চল্লা তাং ৫। ৯। ৬৬ ইং দা থবক তোকখ্রে। প্রধান মন্ত্রীনা মাগী থবক পুখ্রে।

* অশোক মেইটা ১৯৬৮ সেপটেম্বর থাদা থবক তোকখ্রে।

——লোইরবা——